# নিম্বিতা

ইজবী :

শ্রীমতি অয়াম ইবেতোম্বী দেবী
শিংজমৈ বাংমা ক্ষেত্রিলৈকাই ।

মমল রুপা ২৫

থোকহল্লবী :- নন্দা ক্ষেত্রি।
শিংজমৈ ৱাংমা ক্ষেত্রিলৈকাই।


36570
3.11.95

অহানবা থুংনম— ১৯৯৪ ইং
কোপী — ৫০০

লাইরিক ফংকম :
ফোঙজবীগী য়ুম অমদি
শিংজমৈগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং।

নম্কম : মুখি প্রিন্টিং সেন্টর, শিংজমৈ কৈথেল মখা।

# কচ্চবা

'শজীক মতুং ইনখ্রবী.
'থাবা' মমৈ বায়খ্রবী,
মমোগী শেবা ফংখিদ্রবী,
পলেম শক্লবী ইনেমগী মফমদা
তর্পনগী মশক ওই'
শীঙেল লৈগী লৈরাং'থেল !
'নিম্বিতা' বু খুয়াখাদা কচ্চরি।

—লাইরিক ইবীনা।
তাং ১।৯।৯৪ ইং

# ৱাহৌদোক

হাউরবস্সু হাউত্রবস্সু ঙমজবা মথেল অমগুংদি "মৈতৈ লৈমা" ইমাগী সাহিত্যগী মথেল্লক্তা খুদোল তমশ্বনিংবা কুইরক্লবনি। সাহিত্য প্রেমি অমদা, অহাংবা মতমগী য়াম্না দরকার ওই হায়বসিন্সু তশেং তশেংলমলে।

অঙাং ওইরিন্নিঙৈদগী হৌবা স্কুলগী ক্লসম-মচিংবা কয়াদা শরুক য়াজবনা ঐগী হৈনবী ওইরকখি। Class VIII তমলিঙৈদা স্কুল কাউন্সেসন ডেগী Debating Competition অমদা ঐস্সু শরুক য়াজখি। মুমিং অহুগী Debate কি Topic বা—"মুপীনা এক্স-করসন চৎপদা ইড়ুকেটিপ ভেল্যু লৈতে" হায়বসিনি। ঐনা Topic অহুবু শৌগৎতুনা ঙাংজখি অহানবা মনাস্সু ঐগী ওইজখি।

হৌজিক চাউরক্লুনা জ্ঞান লাক্লবা মতম অসিদদি ঐনা শৌগত্তুনা ঙাংলুবশিংদু নিংশিংলুরগা নিংঙমদবা অমদি ঈকায়বা পোকলকই! হৌজিক্কদা খঙলকই - "মুপীনা এক্সকরসন চৎপদা ইড়ুকেটিপ ভেল্যু অঙকপা ফংবা লৈ হায়বসি।

ৱারী মচাবু হায়গত্রা, মচাবু কৌগত্রা নত্রে হায়রগনা উপন্যাসপু হায়রসিরা; অপাবশিংগী মতনি। ঐগী লাইরিক মচা অসি লংকৈদা চৎলুবদগী ফংলকপা এক্সপরিয়েন্স খরা খনগৎচরগা ইজখিবনি। সমাজ-সিদা পোক্লরবা ঐখোয়না সমাজদা তিন্নবা হৈত্রবদি হিংবগী অর্থ থোক্লক্তবা য়াবগী Theme অহুগা পোক্কম লমদম অমদি লায়রি খাংপোকশংবু লাপল-লাপলগা হেন্না মুংশিল্লকপা অহুগা খুৎশন্নরনা চৎ-মিন্নহনবনা মপুং ওইবা লাইরিক্নি।

মপুরোইববু ঈশ্বরমক্তি হায়না থাজবগা লোয়ননবা মাগী মাগী লোয়নবীশিংবুস্থ দেবীনি হায়না খমহুলনিংবা, মুপীশিংবু য়াম্না ঈকায়-খুম্নবীবা পাম্নগী মত্তাংস্থ থেংনবীগনি।

অমমা— পুন্সিবু প্রিজম অমগুম্না মওং কয়া থোক্না হন্-হন্দুনা থিরগা মশক তাকপা অসিনা উপন্যাসকি পান্দম ওইরবদি ঐগী মমল হাউত্রবা লাইরিক মচা অসিস্থ উপন্যাসনি হায়বদা পংকায় কায়-রোইত্রা খঞ্জে। করিগুম্বা লাইরিক অসিদা অরান অহুই কয়া য়াউবা থেংনবীরবস্থ অনৌবা লেখিকাগী অশোয়বনি খন্না পাবীরিবশিংনা তাকপীগনি হায়না আশা থমজৈ। তাকপীবগী লমনদি পুন্সিগী ওইনা তোনশিনজরবী অমা ওইনা হিংজরগনি।

অদোমগী—

তাং ২০।৮।৯৪ ইং শ্রীমতি অয়াম ইবেতোম্বী দেবী

# নিম্মিতা

## ১বা পন্দুপ

খংহৌদনা য়ৌরকলি তাং ২৭।১০।৯৩ ইং নিংশিংলকখি, নোংমা মণ্ডলানগী মহাক অহু, সনা অহিংবা কুচুগী মথক্তা অমুকস্তু মতা কয়বা লাইবক! লাইবক্তনা ময়েক শেংনা ঙাংলবা সিন্দুর! মহাক্কী খোঙ্গুল লীরকপনি। কংঙমদনা হল্লদ্রা? নিংশিং নিংশিং লাঁকপনা পুং ১ গী মনুংদা য়ৌরকখি 'বেঙ্গল'।

খোংবুগী য়ারীস্তু অঙকপনি। অমুক কপ, অমুক নোক, নোক-পগা কপ্পগা য়ান্নবা পুন্সিনা থুংলয়ে 'মণিপুর ভবন'। খেংনরকপা অরা-মুংঙাই বারীবু পোপখোক্লহনা লেনমিন্নয়ে অহৌংহু। 'হয়েংগী বাবুদি কনানা হায়বা ঙমগনি, পল্লেপকম খঙদবা পুন্সিদা।

শামন্দুনা হৌখিবা অহিংহু তুম্বা য়াখিদে। ভবনগী মুংঙাইরবা কমুং ওইহনস্তু শিল্লিং কেন্গী মুংশিরবা খোঞ্জেলনা উইরুম,উইরুম তৌহনবা নঙনা লিশাং শিংনা তুমখুন তানবদি ওইখোকখিদে। নমহনা তুম্বা থৌরাংবনা য়াহৌস্তু খন্না খেংদোকখে। পুং ৬ (তরুক) তারমলে। খোংনাউদা য়েংখোকখিবদা হঙ্গামপাল মচুগী রঙ্গ তৈবা Taxi না পয়েং পয়েং ঐখোয়বু ঙাইহনা লৈবগুম উরি লোয়ননা মমাংথংবা খোংদা তগ, তগ থিল্লকই।

ইন্দিরানা খোং হাংদোকই, মরোল ইরোল তিন্নদবা অমা চং-লক্তুনা হংলে—বাবু করি করি য়েংগনি Taxi লাক্লে। ঐনা খংহৌদনা খুমদোকখি, Taxi গী দরকার খোইনা লৈতে। চংলবহু খোংনা ইরাইনা চংচগদ্রি। হায়জবতনি, Taxi Driver ঐখোয়বু ঙাইহনা অহুমক লৈয়ে। মুংঙাইরুহনা ঐখোয় ঊরু-মায়থকহনা লোইশিল্লে

অহুগা শমহুনা, ঙাকলো পীহুনা, বাল্লবা দলান অহুদগী কুমথরগা Taxi দা কাখৎহুনা কমলে।

Calcutta গী Chouringi Road, Chouringi Road হায়নবহুক খোক্লে। অমরোমদগীস্থু গাড়ী অমরোমদগীস্থু গাড়ী, গাড়ীগী গাড়ীঙাক্তা চিক্ল-চাইনবা ওমল্লে। অথাপ্পদা উরি ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েল ; লম্বীগী হেক তাইনবদা যাদবপুর যুনিভর্সিটি হল-লকপদা চংলুসি হায়নরগা ঐখোয় আলিপুর জুলোজিকেল গার্দেন লোমদা অহুমক চংলে। গাড়ীদগী কুমথরগা খোঙনা চংবা হৌরকপদা মঙাইরি হকচাংদা অনাবা ফাওরকই। খোং থাংবা খোকলক্লবগুম তৌই। ওইথংবা নাকলগী কোক খংচিক চীকশিল্লকই। ঐনা কিরন-দা হায়খি— ইবুংঙো নখোয়না য়েংনিংবতা য়েংলুরো ঐ মকম অসিদা লেংদনা লৈরমগে হায়রগা ঙসাই ঐনা লম্বীদগী লৈরকপা চানা অহিংবহু চার-চারহুনা তেনবা য়োক্লিবা পোনগী অকোয়বা ভেরেন্দাহ অহুদা ফমলম্মী। মখোয়স্থু ঐগী ইতৌ অহুদা হুংঙাইত্রমাল্লে ঙাইহাক ঙাইহাক্লং চৎনক্লরগা চংশিল্লক্লুনা ঐবু শমবিররে অহুগা চৎলসি হায়হুনা অহুম খোকলক্লে।

"Royal Bengal Tiger" হায়না মমাংঙৈদা শরৎচন্দ্র চট্টোপ-ধ্যায়না মাগী লাইরিক 'শ্রীকান্ত' হায়বহুদা থারমহু হন্দকী খোংচৎ অসিদা উজরে। তশেংবমক্তি, মসি মহাক্কী মচা-মঙ ঙাক্তা ওই-রমগত্রা অশেংবা Tiger অহুদি শিরমলগত্রা হায়না পুক্নিংদা থাজবা পোক্লকই।

শক ১৯৮৯ গী লোইশিল্লকপা ১৯৯০ গীমা হৌগৎলকপা অহুবাইদস্থু ইখং খংহৌদনা মহাক্কী মাং থাহুনা খোংচৎ অমা চৎখি। 'বৃন্দাবনমচা', হায়মা অথুবা মতম ওইখিরনা গৌহাটিগী কামিখ্যা ইমাবু থুরমজনবগী মতম তাঙা কাওবা য়াংখিদে। হন্দকী খোংচৎ অসিদসি ঐহাক কলকাতাদা কামিখ্যা থুরমজগে হায়না চপ য়ুংকা থজখি। মকম

অসিদদি কামিখ্যা দেবীবু "কালিঘাটকালি" হায়না ঊকায় খুমবৈ। লৈ পৱেং অমগা গোকুল থুপ পেকেট অমগা লৈরগা ইমাগী সেবাগীদমক চংশিল্লে। অহুবু কালিপুজা মন্তমগা মাইয়োক্লবিথনা মীয়ামগী ঊহৌ-লক্তা মচা এবু কদায়দা শোকখিনি মতাঙম চংখ্রে হায়না তাখোক-পীয়ল্লে। মন্তম কুইনদগী দর্শন কংনক্লবা ইমাগী খুরাখাবু দর্শন কংলিংবগী ঊথৌ লাংলবী এনা ইমাগী অশেংবা মশক থংলক্লবদা নিংবা কায়হনা "ভবনগী" কাদা অমুক হল্লে।

কলকত্তাগী মৈথু অমদি অশাবা অসি এহাক কয়া খাংবা হৈজয়মদ্রে। মীওইবা এথোয়সি থাইদগী মথৌ চিনবা জীবশিংগী মগুংদা অমনি। কনা অমনা মাগী লোয়নবী নাবগীদমক থরায় হকচাং য়াওনা সেবা তৌরি। অতোপ্পা কনা অমনা মপুয়োইবগী থরায়হুতং কনবা ওমলখদি তায়হনা অহীং মিংশেন থাংহনা মপুরোইবগীদমক চাকহেনজবী ওইরি।

মাগী, মাগী মথৌগীদমক্কি মীওইবনা চংখোক-চংশিন তৌরিবা। সিনেমা য়েংবা চংলিবা অসিশু য়েংনিংবগী মথৌহ্ পাংথোকলিবনি। অহুগা কোয়রি-খোংলিবা, ঊশৈ-মোংমাই পুন্নমক মথৌ পাংথোক-লিবনি। এন্থু মকম অসিদা ইচা-ইচু পুন্নমক হুন্দোক্লনা ইথৌ পাংথা লাক্লিবনি। য়ীনা, খিমা, য়োমা মথোয় পুন্নমক মশা-মশাগী অনিংবগী তুংইনা মথৌ পাংথোকপা লাক্লি, চংখি অকন্নুং লাকখিনি। মমামসিগী মরুংদা এগী মহোৎসাগী মরূপ থাইবেমগী শরুকস্থ গুংখিদবা নত্তে! চহী মঙা কেজবনা মায়রুবা মপুয়োইবনু কনাগী মতেং য়াওদনা মথম্ভনা চোক-অপ তৌনবদি হায়হবা খোক্বগীদমক "মণিপুর ভবন" কলকত্তাদা থাইনাক শবলক্লনা লৌংশামখ্রে। এথোয়বা Bangalore গীদমক খোংশাল্লে। তাং ২৪দা পুং ২-৩০ গী Karmandal Express ত্রেংলবা তাং ৩০ নুমিদাংবাই পুং ৫-৩০ দা এথোয় Madras দা থুংলুখি।

## ২শুবা পন্দুপ

"মণিপুর ভবন" কলকত্তাদা লৈরিবৈগী য়ানি। ঐখোয়বু মেমচা দেবী য়াইনা (এ, ও, মণিপুর ভবন কলকত্তা) য়াম্না তরাম্না ওকচী। নোংমা মুংখিল অমা ঐখোয় তাং ২৯ গী পুং ২-৩০ গী ট্রেন-দা চংখ্রপনি হায়বা তাবদগী ঐখোয়গী কাদা ঐখোয়বু উরবা চংলকই। ভাইহাক ফম্মীরদুনা বেঙ্গলীশিংগী য়ুম্বান-কৈবাক্সী মরমদা য়ারী য়াত্তায় খরা শানরে। Apple খোক্তুনা ইচান্নুপীনা মাবু অমুক পোথাহল্লে। ইমুং-মনুংগী য়ারী ভাইহাক শানরগা, ইচান্নুপী ইন্দিরানা মাবু কা-শাদা অমা তপত্তুনা পীজরগা মথাগী floor কাওবা থিন্দোকলুরে।

মসি মী মীপী অপান্বা হায়বত্তুনি। বেঙ্গলী ইচিল-ইনাওশিংগী অহন-লমন মশক খংবা হায়বত্তদি ঐহাকী অপান্বনি। চারমদাই কিজেং হোংবা, খুং-শা হান্বা পুম্নমক ঐগী অপান্বনি। অত্তগা থোং-থাকপগী মরমদদি মরৈ ওইনা য়েংনবা তারবদি ভসাইনম্ন হায়ব্রিবত্তুনি মী মীপী অপান্বনি। বেঙ্গলীশিংনা খাউগী মপাল তাংদবা করম্বা মথেল লৈখ্রবগে? মণিপুরীশিংগী হজাম চমথোং চামরক চাখ্রবম্নু ইচামক চাক্রিবগুম হাউরবা আলু-য়োংচাক ইরোনবা মখোয়গী ইলিস-মাছনা হেম্না হাউবদি নত্তেমা!

ফরে— মসিগী য়াকমসিদা নৈশিন্দুনা লৈররোইসি। লম্বীগী য়ানী— গদগ, গদগকী তাম্বাদা চেল্লিবা ট্রেনা ফাইফেত্তুং মনিং পাংনা চেল্লি। বেঙ্গলগী পাক-চাউরবা লোইবা নাইত্রবা সিমানা লাম্বোকপা মংদনা ঐদি ঐগী reservation গী seat অত্তদা অত্তমক হিপথরে। উইরুম, উইরুম তোকরবা মিংসিনা খংপাং খংপাং পাংত্তুনা খুজংগী ফজরবু য়েংনিংত্তুনা য়েংলি। অনেম্বা ট্রেনগী থোংনাউমিনা হিপ্লবম্নু দৃশ্যশিংত্তু উবা ফংই।

শাংনা, পাক্লা ইনথ্রবা লমহাংগা, অশংবা অতিয়াগা তাইনবা ময়ক্তা তরামন্নিনি পামবা থাজনা ফজববু হেনগৎহল্লগে মতাগুম লিং-খৎলকপহু উবদা অঙাংগী বাখানা করি খল্লুরবনো খংদে হংলকই— ঙসিসিবু কয়ানি পাল্লবগে ? ঐনা ইশম শন্না খুমদোকখি- "তরামন্নীনি।" অহুদি হয়েং ঐগী ইপোক মুমিং অসিদি "পূর্ণিমা" তারে, মানা মখা তারকখি।

সহরদা লৈরিঙৈদদি হরা-মুংশিংতু ঐগা চানদ্রে খল্লমনি। খুঙ্গং ফাউহুনা লাকপনা অইংবা মালংগী ইপোমদা ইশা অসি ঈশিং থারবা হরাইমতোলগুম অমুক ঈতেক তেকখৎলক্লে। চানিং থক্লিংবা খিঙংদি পোক্লে। হন্না য়েংথোকখিবদা ইনাক্তা মকোয়-মরাং চোম্বা মনিং লাউবা মুপা অমনা লিটর তরামুক চনবা ক্লাক্স অমা পায়রহুনা— হাই কোফী, গরম কোফী, হায়না লাউহুনা লৈরম্মী। ঐস্তু কোফী অমা লৌহুনা থক্লে। ঙাইহাক লৈরগা ট্রেন অহু খা পাংনা চেনবা হৌরক্লে।

অহীংনা থেংথ-থেংথরক্লগা ট্রেনগী মথোল মুংশিবস্তু অস্নুম-অস্নুম হেনগৎলকই। করিমনো খংদে সহরদা চেল্লিঙৈদদি খোয়রাং-খোয়শাউটৈ অহুবু লমহ'ংদা চেনবদগীদি ট্রেনগী ফথৌ শংবা হৌরক্লে। বেঙ্গলগী লম লোইশিল্লক্লে। অহুৈঙ মহাকবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মাগী 'গীতাঞ্জলি' ইবদা চাউরবা মতেং লৌখিবা চুগী লৌবুক, হৈনৌবন, লফুবন, হানৌনা লেং-লেং চৎপা চানা পাম্বীগী মতোম্না ইপোম হৌরবা মালংদা ফেং-ফেং হাইহুনা খাংবা পুন্নমক উনা-উনা তামহৌরে। অহুবু বঙ্কিমগী কলমদগী থোক্লকপা খাবলগী মঙালমা য়বদা চাউরবা উজাউশিংগী মমিনা হিংচাবমা মাঙদা লেপ্লুম মুশিন-মুশিন মুনা লৈবহুদি থানা নেমথ-নেমথরক্লগা থোইনা হেন্না উরক্লি। বেঙ্গলগী লম লৈহৌরে, বিহার লানশিল্লক্লে। মথং-মথং লাকপনা মাংদা মিংশেলগুম ইরং লংনা "চিলকা" পাংনা ঙানথোইরি নিংঙাইবা লৈতনা। অরংবা ঈপাক-থক্তা বিজলিগী মঙাল তাশিনবদি ইয়োলমুংদা সনাগী শঙ্গায় শাবগুম

নিংথিজৈ। ফজে হায়বসি নত্তনা করিবু অমুক তায়রুবি। মহৌশাগী ফজবগী মথক্তা থুংশেমগী ফজবনা ইনোং অমুক হাপ্লনি। মশানা হাউজরগদবা ইরোনবদা মরোয়-মপাং শুনা থাকপনি; থরগা হেন্না হায়রবদা "মমানা মচা পম্বগুম্বনি।"

মরক মরক্তা ট্রেন্না অমুকমুক লেপ্লা থুদিংগী ভেক-কায়রবা শোইদাইরবা কয়ানা পুস্লিবু মশক তাক্লরি। ময়াদগী অমত্তগী রস কোক্লিবা নারা অমম্বু বাবু পৈশা দেও! মাজি পৈশা দেও! হায়দুনা মথুং তিংথোক্লি। ঈরৈপাক মণিপুরদদি মখোযগুম্বা অঙাংদি পমহুনা চাক ইস্লি অহুগা মখোয়না তৌম্বিবসিনা করিনো। খল্লুবদা ওক্তবা ওমদে।

বিশাখাপটনম্ ষ্টেসন য়ৌরহুনা ময়াম পুম্নমক মরাং-মরাং তৌনরক্লে। ঐস্বু ওাইহাক তুমথরক্লমাল্লে, মহাক কদোমদা চংখ্রবগে হাযবা উহৌক্লে। মীৎসিনা কোয়না থিক্লবদদি মহাকস্বু ঐবু শেন্নবদা বারবগুম নিংঙাইদনা বার্ড মথক্তা তুমহুনা লৈরমলে। করে তুম্নসনু খল্লহুনা অমুক হৌদোকলুবা তৌব্রে।

অহীং নোংশোইবা চারা হেল্লবদস্বু চাগে থকে হায়দবহুদা অঙাং অনীদি য়াম্না মুংঙাইক্রে হায়বদি খওদবা নত্তে অহুবু ঐগী থম্মোয়সিনদি চাক চাগে হায়বা থক থনখিক্রে। থুংখিবা নংখিবননি। থুংখিবা মংবা হায়বসি মায়খিরবা লামমীগুম্বনি তাঙ্গা অসিমক্তদা কিরন-বা কৌরকই— "ইনেম্মা দহী বোরাসি চাবা রাত্রা য়েংউ", ঐনা অমা লৌরগা চারে। ফনবু হাউক্লয়ে। ইহৌশানা থুম মোরোক্কী নেশানা তাহৎলবী ঐহাক্কী চীনশিনা অমস্বু অমুক নিক্লরি অঙাং মচাগুম। মুংখিলগী মক্তমদা শামনথিবনা মাদ্রাজ য়ৌরমদাইগী মত্তেক অমদি নোং কয়া হুগবরকখি। মরম অহুনা ওলাংবা থয়মথেদি কোকলে। ঐনা তুয়োরওাবলোই হৌগৎতুন্না টোইলেট্-লোমদা চংগে হৌগৎলবই।

# নিংশিংলকই

মীতিক-মীয়ৌ খংবী ইন্দিরানা ঐবু কোনবীন্থনা মন্থংদা পুশিনবীরে। ঐগী থবক লোইহ্রিকাওবা মহাক্কা ঐবু ভাইহুনা লৈরে। ঙসিদি ঐহাক মখোয় অনিগী লমন তোনশিল্লবী অমা ওইরে। হিংলকখিবা ভারৎদি মখোয়গী লমন অমুক শিংলখিগেকো অসি খল্লুবা ঙ্গম চৎপনা পুং ৫-৬০ চৎপা মতমদা ঐখোয় মাদ্রাজগী ষ্টেসন-দা থুংলুরে।

মাদ্রাজ ষ্টেসন-দা চিল্লম্বা মীয়ামন্থ উবদা ইথক্তা খঙ্গে ভারতকী মীয়ামসি শিবা মাইত্রমাল্লে। ঈশ্বরনা মখোয়বু মতমলৈবখিবিক্তা খৌজানবীসন্থ হায়না। মায় লৈখোকখিবদা উরকই—মণিপুরদা "আনন্দ কন্টিনেন্টেল" লৈরিবসিগুম, মফম মফম খুদিংগী "হোটেল আনন্দ, আনন্দ টায়ার র্বার্কস" হায়না পোষ্টর চাউনা থেংলিবন্থ খুদক্তা নীংশিংলকখি ইচাগী মুংশিরবা মিং। করিগী অমুক পোপুলার ওইরবা মিং অসিবু খোল্লুরবকো হায়না অমুক খল্লকই।

নিংশিংলকই— মথং-মথং নহা ওইরিঙৈ পুন্সিগী মখোং কারকঙৈ, ফনেক খোইদোম শেংলিঙৈ শৌগাইজমগী ইমোবগা, শরৎকা, ঐহাক্তা তা-বাবুগী মনাওমিপা কুমারগা কেরোম শামমিন্নখিবা। শরৎনা ইচেম্মা হন্দক্তি নংগী স্ট্রাইক টরন্ খোরে। ঐনা করিনো শরৎ নংনা ঐঙোন্দা নংকক্তা হায়বা বাত্রা হায়না কল্লগবা ভাংখিবা। শ্রীকতক্তা রাসী লৈরবা মায়খোংনা ভাংলপ তৌরগা নোকশিন্নহুনা খাংখিবা, ঐনদি মমিংহুদা ভাওহুনা হুম্নতা কাগী তৌরুবমি। তুংগী পুন্সিগী কায়াৎ অমসু লেপখোকখি— "শরৎকী খাবলদা ঐসু মোংমদি শৌরদনা শাংলুগনি হায়রম।"

# ৩শুবা পন্দুপ

মাদ্রাজদা হেক থুংবগা কুলিম্বা লমজিংহনা বস ষ্টেন্দ-দা চংলে। ইনক নক্লা রেস্টুরেন্ট অমা লৈরমলে, মহুদা চংহনা চাক-ঈশিং চারগা ঙাইহাক পোথারে। অচৌবা সহরগী হৌনশা মী পুম্নমক অরেম্বদা মতম মাঙহন্দে। মানা মানা ঙম্বা শক্তিদা মথৌ-মথৌ শুহনা লৈ। পোং য়োনবনা য়োনবা কাংবু অমা। পোং থাংবনা থাংবা কাংবু অমা। মুপীগী কাংবুনা শমজিদা লৈ-পরেং চরোং চরোং। য়েংলুবা খুদিং কুম্মেগী কুম্মেঙাক্তা। মুম য়েংলিঙৈদা বস টিকেৎ ককপা-খোৎপগী থবক লোইশিল্লমলে। মিনিট মথাইমুক লৈরগদি বস-তু লাক্লুনা মফম অহদা থুংলরে। ঐনা প্লাষ্টিক-কী মগ্ অমা লুপা ৫ পীহনা লৈবে। অহুগা ইন্দিরাগা লোয়ননা বস-তা কাখৎলে। এয়ার কন্দিসন-গী বসনি। কলর টিঃ ভিঃ সু হাপ্পী। করম্বা খুৎশেম হৈবা কনানা শাখিবনো। সাইন্সকী চাউথৎপগী থম থেংলবা মতম অসিদা পোক-পদগী তোয়না মপাল থোকচন্ত্রিবী ঐনদি করি হেন্না খংলুগনি।

মুমিদাংগী পুং ১০ গা মিঃ ১৫ চৎলকপগা লোয়ননা বস চেনবা হৌরে। ইম্ফালদা পোষ্টীং তারবদগী জয়নগর দা যৌগদবা জরান অমসু ঐথোয়গা সিট্ থংনবা কম্বিরহনা কিরনগা মরূপ-মপাং ওইবগী মরী অমসু লৈনরে। ঐদি গাড়ী হেক থৌবগা তুমথনবা হোৎনরে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা বেঙ্গলোর-গী লম লানশিনবা হৌরে। অমুক পুং ৯ চপচানা তারকপগীহদা Nimhans য়ৌরে হাযহনা জয়নগর-গী জরাম্না হায়রকপদগী ঐথোয় মাগা মফম অহুমক্তদা কায়নরে। Nimhans কী বোইজ হোষ্টেল মপাহদা পোংচৈ ময়ামহু হাপকৎনবা হায়হনা ওটো রিক্সো ফাবা লাক্লুরি।

ওটো রিক্সো তোংহনা মুমিং খরনিদং লৈননবা হোটেল অকবা অমা থিরূবদা "হোটেল রেভোলী" থেংনহনা ফাষ্ট ফ্লোর রুম নরম্ব ৪ দা তাং ৩১, ওক্তোবরদগী লৈবা হৌরে।

"উনত্রগা কাউবদা তেংবাংই, খংনত্রবদি উনদে, তিন্ন-তিম্নগা মুংশিনবা হেল্লকই, শায়র-শায়রগা ওইনম্বা হেল্লি" মৈতৈ ইপা-ইপুগী পাউরৌবি। কলিকত্তা মণিপুর ভবনদগী 'দামুদদা' কায়নরম্বদা মঙায়রি শোমদা অমুক কৈলাস থেংনরে। নৈনিতালদগী লাকপনি হায়। মকমসিদা লৈবা চহী মঙারোম ওরেস্ব হায়। হান্না লৈরম্নবনিনা ঐখোয়দগীদি মানা লম্মীং-তুম্মিং খর হেন্না খঙই। অদুনা, মখাগী রেস্টুরেন্ট-কী পোং হায়বদি চাক-ইনশাংশিং অদু চাবা কন্না হৈনদদুনা কৈলাসনা লমজিংদুনা ঐখোয় চাখুম মচা অমা শেমলে। মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী খরচস্ব ৫০% হন্থরে হায়বা য়াবে। কৈলাসন্ব মথত্তা চাকথোংবা তল্লি হায়দুনা ঐখোয়দা পুন্না চারে।

নোংমদি ইন্দিরাদা কৈলাসনা চা থক্কে লোল্লু হায়। ইন্দিরানা ঐখোয়গী ইরোম্দা চৈ—"নথত্ত লোল্লগা থকচৌনা।" মানা খংদদুনা নোকপদুদা ঐখোয়নিস্ব য়াউনা রা-রা নোক্লে অদুদগী মহাক হৌগতু্না ঐখোয়গী কাদগী থোকখ্রে। চুমঙাও ঙাওবা য়ান্না চম্বা কৈলাসকী পুক্সিনি। নিতিগী মাম্বি ধুপ কংলগে হায়দুনা বোকুল ধুপ চরোং অমা পুদুনা ঐখোয়গী কাদা হেক্কা চংলক্নি। মাগী মুপীদু প্রাইমারী স্কুল অমগী ওজানি হায়। মচাস্ব মীপাঙাক্কা অনী। মখোয়গী খুলদুদদি হাইকেং মখিং লৈবা ইমুংনি। মপানা লমদুগী প্রধান্নি। সাইকল-না ভারত থুংনবা কোয়বা লাকপদগী শেল য়াউদনা হিংবা য়াদবা মীওইবনিনা শেল রাংশিল্লক্নুনা বেঙ্গলোর য়ৌরকপদা মফম অসিদা অদুমক পন্দুনা লৈরবনি। ঐনা মাগী মুপীনা খল্লমগদবা ময়ামদু উদুনা নংবু Neinital দা অমুক্তদি হল্লখো হায়দুনা থেম্মীবনি। H. R. Room No 4 দা হেক চংলকপা মুমিং অসিমক্তদা কিরন্না কন্না হোংনদুনা ঐখোয়গী concerned Dr. অদু উন্নরে। মণিপুর মচানি, হেক য়েংবদা য়ান্না ফগদবা মাল্লি। ফস্ব কৈ, মমিংনা "রহমন" কৌই।

ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা ইবুং অহলনা লাক্তুম্না পাউতাক কয়া পীবিরম্মী— ইবেম্মা ঐখোয় মীওইবনা করিগুম্বা অমত্তা লেপ্পা ঙমদবনি। মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী ইমাং নত্রগা ইতুংদা ইমবীহনা ঐখোয়বু লমজিং লমতাকপীরিবনি। মশক উত্রবস্থ ঈশ্বরনা ঐখোয়গী থম্মোয় থম্মোয়দা চংহনা পুম্নমক অসি ওইনবা শিল্লিবনি, মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু কাউগনু ; লোয়ননা বেঙ্গলোর-মুক নানবা মফম অমা লৈতবনি ভারতকী মন্নুংদা। মহৃদা হৌরিবা উ-রা অহুমক্তা মাবু হেন্না থাম্নবগী মচাক অমা ওইহল্লবনি অসি-নচিংবা কয়া হায়হনা ঐবু থরা গ্যান্ তাহল্লে। ভারত পুম্বা থুংনা চৎলবা ইবুংগী পাউতাকশিং ঐনা করিগুম্বা য়েংলুবা অমত্তা লৈতনা তুমিন্না তাশিনখিবা পুম্নমক ইমিৎমক্তা তশেংনা উররে।

ইঞ্জিনগী নিল-খোংবা মরক্তা বিজলিগী শক্তিনা সনা ফুদোং-বগুম ফুদোংলি। কিরিতি-কুণ্ডলদা মচু কয়াগী মনি-মুক্তানা থাম্বগুম অঙাংবা, অশংবা, নাপু মচুগী বলব-মা সহর অপুম্বা অসি থরায় পানবগুম্না উহল্লি। নাক-য়েত্তনা দোকান পরেং-পরেং। য়েংখিবা খুদিং মিৎফম হোংবা য়াদবগুম তৌই। য়াম্না চ্যেকশিম্না Nimhans কী ডাক্তরশিংনা পুং কুমনরি থবক শুই। ডাক্তর রহমনগী পাউতাক মতুংইন্না লাকমিন্নরিবা ঐখোয় মরীমক মুমিদাং পুং ৮ দা Nimhans য়ৌনবা চৎলে। ইপানাৎ-ইপুনাৎকী ফিজোলহু শেতুম্না চৎপদা লৈ-রমলিবা নর্সশিং অহুনা ঐঙোম্দা চাগদবমখৈ মুন্না য়েংলগা নোকফেং-নোকফেং তৌরহনা মখোয় মশেল Kannada মরোলদা লোম্নৈ।

হিষ্টরী য়াম্না কুপনা লৌরবা মতুংদা ঐখোয়বু তাং ১, নভেম্বর হায়বদি মখংগী মুমিংকী অয়ুক পুং ৮ দা লাকনবা হায়রক্লে। হোটেল দা হল্লক্তুনা থরা চা-থক্লগা ঐখোয় ঙত্তানা তুমলে। নোংঙাল্লে— ঙসিদি খোংথিন্নবা ঐগী থম্মোয়গী বিনাদা নিংশিংবগী সুরনা অমুক নৌহৌনা খোম্থাং মৈররে পুক্লিংগী লম্বীদা কাইনথংদা।

নভেম্বর, ত'ং ১ দনি। ডাক্তর রহমন উম্নবা ঐখোয় পুং ৪-৩০ দা হোসপিটালদা চৎলম্মী। ডাইহাক ডাইনরবা মতুংদা ডাক্তর যৌরক্লে। ঐখোয়না নৈম্বিরিবা মায়কৈরোমদা হাইকৈং য়েংলগা নোক্লকই অহৈগা মশাগী ডিউটি-গীদমক মথক্তা ক্যাংখিরম্মী। মখোয়গীদি পুন্না পুন্না চৎতুনা লায়য়েংই। ডাক্তর অমম্তুগী কোল্লা নত্তে। কোক ময়ামনা পুল্লগা লায়েংবগুক্সি। ডাক্তর রহমন রাউণ্ড চৎপা লোইরহুনা মথক্তগী মখাদা কুমথরক্লে। কিম্বুদগী ঐগী Myelogram X-ray অদু পাইয়ু হায়রম্না লৌগে। মিনিট ২০ মুক পুশিন্নুরগা থাদোরক্লে। মথংগী মুমিংকী বারহ-দা উন্নসি হায়বীরক্লে। মহাক অচীনবা খরা নৈরম্মস্তু রাই মরমদি— ঐখোয়না চৎলমদাইদা ঐখোয় শাউদনবা হায়রিব্রা করিনো মণিপুরি ইচিল-ইনাউশিংসি য়াম্না ইস্পেশ্যিয়েন্ট ওইগনি অসিনচিংবা কয়া অমা হায়রকই। ফরে অহৈদি হবেংসি শোয়দনা অমুক লাকচরগে ডাক্তর হায়রগা ঐবু শমহুনা অমুক পুরক্লে।

হোটেল Revoli তাম্না হনখিবদা খোঙনা রাকিং ওইনা অতুম হনথ্রসি হায়না য়ানহুনা লাক্লে। লম্বীদা খরা ইংনবা মুবী মকী থকখিসি হায়হুন্না ঐখোয় অহুমদি থক্লে অহৈগা মখোয়গী কাকাদি থক্লে। ইন্দিরানা হৌদোক্লুনা হোলসেল অমদগী থোংনমবা মনা-মশীং হায়বদি— খবী, খামেন, খামেন-অশিনবা, আলু, সালাক্তু শেমহ্ন্না তিক্লো, গাজর, ফদিগোম, মোরোক অতেকপনচিংবা খরা নৈরক্লে। য়েক্কম লুপা ১০ গীস্তু য়াউরকই। ঐখোয়গী মতম খরগী য়ুমহৈ য়ৌরবদা ইন্দিরানা রাস্তু রারে, চাকস্তু থেংলে তলগা চাগা চারগা চারা অসিমদি লেল্লসি হায়হুনা অয়ুকী চাক থোংদ্রে।

*

## ৪শুবা পন্দুপ

মুমিদাংগীদি মুমিংনা ময়ুম চংত্রিঙৈদগী চাক থোংদোক্লে অহূগা ওল্লপনা চারে। থোঙনা থরা শাংনগা চংলকপনে, চাক থরগা চারুবহূনে ঐখোয় ৱারীককা শানবা নংদনা মহৈ মহৈ তুমথনরে।

নোংঙাম্‌বগা মখোয়দি অনকপা অহূবাইহূ য়েংঙ্‌নি হায়রহূনা ওয়া কুমথনখ্রে ঐদি ফমুং শংবা হায়রসি মঙায়। কৈদোনি, ইখোঙ পাল্লবস্থু পাম্দবগা চপ মান্নরবী ঐবু। থবক লৈতবা হায়রবশিস্থু ৱাবদি ৱাখ্রে। থবক মতোয়না লৈমন্নবস্থু ৱায়; লৈমন্ত্রবস্থু ৱায়। অহূনদি — "মন্‌বা" হায়রবসি ইফত্তা ফত্রে। নাদবা মখোয়গীদি থবক কোমদে মহৌশাগী মহৌশানি। ইন্দিরা চাক থোংই, ফি শুই, কোন কেংই। কৈখেল চংপা য়াউই। মতম কোনবু কোয়ন্নদে। ঐতনি মসিদা মতম লেনবা ৱারিবা — চাশিন্নগা তুমশিনবা, বাথরুম, টোইলেট চংবা, কৈলাসকা ৱারী ঙাইফাক শানবা অসিদগী হেন্না করিস্থু তৌনিংঙাই লৈখিদে। মসিনি ঐগী হোটেল রেস্তোরাল-দা লৈরিঙৈগী রুটিন্‌ৱার্ক।

মখোয় অহুম্মক অমুক হল্লক্ত্‌না Nimhans তা চংনবা চাক প্রপ-প্রপ থোং-থাকুবা লাকুরি। মেনেজরনা থোংগালদা ঙা লাকই তাক্লবদগী কিরম্না লৈকহূনা থরা অমা তাউথোক্লগা থমলে থরা অমনা থোংলে। মখোয়দি চাক চাবা লোইরগা কা চাকখিনি, ঈস্ফালদা ফোন্‌ তৌখিনি হায়রহূনা মহৈ-মহৈ কুমথখ্রে। ঐস্থু সেন্ট্রেল রুমগী শরক্কা তাইনবা থোংনাউ মরাদা লেপ্তুনা মাংদা লৈরিবা দেবী মন্দিরবু লাপনা থুরুমজহূনা লৈক্লরি। মন্দিরগী মমাংদা হৌরিবা য়ুবী পাম্বী উক্লরগা নিংশিংলকখি — মমাংগী মুমিংতা ইম্দরানা লৌখিবা মাগা কিরনগনা ত্রিপুরাদা লেনখিবা অৱাবা পুন্সিগী ৱারী মতেক অমা — মানা হায়খি; ইন্দোইমা পুন্সি হায়রবসি অৱা-মুংঙাই কয়ানা শাবা থোঙচং অমনি। অৱাবা থংদবা মীদি চামগী মমুংদা অমত্তনি।

ঐগীদি রাবনা হেনবনা মুংঙাইথোক্তে হায়না মুংঙাইরিবনি। মতম অমদদি কয়াদা রাম্বা। চাক থোংননবা শীং লৈতহনা মীগী য়ুবীমনা অকংবা কেনবা ঙাইরগা, মহু খুন্দুনা চাক থোংলগা চাবা য়াউখ্রবনি। নোং হেক ঙানবগদি চাক থোংঙো হায়রক্লগনি অহুবু থোংনবা মপোংতি লৈতে। মুপাদি চাউচংনি। মসিদি মুপী ঐতবা খংবনিনা অহিংদা মীগী ইংথোলদগী হঙ্গাম ফোয়রুবফাউ য়াউখ্রবনি।

ঙৌনা পীকলবা মায়থোংদা য়াউরিবা পারবা চীনবান্দগী অসি-গুমলবা রাহৈশিং অসি তাগনি হায়বা খাজরুদবনি। চাউরবা মমিং লৈরবা ইঞ্জিনিয়র অমগী মচানিকো মহাক অসে। অহুবুদি করিস্কু নত্তেদা, মশুংলাংগী রাজবনি। "ইনাকখুনবা মচা ফোশুবা তস্মু, লায়রবা মচা শগোলতোংবা তস্মু" হুম— অরামচা লেম্না মাংদবনি: ইপা-ইপুগী পাউরৌনি। অসি হায়হনা ঐনা মাগী মপুক্লিং ফাথবীখিবা !!

ইন্দিরাগা ঐগা খুংবা থেমৈ হায়বতনি; ঐহাকস্মু মহাকথক্কী বারবীনি। চক্সুমচেং, উয়ান মচেত্তগী হৌদোকমিন্নরক্লবনি। কাউজন্ থীবা মপোক্তা পোক্রবা মীওইতনা কাউগে হায়বা মঙাই, ঐনতদি পেহৌ-পেহৌ নিংশিংখিবনি। অসিবু করিতৌই হায়বগে ইরাননংগী রাজবনি। মওল-মওল খল্লিডৈ কা চারুবা হল্লক্লে, ফোন্ তৌরুবস্মু হল্লক্লে। ঐথোয় অমুক পম্বা তৌদনা Nimhans তা চংনবা শেম-শারে। ইন্দিরাদি ফি খরা শুগদবস্মু লৈ চংলরোই হায়হনা লৈহৌরে। মাগী কাকাগা ঐথোয় অহুম ওটো অমা ফাহনা পুল্লপ অহুম চংলে।

চাউরবা হোসপিটাল-নি, মতম থিজিন্নুং শোয়নখিবদা ডাক্তর-কাসি থিবা হেক্তা রাবজাংনি। কা খুদিং চং-চংহনা ডাক্তর য়হমম থিবা লাক্লরে। য়াম্না রানা হোংনরবা মতুংদা ইরায় লায়রা কা অচৌবা অমদা ফাইল্ শুহনা মথক্তা লৈরমলে। ডাক্তরনা মথোয়গী ডাক্তর Bachum গা তানহনা ঙসি হায়বদি নভেম্বর ২ হুদা মিং চল্লো

অহুগা হয়েং তাং ৩ দা মাগী ওপরেসন তাই; মহৃদা য়াউহৌনবা তৌরসি হায়রক্কুনা, হায়রিবহুমক তৌরে। ঐখোয়দি ঈশ্বরগী থৌজালনি খন্দুনা শেম্বীবা মপুবু পুক্লিংদা হন্না-হন্না থাগৎচৈ।

থবক্তা কয়া য়াম্না খুমাং চাউশিনবগে হায়বদা এডমিট তৌবত্তা মঙায়রি ফমুংদা হিপ্লু হিপথত্রি— নর্স লাক্কুনা ব্লড লৌখ্রে, হার্ট চ্যেক তৌখ্রে। অতোপ্পা অমা অমুক লাক্কুনা ইন্‌জেক্সন মচা অমা অমুক কাপলরে; মতুংদা লিফ‌্ট-তা কাহ্নুনা স্পিসিয়েল ৱার্ড রুম নম্বর ৯ দা হুমিদাং অহু লৈবা হায়না য়ানরে।

খজিক্কুং থেংবদা মখোল হৌরবা কোলগুমনা উঁক্রবা খুদিং মীরমহুদা ঐঙোন্দদি ইনৌত নৌখি। মাগা ঐগতনি মফমহুদা লৈ-হৌরিবা। কিরন-দি ঙসাইনা ইন্দিরাদা পাউ হায়রুরগে চাক থোংলগা উল্লপনা চানবা থিল্লক্লগে হায়হুনা ঙসাইনা চংখ্রবনি। নোংমতস্থু খুৎশম্নহুনা চংখিত্রিবী ঐদি ইথস্তা ইহংদ হঙ্গোইঙ্গৈ অহুবু করমদি তৌনি, উপাইদি লৈতে। ঐনহুম হাম্না কোল্লুরি মখুত্তা নত্রগা লেংবান্দা। মহৌশাদি ফং কম্বোক্লকপনি অহুবু হন্দক্কী মতাং অসিদদি কম্বোকপগী মহুত্তা হেন্নহুম খুহুম চেৎনা পায়শিনবীরকপা পেনজদ্রবী ঐনা চৈনা ফাওরক্লবতদা খংলকই। থাজবা হৈত্রবী ঐনা ইথস্তা খনজখি কয়াম কুইনা অম্নুম্না লোয়নবীগনি। তশেংনমক মহাক্কী মোল্লবা খুবামনা কোকথক্তা হাপলক্লবা ঐগীদি ফার্ষ্ট এড পীরবনি।

কৈলাশনা মাং থারহুনা ইন্দিরাগা কিরমগা চংলকই। কৈলাসনা ঐগীদমক্কি হায়হুনা সেম, কোমলা, লফোয় পুরক্কুনা ফজনা খোক্লে। লোয়ননা মাম্মী চাউ হায়হুনা লানশিল্লকই। ঐনম্বু হান্না লৈরমলবা রুম-মেট অহুদা চাউ হায়হুনা লানশিল্লি। অদুগা কদায়গী শেলনা অম্বুক য়াম্না লৈশিল্লকলিবনো হায়দুনা কৈলাশপু চৈরে। মাগী নোংমগী

খুংন্সুমন্দু ঐগীদমক উহৈ-রাহৈ লৈতুনা করিগী মাংহল্লিবনো হায়দ্না ইথন্তা প্রোক-প্রোক চাকচরি। কোমলাহৃদি লোক থুংই, খরন্সু শিল্লি হায়না খন্দুনা চাদ্রে। মতম থেংজিল্লক্লবদা মখোয়বু অমুক হোটেল-দা হনখিনবা হায়রে। মখোয় কাকান্সু চাক চাখোকলুরো অহুগা অমুক লাকপীয়ু হায়দ্না চৎহনখ্রে। চৎখিবদা ইন্দিরানা ঐনা ইচা চাত্রবা চাক-ইপ্লাংহ্ টিফিন্ কেরিয়ার-দা অমুক লোন-শিন্দুনা পুখ্রে।

মাগী কাকা লাক্লিংউ ইথন্তা ডাইরিউ চৈরক অদ্দা খোং হান্বা চংবা অনী অহুমলক শুখ্রে। মহাক লাক্লবদস্সু অদ্মক লেপ্লা লৈতনা পংহামদা হামলে। ঐ ওপরেসন য়ৈখোক্লত্রা খনবদি অদ্বু ডাক্তরনা থওইনা হামহনবা ওইরমলে।

## ৫শুবা পন্দুপ

অহিংহুমদি মাগী কাকাস্থু ঐস্থু মিকপ অমমমতমক তুমলে। নোং হেক ঙানবগা 'এটেন্ডেন্টশিং চংলক্লুনা মাগী মাগী মখোৌ পাংথোক্লরে। ঐনা Geyser দগী ঈশিং অশাবা লৌহুনা শেংনা ইরুজথোক্লে, কোক-স্থু তুমথোক্লে অহুগা চন্দন মচেৎ অমত্তংগা থিন-জিল্লে। মখোয়না ঐবু উবদদি মতাম' ওইনা উরমগনি অহুবু ঐদি করিস্থু খনবীদে। ঐগী, ঐগী চৎনবীগী রুহী ঙাকচবনি।

পুং ৯ দা ওপরেসন চংগদবনি মিঃ অমা ফাউবা শোয়দনা ঐবু স্ট্রেচর-দা হাপকৎপীহুনা ওপরেসন থিয়েটর তান্না ইনবীরে। ঐগী চীন অসি য়েত্তুম অমনা ফোংখ্রবগুম করিস্থু ঙাংখিদ্রে। চানা শাবা লাই ফদিবীগুম মখোয়না হেক তৌরিবমখৈ য়াখে্র। Brain Haemorrage তৌরে ইমরজেন্সী-নি হায়হুনা ঐবু অমুক ইস্থোক-রক্লগা মুপা অমা ঐগী ইমাং থাহুনা ওপরেসন অহানবা তৌখে্র। পুং ১২ তাগদবা মিঃ ১০ রাংলিঙৈদা ঐবু অমুক পুশিল্লে। মকোক মন্না খুমজিনবা ইউনিফোর্ম অশংবা শেংপা মী খরা কা মচা অমগী মনুংদা ঐবু ঙাইদ্‌না লৈরম্মী। মচু মুবা মমিৎ লাউবা মন্নাম অহুগী মরক্তগী অমথক্লা মণিপুরি লোন্দা পাখৎকনু, পাখৎকনু ঐ লৈ হায়রকই। রাহৈ অহু তাবদা থম্মোয়সি খিত্তং চাউই। ঙাংলিবহু ডাক্তর রহমন-নি হায়বস্থু খঙই। মণিপুরগী শ্রীগোবিন্দবু চেৎনা থাগোমজরে অমদি লমদমদ্‌বু কোল্লিবা দেবতা/দেবী পুম্নমকপু নিশিং-নিংশিং, য়েংনা-য়েংনা ঐ তুমথখে্র। কন্নি তৌখিবগে হায়বা করিমতা খঙখিদ্রে।

গ্যান তারকপা মতমদা ডাক্তর রহমন-না ঐবু কৌরদ্‌না, ইশা মোমদ্‌না, ওপরেসন লোইরে মিৎ পাংলো হায়দ্‌না ঙাংদ্‌না লৈরম্মী।

ইশা অসি পুমচোক চোকথে। তাবদি তাবগা ংখুন্নদি ঙম্নদে। মঙলাক্লবা মীদা হৌদোকপগুম খুনা ইঙম ঙমত্রে। কাইনথংদা, এনা তারে হায়বগী ইঙ্গিং, ঙক হাইহ্নুনা খঙহল্লে।

মিংলু নাপোম অনীদগী শিন্নবকপা নোংলিক্মুক চাউরবা পিরাংনা কংলপ তৌনা লৈবগুন্না অমা এগী মায়দা ফাউই। চোকথরবা খুং অসিনা কয়িনোনে হায়না মাক্লবনা তশেংনা পিরাং অনীহ্ থেংনখি। ঐ ঙকই, ঐবু কপখিত্রনে? ইথন্তা হংজরকই।

তশেংবনি! শিনিংদে থক মীওইবনা। হায়নৈ— 'ব্রহ্মামন্না কং-ঙমত্রবা মীওইবগী মপোক্নি'। মীওইবগী রা-ঙাক নত্তে; জীবনা কয়িস্ন শিনিংদে। থরায়গা হকচাংগা শেং-থাইনরমদাইগী অনীদ্গী লাল্লক্তা হকচাং পোল্লাংনা হুম্নতা কপচবনি। লিন্না তংখায় অমা উমলবা হঙোইনা তাম্না নাইনা খোংলকলিবহ্ হঙোইগী থরায়না মাগী হকচাংগা কায়নরমদাইদা য়াই মুন্নবগী কপচিরিবনি। অদ্দি কপ-লিবশিংসিবু থরায়নরা নত্রগা হকচাংনরা? অনীমক্লনি— থরায়না কপনবগী ঈথিল পীরগা হকচাংগী শক্লক ওইরিবা মিত্তা পিগী মরিক শিন্নবকপনি। থরায় হকচাং অনীদি কৈদৌঙৈদস্ন থানবা য়ারোই।

ডাক্তর চন্দ্রমুলী, ডাক্তর সমপদ্, ডাক্তর রহমন মখোয় অনী অহুম্না চাউখংলবা সাইন্স-কী যুগ অসিদা এগী থরায়বু ঙাইহাক্তং নিমহানস-কি অশোক পাম্বীগী মক্নমদা পোথাহনবনি। মহুদা তংলু য়াত্রবা প্রকৃতীগী ঈচেলনা থারা নাইনা চেন্নরকখিবনি এগী থজাই অনীমক্তা। হে প্রকৃতী লাইরেম্বী! নংমুক ঙকপা ইমা অমা অমুক লৈরিত্রনে? নিউক্লিয়ারগী মতম অসিদা নংনা কৈদা লোংলিবা?

অহুগা বসন্তগী মতমদনা কৈদৌরবা— মী মীগী থম্মোয়দা নত্তেদা, কৌজেং হায়রৌ, উ রা, লেংলি-পাল্লৌবা পুন্নমকী থম্মোয়দগী

য়াশী নৈনা চংখোনবী মুপী ঐহাক অমুক্তস্থ উখিল্লি। মখক মুংশি-বগী মতিক খম্মোয়স্থ য়াম্না ইংই।

ড্রিক্ পীবগী খাংবদা বাবনে, করিমত্তা চারক-খক্লক্তবনে চীমখান অসি খৃকখৃক কংই। ঐনা হায়না বা হংবদি হৌরুরি অদোমগী মিং করি কৌবগে? "নিরমলা"। য়াম্না মুংশিবা মিংনিনা অহুদি থেক্ক ইউ হায়হুনা অরা পোখারি। ঐনা চহী হল্লমগদবস্থ মাল্লি। ভাইহাক লৈরগা অমুকস্থ ঐনা নিরমলা বহিন পানি, পানি হায়হুনা য়া কাখৎলম্মী। নিরমলানা লশিংদা ঈশিংনা চোৎহল্লগা ঐগী চীন-বানদা মানবীরে। য়াদস্থ ভপভং ভাহল্লম্মী। মরমদি ড্রিক্ পীনা পীনা করিগুম্বা চাবা-থকপা হায়বসি তৌনদে Rigour হেক্তা লাকল্লি। হায়না, হায়না ড্রিফ মভাশুবা কাপ্পা মতমহু নোংভানগদবা পুংখায় অমত্তা ভায়রে হায়বসি রাড৴-তা থেংলিবা ফকলাং ঘড়ী অহুদগী খঙবা ভমখি। ঐহাক ভাইহাক্তুংদি ওনিংবনা ফর ফর হাইখি। মখোয়গী বেড্ অহুদা ওশিনবতারে হায়হুনা ঐনা পেলা-পেলা কৌখি। এটেনডেন্টনা পেলা পুরকই। হক্সামপাল মচুওই করিওই তৌবা থরা ঐগী য়ান্নুংদগী খোক্লকখি। নিরমলানা ঈশিং পীহুনা চীন-খা শেংনা ভেংথোক্লে। মানা অমুক ভুমবা হায়রকই। ঐনা মরক খভুনা সিষ্টর ঐদি করিস্থ চাবস্থ নত্তে অহুগা ওরিসিবু করিগীম্মো হংলুই। সিষ্টর নিরমলানা, করিস্থ তৌরোই ভসাইগী Anaethesia অহুননি হায়রকই। ওথোকখিবহু য়াম্না ফরবনি দেবীজি। মখোল অহুনা মুংশিরিবা। ঐখোয়গী লমদদি "তাম্নাগী" খোজেলনি হায়গনি।



## ঙশুবা পন্দুপ

নিরমলানা তুমখৌ হায়রবদস্থ ঐদি মিং উইশিন্নু হায়বা স্থকয়া য়ান্ত্রে। নোং ঙানবা অহুমক ঙাইরে। ইয়ুম লৈবাক্তদি মতম অহু য়াহৌঙনবী চেক্লানা অহানবা পুংকম তাক্লক্লবা মতমনি।

অনাবশিংগী নাক-য়েত্তগী লাকপা নাহেখোন, লোক খুবগী মখোল, অয়ো চৈনা ফংলবা ময়ামশিংহুগী মীকপ-মীয়াউ ময়াম অহুনা নাকোং শিংজানা য়ৈবগুম খোক্লম্মী। তানা-তানা মখোয়গী কাহুদা খেংলিবা লাইশিং অহ য়েংলগা কনা উইন্দনা ইখুং থাঙ্গক্তুনা জুয় তৌক্লরি। যায়বা মতমগী মরূপতি "ঈশ্বরনি"। "ঈশ্বর" মত্তনা কনাস্থ লৈক্তে। মঙোন্দা অফবা অমদি ফত্তবা পুম্নমক ইন্থোকচবা হায়বসি জিব অপুম্বগী হৌনশানি।

য়াউণ্ড চংলিবা চৌকিদারগী সোয়ো-সোয়ো চিংবা খোংউপ মখোলদা ঐহাক অমুক্তা হেন্না মুংবাংবা পোক্লম্মী। সিষ্টরদা ঐনা খুং খত্তুনা ইনাক্তা লাক্লবা কৌরে অহুগা চৌকিদারগী খোংউপ মখোলহুন্না ঐখোন্দা নোইজ পে'স্লুসন অমা থোকহল্লে হায়না পাউদমখি। সিষ্টর নিরমলানা নোক্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈখি। কয়মদি তৌগনি, পোষ্ট ওপরেটিভ য়াড অহু জেনেরেল য়াডনি। ওপরেসন তৌবা লোইরবা মুপা নত্রগা মুপী খুদিংমক মকম অহুদা ঙাইহাক ঙাইহাক্তি পনবা তাবখি। মমা-মপাদা মচানা, মচীন-মনাও খংনবগী পাউ তম্বগুম ঐনা সিষ্টর নিরমলাদা অমুকস্থ এটেন্ডেন্ট মুপী য়াখিবী অহুগী বা হায়ক্লরি। সিষ্টর য়েংঙোই ভু— (খুদোনবী খিন্নুনা) আদগী এটেন্ডেন্ট অসিনা ঐঙোন্দা য়েংলগা পংনোক্তা মোকই। অহুগা য়াস্থ য়াম্না কন্না ঙাংই। অনাবা ঐঙোন্দবু খোং-নৌনা লোয়নবীদে অসি-নচিংবা কয়া হায়ক্লরি।

কনানস্থ নোক্লিংলোই। অঙাংদ অঙাংমকম্থ নত্রবা ঐনা, ওপ-রেসন চংবদা শেংখিবা খোংগ্রাউ অঙৌবহুগা, জেলদা লৈবা কাদোক-শিংনা লিংকদবা ফুরিং অঙৌবা ভুংদা কিসি কিবী অহুগা। হৌজিক্তা ইমাংদা খোকখিবা খোঁদোক্পুম মমি-শামি উরক্লি।

মুংশিরবস্থ মুংশিত্রবস্থ কনা লৈত্রবা তাঙ্গাহুদদি এটেন্দেন্ট য়াখিবীহুদা ঐনা বাথরুম চংগে হায়না ইঙ্গীৎ তৌরুরি। ঙমলোইদবগী মওং মান্দুনা অশংবা মচুগী কা মরী হাইবা স্ক্রীন্হ থাংজিল্লকখি। এনামেল-না শাবা পেলা অমস্থ মহাক্না ঐঙোন্দা পীশিল্লকখি। য়াওনব-ফাওবা ঙমজত্রবী ঐনা মপাল খিত্তং থোক্লবা হোৎনবদা শাম্ ফাবগুম খোকখে। কুইমনখ্রুনা এটেন্দেন্টনা স্ক্রীন্হ হাইদোক্লুনা খজিক্তং য়েংলকই। উরমাল্লে, ঐগী থবক অহুদা মাস্থ মপুক্লিং খিংজিল্লকই। মহী-মনায় থকপা রাৎপনরা করিননো খঙদে করিমতা থোক্লক্রে। য়াম্না রানা হোৎনহুনা অমুক হিপথরে।

অয়ুকী পুং ৭-৩০ মুক তারমলগনি ভিজিটর লাক্লবগী মখোল তারক্লে। সিষ্টর নিরমলা মাগী ডিউটি লোইরহুনা ময়ুমদা চৎখে। অতোপ্পা সিষ্টর অমনা অমুক শিলহৌরে। অকোনবগীসিস্থ মী ফত্তবদি মান্দে, ফীভমদি ঐঙোন্দগী অহলনি। নম্'কি ফমস্থ মহাক্না ময়ামদগী সেনিয়ার-মোস্ট ওইনা ভৌই। মানা হায়রুবদগী মখোয়গী কাকা চংলকই। নথম্ভা লাকপ্রা ইন্দিরাখোয়দি ?

— ইথন্তনি মখোয় লাক্লে, চাক-ঈশিং হোৎনহৌরি।

— অস্থক থেংনা লাক্লিবদি করিগীনো হায়হুনা ঐনা শাউনিংহুনা কপঙাং ঙাংই।

— কপকম্থ: রাগনি ঐদি ঙসাইনা লাক্লবনি মখোয়না চংবা য়াদে হায়হুনা অসিরাইদা লৈরুবনি। মায়-মীত্তুম ভাখোক্লসি

হায়হুনা মাগী কুরিংখাউদগী রুমাল লৌখোক্লকই। ঊশিংদা রুমালহ্ ভংখায় অমা লুপলগা ঐগী মিত্তা পোপ-পোপ কুবা হৌরকই। য়েং-থংবা কুরিংখাউদা অমুক হুমলগা চেনা য়োম্বা ময়োম মচা অমগা অমুক পুখোক্লকই টুথ-পেস্ট কা ব্রশ-কনি। কম্বা ঙমদবনিনা হিপনা হিপনা মহাক্না অমুমক হোংনবিরে। অসিগুম্বা ইশাগী থবক্তা মীনা তৌবীবসি খোয়দৌ তাবা রাংলি। পামব্রবসু হেনফদবা তাঙ্গা ওইবনা অমদি মানা পুরকপা শঙ্গোমহৃদংগা থকপা য়াম্বা হায়হুনা চীন-খা শেংদোকপনি। শঙ্গোম থকপসু মংহৌদে, ভিজিটিং হৱার লোইরে হায়হুনা অমুক চংহনখ্রে।

মক্কম অহুদা হোসপিটালগী মীশিংগা ঐগতা ঙায়হৌরে। ঙাই-হাক লৈরগা নর্সনা ঐঙোন্দা গ্লুকোজ চামচ অম-অনীদং হাপলগা শঙ্গোম থকউ হায়হুনা পীরকখি। কংলবা চীনবান অমদি ইন্দ্রি অসি খজিক্তং চোংহনগে হায়হুনা ঐনা লৌরগা থক্কে তৌই। খুংনা গিলাস পায়বদা খুং থক-থক ঝিকই। ওম্বোক্লা থীনা শোম্বখ্রে ঐ শঙ্গোম গিলাস অমফাউবা লোইনা থকপা ঙমদ্রে।

চারিমখৈ হাউনবী, থক্লিমখৈ য়াজবী চীনশিনা করিমতা চানিং-থক্লিংদবা মতমদসু মরাকই। ঐহাক তুমিন্ন উতুপ তাবগুম "মথংদা করি অমুক লাক্কদগে হায়না মতম তাঙ্গা ঙাইহুনা লৈরে।" খোক্লবা অমা লাকসু মহ ঐখোয় চপ চানা মাইয়োক্লগনি : হায়বসিনা ঐগী রাখলগী মমিদা লৈখ্রে। .... .... থংনবা মিংকুপ্তুমক্তদা ড': রহমন মাগী টিম পুহুনা চংলকই, হায়রকই করম তৌরিবগে? ঐনা গুড্ মোরনীং ডাক্তর হায়রগা মাগী রাহংগী পাউখুম ওইনা খুমখি — "মক্কম অসিদা নুম লৈয়বদি ঐহাক ইমপ্রুভ তৌগদবা মান্ত্রে ডাক্তর। অখর বান্, টু পুমমক বন্দ ওইরে। য়ারগদি স্পেসিয়েল রার্ড অমত্তং থিবীয়ু। ডাক্তরনা খুমকই — সিট লৈতহুনা তৌরিবনিনে। মখোয়দি কদায় কদায়দা চংনখ্রে?

ঐনা— মখোয় লাক্লখিবি অহুমু ভিজিটিং অবার হোয়ের হায়দুনা অমুক চংখে। ভাক্তরনা অহুদি মখোয় সিনেমা য়েংলমক্লগবি হায়না ঐঙোন্দা লকুনরমলগা চংখে। মিঃ ১৫ য়োম লৈবগা ঐথু স্ট্রেচর দা হাপত্তুনা এটেন্ডেন্ট অমনা অবাং পাংনা ইন্দুনা পুখিরে। মরক অমা লাক্লগা লৈবা স্পেসিয়েল বার্ড অহুদা পুগদৌরিবনি। লিফ্‌ট তা ভাইহাক লৈক্রগা ফার্ষ্ট ফ্লোর য়ৌরে। ক্রমদি হায়গীহু নত্রে ক্রম নম্বর ৯ মীগী ওইখে। হন্দকীসিনা ক্রম নম্বর ১১ নি। বেড্‌ অনী লৈবা কানি। উপ্রাংনা শিংল-শিংলহুনা স্ট্রেচর-দগী ফমুং অহুদা য়াম্লা রানা কুমথহুনা হিপথবমক্তদা কিরন-না ইনেম্মা ঐ লাক্লে, অসোমদা ভসাইদগী থিরুরিবনি হায়হুনা ইনাক্তা চংশিল্লকই। সিষ্টর জয়ন্তীস্থু চংলক্লমলগা দেবীজি হায়না কৌরমলগা মথৌ চিনবনরা কম্লিনো অহুমক থোকখে।

কয়াদা কনখ্রবা মখোয়গী হোসপিটালগী নিয়মনো। ডিসিপ্লিন্‌ অমগী মখাদা থবক পুম্বা চংথনবা হায়বসিনা হোসপিটাল অসিগী তোপ তোপ্পা গুণনি।

হৌজিক্কী মতমগী হৌনবী শাক্তংনি— থবক তৌবদা "শক-মায়" য়েংবা। সহর খুদিং, মফম খুদিং চপ মান্নবা মমলদা পোং য়োনবা অমত্তুং লৈবা। ফিজেং-চাকচা য়েংহুনা মীবু বাখান তৌবা। হৌবীনি ভাইবং মীওইপোক্কী।

ঐখোয়গা অহানবা ক্রম-মেট ওইরিবা অহন্দু লরায়মী মাল্লি। Manglore দগীনি হায়। মাগী মুপীদি য়াম্লা নহানি। কুচুদি মুই, অহবু য়াম্লা মুংশি। মঙোন্দা মুপী ওইবীগী গুণ পুল্লমক্লা লৈজেংই। রায়ী শানবদা মমৌ ফংলেস্থু হায়। মপুরোইবগী Brain tutmour কক্লবগী হায়বদি ওপরেসন তৌবগী মুমিত্তি লেপত্রি।

কাহুমরুদা ওপরেসন লোইবদা ডায়রিবা খৃষ্টান মিশনারী সিষ্টর অমম্ভ পুশিল্লকবা এঙ্গেজ তৌনবগী মওংনি। কিরনগা ঐগা লৈরিভৈদা সেনিয়র সিষ্টর (নর্স) অমা চংলক্কনা ঐখোয়বু কনানা লৈহল্লিবনো জেনেরেল ৱার্ড-তা চংলু, অতোপ্পা রুম অমদা চত্তনা লৈরুনবা হোংনৌ-নচিংবা রা জাং-জাং হায়রুবা লাকচ-থিবগুম কিহল্লম্মী। কিরম্না য়াম্না হৈ-শিংবগা লোয়ননা সিষ্টর অহূগী রা পুম্নমক থবং-থবং কক্কুনা মায়রোং য়ারম্মী। ঐস্ম শাউহনা অমস্তুং কীভম অহুদা অতোপ্পা রুম থিবা চংপা ঙমলোইদবনা সিষ্টরদা অস্তুমবা খুমখি ঐখোয়স্ম ডাঃ রত্নমনগী এডভান্স মতুংইন্না রুম অসিদা লাকপনি। নখোয়না তানবা য়ারোই। হান্না চায়নৌ হায়বহনি, সিষ্টর আনোক হাপ্পীহগা ঐখোয়গা থরা চিন্দা পাউদানখে।

# ৭শুবা পন্দুপ

মহুগী ফলনা, ঐঙোন্দগী হেক থংথরকপদা Manglore গী, ( দিদি হায়না হেক্তা কৌরগে ) – দিদিদা খরা শোকলে, হায়বদি দিদিহোয়গী রুম হোংবা তারে। Hanumanthngar গী দাদাগা ( ঐগী ওপরেসন মমাংগী রুম-মেট-কা ) দিদিখোয়গা কা পুনখে।

ঙহাকতংদি ইচানিপা কিরনগা ঐগতা ঙাইবনা কা অহু পুমচিক চিকই। ওপরেসন লোইরগা য়াম্না হাইগল্লি হায়নবহু অসি ওইর-মাল্লে ঐ পোথাফম ইখঙ খঙদে। ঐনা অচিকপহু থুগাইহুনা কিরন-দা হায়খিরম্মী— ইবুংঙো, নখোয়বু ঙরাংদগী শেংলিবা ফি অসিদংদি হোংদোক্লবা পুরকপা য়াক্রব্রা ?

— পুরক্কনি ইন্দিরানা, কাকাগা মাগা লাক্লগনি, ঐনা খিত্তং হাম্না লাকপনি। নম্বর রান তৌনিংবগী ইরাং অমা ইশাদা ফাউরকই এটেন্দেন্ট কৌনি হায়বা কাউবা কাউই মান্সু ঐস্সু। করমদি তৌনি— "ঈরোইবা হৈতবা মীনা ইকা অমা যাওবা লামই" হায়নৈ। ঐহাকস্সু কিরন-দা লামহুনা কোল্লে ; ইবুংঙো বাথরুম চংগে য়াম্না রানা লেপখংলে, খংলকই খোঙ অমদি থাংনি হায়বা খঙদ্রে ঐ খংপ্রেক খংই। নোংমা ইম্ফালদা লৈরিবৈঙদা— মফমসিদা লাকদবা থা অমরোমগী মমাংদা ঐগী মঙদা ঐহাক পেরেলাইশিস তৌহুনা খোঙ অনিমক চংপা য়াখিদে। ঐনা মঙদা হৌনা কপ্লদা ইচানুপীনা তারক্লুনা ইশা নোমহুনা ঐবু হৌ-দোক্লমই। করি মঙনো তৌরিবসিদি হায়রগা কৃষ্ণ শোন্দুনা অমুক তুমথজখি। মঙদা উখিবা ফিভম অহুমক তাইবংহুদা থোক্লুরে। ঐনা কপ্লহুনা কিরন-দা—ইবুংঙো ঐ অমুক হম্না হিংলরোই। ঐ লোইরেদনা হায়হুনা কোনশিল্লম্মী ! হৈ-শিংলবা কিরন-না ঐবু থেমজিল্লম্মী।

হায়হৈদবা রানি, ফননবনি তৌরিবসি ইনেম্মা ; য়াম্নবু থুনা কল্লি হায়রিবনিনে ঐদি, হায়হুনা ঐবু শমহুনা টোইলেট-তা পুশিল্লে।

মানা পায়রবদি ইথন্তু exist তৌবা ঙমত্রে, অৱাংবা কুমুদ অঙ্গুদা ফম্বোই, লেপ্লোই করিনো ওম্বোকপা মতৌ হায়বহুনি। পোকপদগী তৌজরক্কি, পনবহুম হঙ্গোইজৈ। খঙহৌদনা, ঙমদ-ঙমদ ঐনা হায়-দোকখি—"ইমাগী ইবুংঙো, নমানি হায়না খল্লুকো।" কিরন-না—ইমাইপেম্মা ইমাবু করি তৌই হায়বগে! নারবদি অসিঙাক্তনি করিস্তু ঈকায়নিংঙাই লৈতে হায়রগা খোংগ্রাউ মগী কিশিনবীরে। মঙোন্দা ঙাহুদা ফমুং তান্না লাক্লে। ফমুংদা হেক কাখৎপগা ইন্দিরাগা মাগী কাকাগা থুংলরে।

কিরন-না থোকখিবা থৌদোক পূম্বা লীহুনা তাহল্লে। ইন্দিরানা ফনেক অমদি ফি পুরক্তুনা ঐবু তপনা-তপনা হোংদোকপিরে। অমুক্তস্তু মম্বর রানগী ইথিল অমা ফাউরকই। খুদক্তা কিরন-না মখোয়না পুরকপা হাওফিহু পায়রহুনা মখুৎ অনীমক তিংথোক্তুনা স্ক্রীন শাহুনা লেপলে। ইন্দিরানা ঐবু শেন্নরি। পেল্লাদদি তাদহুনা বেড কোভরদা bit অমা ইশা খঙহৌদনা য়াউথোকখে। ঐহাক য়াম্না ঈকায়রে। ঐনা ঈকায়বগী মতৌহুদা, ইচানুপীনা করিগী ইকায়ক্লনি, ঐ লৈরি-সিদি হায়হুনা পাম্বোম তিংলকপা, ঐগী পুক্সিনা লৈরিমখৈদি কাউরগে হায়বা য়াররোই।

ঐহাক ইন্দোইমগী শেবা তৌবা লাক্লিবনি হায়হুনা ঐবু নুংঙাইনবা হোংনজৈ। কিরন-না এটেন্দেন্ট অমদা বেড-কোভর অমগা ব্লাংকেট অমগা পুরক্লবা হায়ক্লরে। খুদক্তা পুরক্তুনা ফি শিন্দোক্লে অহুগা হান্নগী অমোংপা তৈবহুনা শুনমবা পুহুনা চৎখে। মুমিৎ অহুস্তু ঐহাক ইন্দিরানা পুরকপা চাক অহু ইচা চাদ্রে। হিপনা-হিপনা চাক চাবা হায়বসি নুংঙাইবা থবক নত্তে। চাকস্তু ইন্দিরানা ইল্লিবনি, ঙাস্তু য়াওরিবনি অহুবু য়াতোনতমক তংলগা ঈশিং খরা থকচিল্লগা তোক্লে। ঙাইহাক লৈমিন্নরবা মতুংদা কিরনগা ইন্দিরাগা হোটেলদা চৎখে। মুমিৎ অহুগী লেকপগী পালিদি মাগী কাকাদা শিন্নরমলে।

মথাথংবা নাকয়া ঐগী ফমুংনি। অদ্গা ইনক নক্লা extra bed অমা লৈ। মদ্দা শেৰারিশিং হিপকদবনি। অৱাংথংবা নাকন্দুনা ঙসাইগী খৃষ্টানগী সিষ্টর অদ্গী ফমুংনি। মহাকস্থ অনীরকগুবা ওইনা ব্রেন্ tumour ককলিবনি। মখোয়গী extra বেড্ অমা পী। অহানবা উবদদি মখোয়সি রুম-মেট ওইবদা য়ায়া মুংঙাইরোইদবগুম খল্লুই অহুবু মখোয়নহুম হেন্না ফরমলে। মখোয়দা সোসিয়েল মাইন্দেদ্ ওইবগী মগুণ য়ায়া চেল্লি। ভশেংনমক মখোয়সি কলচরদ পীপল-নি। সিষ্টর নারিবীহুগী সেবাগীনি হায়হুনা ৱাং-চাউবী মুপী অমা চংলকই। ঙাইহাক লৈরগা ৱাং-চাউরবা মুপা অমগা অমুক চংলক্লে। ঙাইহাক্তং অরী অনৌ শিন্নবগী মতাং অহুদা রুম অহু য়ায়া রুস্ ওইবগুম্বা অমা থোক্লে।

মখোয়গী কাংবুনা ঐখোয়দা ওনশিন্দুনা তাক্লকই - চংলকইবসি ঐখোয়গী "ফাদর" নি। মহু তাবদা ঐনা ইখঙ খঙহৌদনা চৈনাখোল খাংবদা ৱারবনা খরা ফগত্রা হায়হুনা ইশাগী ওইজবা থিরহুনা হায়রুরি মতৎ–মতৎ ওইবা ৱাহৈনা— ফাদর। ঐগীদমক্তা ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌবীয়ু।

Father না য়ায়া লেন্না নোক্লহুনা Yes, yes I will pray for you হায়রগা ঐগী কোক্তা মখুং থমলদ্না ঈশ্বরদা থৌনিবীরকই। ৱাখলনরা কয়িনবো খঙদে অনাবগী মৈচাক পুবদা খিজিক্তংদি য়াং-বগুম তৌই। Extra bed অদ্দা মরূ কোকপা মুপা অমস্থ কুন্দুনা মপুক নমদ্না লৈরম্মী। সেকেণ্ড খুদিংগীস্থ থগোকই, মাস্থ ফাদর-দা মাগীদমক প্রেয়ার তৌবীয়ু হায়জরকই। ফাদর-না ঐঙোন্দা তৌবগুম মুপাদ্গী মকোক্তা মখুং থমলগা ঈশ্বরদা হায়জরকই। অঙকপনি 'থাজবা' হায়বসিস্থ। থাজবনা লাইয়ে হায়নরিবনি। থাজববু লৈরমত্রবদি ঐনা ঙসি মফম অসিদা লাক্লিবা অসিস্থ লাক্লমলোই। হে থাজবা! নং অসিবু 'আশাগী' অতোপ্পা মমিং অমররনে ?

মহ্ লোইরগা ফাদর-না য়াম্না চন্না হায়না খঙনখ্রবগুম চীং লেম্না ঐঙোদ্দা ওনশিন্দুনা— I will come again tomorrow m. rning and will pray for you হায়রকই। ঐনস্থ য়েস্ ফাদর থেঙ্ক-ইউ হায়রগা তুমিন্না লৈহৌরে। ফাদর-না নারিবী অদুবু মাগা হেক পোকমিন্নবা মচনন্থপীনি হায়দুনা তাকলকই। মখোয় U. P. দগী লাকপনি। অস্থুম্না অরাৎ-অপা অমদি মুংঙাইনবা ঙাইহাক য়েংশিল্লমলগা ফাদরনু মখোয়গী লৈফমদা চৎথে। কা অদুদা লৈরম্বা মরূকোকপা মুপা অদুস্থ কদোমদা চৎখ্রবনো খঙ- হৌদ্রে লৈরমদ্রে।

হৌজিক্তি কা অদুদা অনাবা ঐখোয় অনীগা শেবা অনীগতমক লৈহৌরে। ময়ামদি নারিবী অদুবু সিষ্টর হায়না কৌনৈ অদুবু ঐদি ইমাগুম্বীনি খল্লুদুনা মাদর, মাদর হায়না লোয়নৈ। ঐনা চহী হংবদস্থ হুমকু শুরে হায়না খুমলকই। অহানবা হেক খঙনবদা মী অমগা মী অমগসি মিংনা হাম্না হংবা হায়বসি ময়েক্কা তারবনি। অদুদগী লৈফম, ইমুং-মন্নুং মথং-মথং। মাদর-দস্থ ঐনা অদোমগী মিং খঙজবা য়ারোইদ্রা— অশিনচিংবা হংল্লরি।

মানা— করিগী য়াদনি, ঐগী মিং সিষ্টর St. Amelia কৌই খুমলকই। মহাক নোয়-পেল্লি, মবুংদোনা য়াম্না চীং-লেম্বী। য়াম্নস্থ সোসিয়েল ওই। মুমিৎচুপ্পা নোকমি-নোকমি তৌহৃনতা লৈ। তিন্নবা মুংঙাইগদবা মাল্লি। মীতাস্থ য়াম্না লুবীনি। শেবা তৌরিবী অদুদা অমুক ওনশিন্দুনা সোমগি মিংনা করি? তেম্না পাউখুম পীরকই St. Meryy! মহাক্কী বঙ্গলোর ষ্টেট-তগী অদুম ওইরমাল্লে। হেক পোকমিন্নবা মচেগুম মহাক্না সিষ্টর Amelia গী শেবা তৌরি। করাদা কনখ্রবা খৃষ্ট্যান-নিতিঙো। উনা পুংবা উপালদা মায়কৈ করামরুমদগী পাইরকপা উচেকশিংনা অহীং য়ায়েকমিন্নবগুম খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম বলম্বীশিংহূনা

অচৌবা Cathedral অমদা য়ায়েককম শেমদ্না মপুগী মিংথৈ শোরজরি। মখোয়গী অৱাবদা অমনা অমগী তেংবাংবদ্না ডিসিপ্লিন অমগী মখাদা হিংমিন্নরি।

ঐঙোন্দা অমুক ওনশিন্দুনা মখোয়না ৱাহং মথং-মথং হংলকই। হন্দক্তী ঐনা পাউথুম পীদ্রে। ৱায়দ্না তুমিন্না পোথারে। পুন্নমক ঐগী 'শেবাদা' শিন্নখে্। থোইদোক্লা মণিপুরি মিংশিং হায়বদি চাউবা. তোম্বা, হোংবা, হোংবী হায়বসি অতোপ্পা লমগী মীনা হায়বদা কন্না খুংলোইদে, অদ্গা পকস্ন পকচদে। অদ্বু মণিপুরিশিংনদি অতোপ্পা লমগী মিং নত্রগা লোন লি হায়বদা ময়েক য়াম্ন' শেংই। মসি মণিপুরিশিংগী অচম্বা ৱাথল, অচম্বা থম্মোয় অমদি ইচম চম্বা পুন্সি অসিননি। মণিপুরিশিং অসি ফি অঙৌবা মচুগুম্বনি। য়েংবীয়ু, অঙৌবা মচুগী ফিদ শংনিংবা মচুনা শংবীয়ু হেক্তমক চুশিন্নগনি। অদুগা হান্নবা মচু শংহনা লৈরবা ফি অমদা মচু অমমুক শংবা তারবদি ককহনবগী মহৌত্তা হেন্নহুম থী জিল্লকুনা মথোং হক্কবা মচু অমা ওনখিগনি। অসিগুম্বা মণিপুরিশিংগী তোপ-তোপ্পা গুণ অমস্ন মরৈজবনি। অসি খন্ন-খন্না ঙাইহাক ৱারী-ৱাতায় শানহনা দিন লেন্নকুরগা মহৈ-মহৈ পোথাননে।

হোসপিটাল-না কাংখল সপ্তাই তৌদবনা অহীং অহ কাঙ চৌকুনা ঐ:থায় মহৈ-মহৈ মিকপ অমদগী হেন্না তুহদ্রে। ঐনা মখোয়গী কাকাদা মহী অমত্তং শেম্বীরকউ হায়জখি। ঙসাই মুংখিল মহাক্লা লৈরকপা হোরলিক্ল অহুদা গ্ন্কোজ খিত্তং হাপচিল্লগা শেমলকই। হায়রকই নং পায়রগা থকপা ঙমগদ্রা? ঐনা কন্না হোংনজে অহুনু উপাই লৈতে, চামচ পায়হনা খর-খরা ইনবীরকই। বিস্কুইট লুপসিরা— অমুক হংলকই। ঐনা মহাক্লা পামলিবহমক তৌহল্লে। ঐহাক খিত্তংদি চকম লৈরে। হকচাংসি পায়হনা ঐগী মুংঙাইনবা.

হোৎজবীদ্রি। খোঙ ইংলে হায়দনা ক্ষি অমোনবা মচা অমনা ওম-শিনবী। ঐনা খোঙফাউবদি পাম্নহল্লোইদবগী হোংনৈ।

কংলবা পাম্বোমগী যন্ত্র লেংলিবা অমুবা লংঙংবু অমুকঅমুক শিং-কংপিরি। কোমথরক্লবা লংঙংনা লক্লবগুম হন্না হন্না তারক্লবদা য়ায়রোই খন্দুনা পুমলৌ লৌথোক্লে। খুঙ্গেংদগী মপোপ চাউরবা খুজি অসিবুস্থ লৌথোক্লবদি খন্না য়াংগদবনি হায়না শোম্থাংননা শোল্লকই। ঐনা খুজি য়াউদবা তৌহৈদে হায়বদগী ফরে, ফরে অহৃদি হায়রগা অহৃমক তোকলে।

ভাইহাক লৈরগদি কোরৌগী মশেক্লা হোসপিটালগী রেল্লীং-দা রৈবা হোরক্রে। ফনা ফজরবা মফম ওইহ্নুনস্থ লমগী চেক্লাশিংনা খোংলকপা মক্লওইনা ময়াংকাক, য়াঙ্গংলবা তাউবশিং— নাপ্পদা হাপ্পা থমখিশি: মশক ফ.উবা য়েংনিংদে। ইরমদলগী কাকখোংগা ময়াং-কাক্কী মখোংগা ওন্থোক্লস্থ খেন্নেদা। চীংলেম্না ফজরবী মণিপুর ইমাগী তম্পাক্তা চাউজবা জিব অপুম্বগী খোন্থোকস্থ চীং-লেম্না তানিংবা মপোকই। ঈরৈপাক্কী কালেন কাকখোংদা মুংশিবা মহাকপু লাক্লমগত্রা চেন্থোকপা; কৈখা লেকপা তাউবনা নোংভাল্লমদাই য়ুথক'মা ব্লাংলিভৈদা খোংলকপা মশাবী লাকপোই নিংহুনা মশানৌ ওইবীশিংহুনা মনা থাঙ্গৎ তাজবা ময়েকশেংনা উরক্লি।

পামজবা মহাকপু মুংশিক্লবা কয়াদা, খৌরাংবা অমদি চিংনবনা থল্লবা অব্লাবা কয়া পীবীরিবা! অহুগা পাম্মু' মাবু কায়নগদবা উরগনা অকীবা অমদি মীনম্বগী হেন্না থাংঙমত্রবা অব্লাবনা কুপশিল্লিবা। হে মুংশিবা! নংনিকো পুম্নমকসে— শাবী-শানৌশিংবু ব্লাহল্লিবা, লাংতক্লহল্লিবা, কিহল্লিবা। তৌইগুম্বস্থং ঐনা নংবুদি কিহুনা হনবদি তৌখিত্রি।

- মুংশিববু তশেংবা শুগাইনা তাকপা তাৱবদি Sir Phaedrus না হাৱরম্বা – "মুংশিবা হায়বসি খাইদগী অহানবা ঈশ্বরনি অহুগা খাইদগীস্থ হেন্না শক্তি লৈবনি" হায়বসি ঐখোয়না য়াকম খোকপনি। মতাং মতাংদা হকলম্বা মুংনাইত্রবা খোঁদোক্কী ময়েকশিং মখল-মখা য়ামখ্রবনি। অহুবু তত্তনা কাউওমত্রবা! মতমনা কুইখ্রবস্থ নোংহৌনবা তশেংলিবা ইনখংলকপা মতমগী মুংশি কাইন খুদোলদি মনিনা অমম্বদা ওানবগুম মতমনা কুইর কুইরগা ময়েক লাবা হেন্নক্লি। খল্লয়োই ওমদবনা মুংখ্রা য়াদবনা মিংকুপতুগী মপুংদা পুন্সি অমা হৌখিবা কয়াদা ওকখ্রবা।

হৌখিবা পুন্সিগা লাকদবা শরুকা চাংদমনবা তারবদি হৌখিবনা স্বর্গদনি, লৈহৌবনা নরক্তা। চংখিবনা বসন্তগী লৈকোলদনি ; খুংলবনা ওলাংথাগী লৈকংলাদা। শান্নমিন্নরম্বনা শরংকি থাবল্লক্তনি ; তরক-হৌবনা শুক্ল-মম্‌ল ক্ষোক্কুদনি।

## ৮শুবা পন্দুপ

নীনীশুবা নুমিৎকি অয়ুক অশুনবনি। অয়ুকী চৌন-য়া শেংবা হেক লোইরগা মহী অমা অমুক শেন্নীরে অহংগা হায়রকই—ঐহাক অমুক চৎলুখিগে। করি চানিংহৈ? চানিংবা অমত্তংদি হায়রুদনা। ঙা থোংশুৗ, য়েরুম ওইনা তৌসিরা?

ঐনা— ঐহাক করিস্তু চানিংদ্রি, হয়েং ঐনা চানিংলকান্দা হায়রক্তে। ইচম চম্না আলু অমা থায়জিল্লগা হরাইথরাক থরগা কাংশোই ওইনা তৌ হায়রীয়ু— হোয় করে হায়রগা সিষ্টর মেরী-দা ঐবু শিন্নরমলগা মহাক চৎখ্রে।

সিষ্টর-খোয়গীদি মরমদম ওইবনা অনাবগী শেবাগীদমক মী স্থংরাৎ রাক্তে। ঐগীতনি কুইনা-কুইনা কান্নরিবা। অদুবু মখোয়না ঐবু য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা য়েংশিনবী - দেবীজি মংনা দরকার ওই-রক্লগা হেক্তা হায়রকউ হঙ্গোইগনু হায়রুনা সিষ্টর মেরী-মা ঐঙোন্দা ইতংতত্তনা হায়। ঐবু মখোয়না ইমিং পন্দুনা অমুক্তা কৌদে। ঐস্তু য়েস. সিষ্টর হায়রুবা খুম্মী। পুং তাশিল্লকুনা সুইপ্পর অনী চংলক্লে। অমনা বাথরুম শেংই অমনা কাংখ-লুখা শিংপনে তৈবনে পুং ৭, ৮ দদি মখোয়গী য়াম্না তিনজবা মতম হায়বদু থোকই। সুইপ্পর মথৌ লোইরদুনা থোকখ্রে অদুগা নর্স অনীথক চংলক্লুনা সিষ্টর Amelia অমদি ঐহাকী B P. check তৌরে। পুংজা খুদিংগী চোক্ তৌবা লেপ্তে। মচীনস্তু য়াওনা— দেবীজি Good morning. How are you? ঐনা Good morning sister, well হায়রুনা খুম্মী। মখোয়না অমুকস্তু হিন্দি আতা হৈ হায়রকই। হাঁ হাঁ আতী হুঁ হায়দুনা ঙক নোমলে। মখা তারকই করি লমদগীনো?

—মণিপুরদগীনি. "পীকচরবস্তু মণিপুর মমিং লৈরবা লৈবাক্নি।" মখোয়না ঐনা হায়রিবদু অমুক হম্না হায়রুনা মণিপুরদগীনি হায়বা। করে, মণিপুরদদি হোসপিটাল লৈত্রা?

— কয়িগী লৈতনি !

— অদুদি কয়িগী শেল অম্বুক চংনা মকম অসি তান্না লাক্লিবনো ?

মখোয়দা করি হায়না পাউখুম পীরগা পেনগনি হায়বা খঙল-বদসু ঐনা পুক্নিগী অসিগুম্বা মথেল অসিবু নাক্নোকহন্দনা মহাকপু তংবা লাক্লিবনি হায়না খুমখি। Very good হায়রগা নঙন্দা পোঁপ-পোপ ফুমুমলগা থোকখে।

ডাক্তর ব্রাউন্ড লাক্লে, সিষ্টর Amelia গী ডাক্তরনা অমনি, ঐগীনি লাক্লিবসিনা। ডাঃ রহমন-না মাং থারহনা মখোয়গী টিম-হু চংলকই। করম তৌই ঙসিদি, খরা মুংঙাইরব্রা ? ঐনা খুম্না বংদনা অমুকসু — মুংঙাইরমলগন্নিদা, ইরুজবদি ঙমগ্রিব্রা ? লুনিংলবদি লুবা য়ারনি। ডাঃ না খোঙ থাঙ্গৎলু হায়হনা হিপনা হিপনা কযাম রাংনা থাক্লৎপা ঙমলবগে হায়হুনা যেংলম্মী। খোঙবী নোমহুনা শান্নংল্লি। মমৈথংদা ঐনা— ডাঃ ঐগী ওইথংবা খোঙ অসিদি য়ামনা পংখে মসিবু ফরকখিব্রা ? ফম্বসু ঙম্দ্রেনে। ডাঃ-না ফম্বা য়াখিরোই, বুইনা ফম্বীগনু অহুগা ইপং পংই হায়হনা সুমক লৈরবদি হেন্ন-হেন্নহুম পং-শিন্নক্লগ্নি। অহুগী শরুক রাকিং খরা চত্তুনা প্রাক্তিস তৌ। অসুম্না প্যাউত্রাক পীরমলগা মখোয় মশেল মরোল লোন্ন-লোন্নহুনা থোকখে। পুং ১০ তাব্রগী অহুদদি মচীন-মখা য়াংখবা ইচানুপা অহনা মখুত্তা টিফিন-কেরিয়র অমদি ট্রিলগী ঈশিং য়াপ্লা কেরিয়র হনে পায়রগা চংলকই। হেক চংলকপগা সিষ্টর-খোয়দা হান্ননা খুরুমজরি হায়রম্মী। মখোয়নু তরাম-অত্রায়া খুরুমজরি হায়রগা ঐঙোন্নোমদা য়েংলকই।

ঐনা স্বর্গগী লাইরেম্বীনী কিজেং শেংলিবী St. Merry দ্রা ইচানুপামি হায়না তাকখি। St. Merry দু ঙাইহাক ঙকচান্নখি। থেংনাউগী বান্ন পায়হুনা য়াঙনবা হোৎনবদুদা বামনখিদনা শমলপ্লা হায়খিবনি। ফিরন-না ঐঙোন্দা অমুক, ইবেম্মা। ঐ লাক্লে ঐবা থোং-লক্লবনি কাংশোই চানিংই হায়বরু, হৌজিক চারগে হায়ব্রা ?, হংলক্লই।

মতম অহুমজি সিষ্টর অনীমক মোরনিং প্রেয়ার লোইখিবতা মঙাগ্নরি। মখোয়গীস্থ সিষ্টর Merry ডিউটি অম্মা লৈনা হায়হন্না অভোপপ্র সিষ্টর অম্মা লাকপা ঙাইহনা লৈরিবনি। ওয়াং মোরনিং-দা লাকপি হায়রম্বা ফাদর-হ মতম অহুম্বড়বা লাক্লে। ঐদি থাজবগা লোয়নন্না ফাদর লাকপা ঙাইরম্বনি। St. Merry দা ওনশিন্দুনা হন্লুই — সিষ্টর ঙরি ফাদর লাকনি হায়রগা লাক্লেনা। সিষ্টরনা খল্লহৌমক ঐনা হংলুবা ব্রাহংগী পাউখুম্ম পীন্নবা ওইনা থোকখ্রে। হায়-রকই, ফাদর ঙসায়ক্লাই লাক্লম্মী অহুদা স্থুইপর-না য়াম্না কন্না কা শেংহুন্না লৈবা উবদগী হনখ্রবনি। নুংথিল ওইনা লাকুগে হায়রম্মী। অরায়বা ইংলিস শিক্ষিহনা মখোয়না ঐখোয়গা তোরোৎ-খোদুাননবা হোৎনরি।

মখোয়গীস্থ চাকলেন মতম য়োকক্লে তাযাম্বি থোকখি। মচল শুবা চিঙাকি। মপ অমদি শোয়দনা ময়াইহের। চাক খল্লা, ইন্দলি খরা। লাপ্পা উবদদি ইদলিদু মণিপুরগী হামৈবোন ওইরমোই লিংলুরো।

সোমদনা কিরন-না ঐগী চাননবা শেম-শারে। টেবল অরাংথই থাংজিল্লক্লে। ঙাক্লো পীহনা ঐবু ফমইহল্লে, "থুং-গা" হাঁমদোকপিরে। ঐস্থু ঙসিদি ইখুৎনা চাজরগে হায়হনা চারে। পোথ-পোথ চাহনা চাক্কু ঙমশিল্লে। "চাক ওক্রবা ইনেম্মা" কিরন-না হংলকই।

— ওক্লেদা, চপ্ হেক চারে। হয়েংমথেস্থ সিগী চাংদা চাগেকো। ফমহুনা হিপতুনা লৈবনিনা তুমব ঙম্লোই।

— অচৌরা টিফিনস্থ নত্তবসিরো, হয়েংনা খরা হেনগৎলস।

— ইবুঙ্গোদি চারক্রা?

— ঙম চারক্লে, ইন্দিরাগা কাক্লাগদি হোরেন, মুংদ্যাং ওইন্না লাকনি। পোথাংলোয়রে। কয়িস্থ লৈত্রবী ময়মস্থ য়াউদ্রবী, ঐগীদমক মখোয়না য়াম্না কুন্না হোনুরবী। খল্লবদা হুরাউবা অমদি মুংঙাইবগী পীব্রাংনা য়িংলু ন্যাপোমন্দা ঈথৈরকুই।

J. N. Hospital ( Porompat ) ইস্কালদা লৈরিবৈদা ইচা-মুপানা ঐঙোন্দা লকুখি— "নিংথৌ ওইরেনে" নংদি। নিংথৌ কৌগে কৌবীয়ু, রাণী হায়গে হায়বীয়ু কৌনিংবভা কৌবীয়ু ঐদি ইয়া য়াজরে। ময়মদি কাষ্ট ক্লাস ইঞ্জিনিয়র অমনা ঐবু শেবা তৌবীরি। কিরন-না খঙনদবা মী লৈতে, মানা মুংশিদবা লৈতে, মাবু মুংশিদবমু লৈতে। কৌনকুবা খুদিংমক মমালৈবাকী মীগুম্না লোয়নজে। লাকপগী লেমনা মঙম মাংহন্দে। ঐবু ভাইহাক পোথানবা হায়রমলগা এপল্ লৈরুগে হায়হুনা থোকখে। কিরন-না থোকখিবগা সিষ্টর অমেলিয়া-গী শেবাগীদমক অতোপ্পা সিষ্টর অমা মখোয়গী অচোনবী uniform brown মচুমু শেৎলহুনা থোংলোমদগী চংলকই। সিষ্টর মেরী-না মতোন্দা Introduce তৌরমলগা মহাক চৎখে। কিরন, মখুভা এপল্ খরা পায়রহুনা হয়াউ-হয়াউ চংলকই! অনৌবা লাকপা সিষ্টর দা ওনশিন্দুনা— What' your name হায়না শকখঙ মায়-খঙনবা হৌই। সিষ্টর-না Sister Bridget, Karunlya কৌই হায়না খুমলকই। অমুকসু করি লমদগীনো হায়হুনা কিরন-না এপল্ অখোকপহ পীনা-পীনা হংই! মুপী অহুনা Gokaran —Witara Kanada দগীনি হায়রগা এপল মশুং অমা লৌই। সিষ্টর Amelia দি ডাক্তরনা হৈ চাগনু হায় হায়হুনা চাব্রে। লকোয়বুদি য়াম্না প'ম্না চায়। ঐখোয়দা ওনশিন্দুনা— নখোয়দি করি লমগীনো হংলকই। St. Amelia না ওক্কুনা খুমলকই - "From Imphal, Manipur" কিরনগী শিনফমদি করিনো হংলকপদা ঐনা মহাক ইঞ্জিনিয়ারনি হায়না খুম্মী। সিষ্টর Bridget তু সিষ্টর Merry গুম্না মচীন লুম্বী অমা নত্তে। চাং মায়না তৌরবা য়াতোনশিং অমু উৎলহুনা ঐখোয়গা রাহং পাউথুম কয়া তৌনরিবৈদা "ফাদর" য়ৌশিল্লক্লে।

ঐনা হায়না Good evening father হায়রা নমস্তে তৌক্লি। "ফাদর" সু চপমায়না পাউথুম পীহুনা ঐগী খুরুম্বহ ওক্লে। ভমাই

অয়ুক লাকপীত্রবদি করি তৌরে? ঐনা খঙনা-খঙনা হংখি— সিষ্টর Merry না হায়রম্বগুম কাদয়-না হায়রকই— ঐ পুং ৭/৮ অহুরাইদা চপচানা য়োরকই অহুবু স্থইপ্লর-না কয়া কম শেংহৌবহুদা অহুমক চংলক্কুবনি। অসি হায়রগা ঐগী কোক্তা মখুৎ অচৌবহুনা থমলগা থরায় য়াউনা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জরম্মী। ঐস্থ মিনিট থরদি পুক্লিং অমী লোংদনা ঈশ্বরবু নিংশিংজহুনা লৈরে। কাদয়-না যীশু-বু নিংশিংলম্বা য়াই, ঐনদি শ্রীগোবীন্দবু নিংশিংজৈ। মমিং তোংঙান-জবতনি ঈশ্বরদি অমত্তনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।



## ৯ শুবা পন্দুপ

কিয়ন-গা ফাদর গস্থ ময়োল লোয়হ্না রায়ী-রাতায় কয়া শানহ্না শকতাক্লয়ে। ফাদর-না মচনন্নুপীগী মনাক্তা চংহ্না মচনগী মকোক্তা নানবীরে। ভাইহাক্তং অমস্থ পায়য়গা প্রেয়ার মতেক অমা তৌরে। লেমলগা হৌরবা মখোল অহ্না ঐখোয়দা হায়রকই— হয়েং অমুক লায়গে হৌজিক্তি থবক অরুবা অমা লৈহৌই, চংলগে হায়রমলগা কাহ্দগী মপাল থোকখ্রে। তশেংনমক ফাদর অসি ঐঙোন্দদি ঈশ্বরগী শায়োয়ি নিংখ্রে। কিয়নস্থ. ইনেম্মা টিফিন-সি নুমিদাংগী চাক-ইঙ্গাং পুররুবা ঐ অমুক চংখ্রগেদো হায়রকই। মহাক্না অমুকস্থ ইনেম্মা করি তৌরমখোগে, মহী অমত্তং শেমখিগেদো ? হোয়, য় কোজ ভাক্তা শেমবীরকউ। নারবদি হোরলিক্স-কাসি মশক য়েংজনিংদে। মখোয কাকাসিনা মচা লৈগেদি হায়দহ্না চাউখ্রবা অমা হেক লৈশিল্লকপসিন্না। য়ুকোজ শেমহ্না পীথরুবা মতুংদা সিষ্টর Bridget তা ঐবু অমুক শিন্নরকই। সিষ্টর। ঐখোয়গী মী লাক্লিফাওবা ভাইহাক্তং য়েংবী-রম্মুকো। সিষ্টর-না yes, yes হায়হ্না অনাবগী ঠিকা লৌখ্রে। কিরনহ্ হোটেলদা অমুক চংখ্রে। মা চংখিবা ভাইরস্থনি। কম্না নায়িহৈহ্দদি ঈকায়বা খঙলমদে, হৌজিক্তি ঈকায়বা খরা-খরা খঙ-লবগুম তৌরক্লে। ভসাই চাক খরা হেন্না চাখিবহ্না টৌইলেট্ চংনিংলকই। সিষ্টর Bridge' তা Help অমুক্তা তৌবীয়ু হায়বদগী ঐবু কোন্দুনা টৌইলেট্ ফাওবা পুশিনবীরে। সিষ্টরনা তপনা দেবী জি তপনা, য়ামনা তপনা-তপনা হায়দুনা চোকশিন্না হোৎনবীরি। ঐবু কুমুড অরাংবহ্দা ফমহল্লমলগা লোয়রগা কৌরকউ হায়রকই। থোং ঙাশিল্লে, ভাইহাক লৈরগা ঐনা অঙাংনা তৌবগুম সিষ্টর লোই-রে হ'য়রুই। তারহ্না মমানা চেন্নকপগুম— লাকএ, লাকএ হায়হ্না জগ্ তুনা Geyser দগী ঈশিং অশাবা তংখায় অমা য়ারে অইংবা তংখায়

অমগা য়ানশিল্লগা ঐগী তুংলোমদগী হৈথবীরে। ঐনা O.K. সিষ্টর হায়বগা লোয়নবা নোঙ্কপা য়াহৈ থরম্ব হায়রে। সিষ্টর না করিম্ব নত্তবা থল্লম্নু; অমগা অমগা তেংবাংনবা হায়বসি হৌনবীনি হায়হুনা ঐবু কোন্দুনা কমুংদা পুশিনগে হোৎনবদা খোঙ অসি করিম্ব মচী লেংবা ঙমদ্রে। তান চানা জুনিয়র নস´ স্কর্ট অঙৌবনা ইউনিফোর্ম শেৎপী অমা চংলক্লুনা মথোয় অনীনা থাংহনা কমুং য়োহৌরে। ঐদি শদৌ থোংহনা কমুংদা হায়খবদগী তুমথখ্রে। মিৎকপ থোক্লকপদা সিষ্টরগা মাদরগা ইভনীং প্রেয়র তৌহনা লৈরম্মী ঙাইহাক লৈরগা ইন্দিরানা মাং থাহনা মথোয়গী কাকা মবান্নী চংলকই। ঐনা ঙাই-হাক্লং খনখি— "সিষ্টরখোয়গী অচম্বা পুন্সিগী মরমদা।" তশেংবম্ব মীগী মতেং পাংবা হায়বসি খৃষ্ট্যা'ন-নিতি চৎপা মীওইশিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মখোযদি মপুন্সিগী য়ুম্বানবগী লম্বীদম্ব খোঙ থাংজিন্দে। অহুনদি populatiọn g owth অসি তংখায় অমদি ধর্ম্ম অসিনা হম্বহনবা ঙম্বা য়াইনা।

খঙহৌদনা ইন্দিরানা কৌরকখি— ইন্দোইবেম্মা করি খল্লিবনো?

—হুম, করিম্ব খন্দেদা। মতম অহুদা মাগী কাকাদি মাদর-গা য়ারী শানদুনা লৈ। Bridget না ইন্দিরাগম্ব ·অহানবা ওইনা খঙনরে। Bridget তা য়েংলদুনা ঐনা হায়খি— She is my daughter. Real? No, no my sister's daughter I mean. অহুম্মা ইন্দিরানা সলরর অমগা লাকপদুদদি ইনখৎলকপী লৈশাবী মচা অমনা শোক্লুবককা য়াবা পোৎ নত্তে।

ঐনা হৌদোকই— ঙসিদি লেকপগী পালি কনানা তারবা?

— কাকানা খুৎলকই, ইন্দিরা লেকহৌরো হায়রিবনিনে ঐদি।

— যরেনে অহুনা।

অদুদি চাক চাথোকলো হায়দুনা চানবা তম্নারি তৌরে। শিরে চাক, চংলে চাক, মৈত্তে ঐথোয়গী চৎনবী শমথে য়াংমা

লানবা য়াত্রা। চাক চাথোকলে। মাদরস্তু থয়া চাব-থকপগী থবক লোইখে্র। ঐস্তু নহান তাউথোক্ত্ুনা থম্বা ভাহ্ থোংই হায়হ্না খয়া হেনজিন্না চাশিনখে্র। ভা থোংলমক্তদা অতাউবা ওমলেট অমস্তু হাপচিল্লকপদ্ুদা অতাউবহ্ খয়া চায়গা লেম্লে। ঐনা হোয়েন হয়েংগী থাকউ য়াত্রা, লৈরে হায়দ্ুনা পংচা চাথোকপসি কত্তে হায়হ্না ভাংই। মাগী কাকানা হেয়া, লৈত্রগা অমুক লৈয়গা লোইয়েদনা হায়না খুমলকই। ইন্দিরাদি ফনমক মাল্লবস্তু হোসপিটালদা চাক চাবা হৈনদে হায়দ্ুনা হোটেল-দদা চায়গা লাকই। ঐনা চাবা লোইয়বহ্দা চংনিংবা মীস্তু য়াউনরে, হায়য়কই— মমমী ঐ চংনবা তৌয়গে। হয়েংদি কাংখল অমা লৈবীয়ক্কনিদা। মাদর-গীদি সিষ্টর Bridget না পুরক্ত্ুনা কাংখল অঙৌবা অমা থল্লে। ঙশিদি চহী ৬০ গী অহল অহ্ মুংঙাইনা তুমখে্র। মথোয়গী কাকাস্তু ইন্দিরা ইবান্নিদা চংলগে তাল্লমলগা পোৎ-চৈ খয়া পায়রহ্না চংখে্র।

মাদর-না তুমথখ্রবদ্ুদা থবক খয়া কোমলদ্ুনা সিষ্টর Bridget তু পোখাবা ওইনা ঐখোয়গা য়ায়ী শানরি। অহানবদা ইন্দিরাগী মিং হংই। মী হায়বসিমক্তবু ইশানা ইশাগী মিং পনজবসি মুং-ঙাইজদে অদ্ুনা লকক তৌরিবৈদা ঐনা খুমলে— মাগী মিং ইন্দিরা কৌই। অঙাং ওইরিবৈদা ঐনা মুংশিদ্ুনা ইন্দিরাগান্ধী হায়না কৌই। ঙসায় ঐনা sister's daughter হায়বহ্ মুমা তাহৌত্রমাল্লে সিষ্টর Bridget না কন্নি থোক্লে হংলকই। ঐনা য়ায়া শম্না ইচানি হায়খি। ঐগা ইন্দিরাগগী খেন্নবহ্ ওল্লগা হেক পোকপয়া হংখি। ঐনা ইচেনা পোকপনি খুম্নী।

কিরন্সস্তু ইচানি— হায়রুবদ্ুদা মখোয়না মবান্নিবু মচীন-মৌপ্রানি হায়না খনখে। মসিদি শোয়বা তারে চুমথোকহৌদবা য়াদে খল্লহ্না ঐনা অশেংবহ্ লোইনা হায়রে। Bridget না কিয়নগা ইন্দিরাগা Husband and wife নি হায়বা খংলে। মানা অমুকস্তু কিয়নগী চহী হংলকই।

কিরনগী চহী ৪০ নি অহুবু কৃষ্ণ শাবগী শককমদা অহুমক লৈরে ! ইন্দিরাস্থু অহুমঙাই পোমলিবী আভরগুলাপকুম্মী। কেবনা হৈখিবা ! ইতৈবুংগোহুনা মুংশিহুনা তোংঙানবা মগিং অমম্থু খোনজরিবনি। কুচু ৫ৌই হায়হুনা মাবু ইতৈবুংগোনা “অঙৌ” কৌবী, অতুগা ইচে-নদি “অঙৌবী”, ময়ামগীনা “ইন্দিরা” ঐহাক্কীনা “ইন্দিরাগান্ধী”। সিষ্টর Bridget স্থু ঐনা কৌবগুম মঙোন্দা “ইন্দিরা-গান্ধী” হায়না অদুমক কৌরে। মিংগী বাদি মুংশিহুনা পংথোন থোনবনি কৌনিংবা কৌসন্থু। ভ্রমরবু মাগী মুংশিজরবা গোবিন্দলালনা মুংশিমন্দুনা— ভোমরী, ভোম, ভুম (কৃষ্ণকান্তগী উইল) হায়না কৌথিবনি কনানস্থু য়েংলুবা লৈতে। তশেংনমক. ইন্দিরাদি “ইন্দিরা গান্ধী” কৌবদা মতীক চপ চাবীনি। ঙসিদি ইন্দিরাগা সিষ্টর Bridge-কা য়াম্না কন্না কম্মুনিকেসন্ পীনরি। অমনা অমগী লোল খঙনবা হোৎনরি। সিষ্টর-না মরোল খোইরি-খোইরি হায়রকই— মংগী মিং করি কৌরে? মহুদা মখোয় অনী মুংঙাইরদুনা য়া-য়া নোক্লি। অস্থুম্না তৌরিবৈদা মুনিদাং পুং ১১ তাশিনখে। অথাপ্পদা শাইরেলগী মখোল তারকই। মুসলমান কাংবুনা “মসজিদগী” আল্লাহ্‌ লাউরকই।

ঐনা মখোয় অনীবু তুমলোদা মুমিং অসি থেংজিল্লক্লে হায়রুই। নোং ঙানবগা ইন্দিরাস্থু মাগী কেশ অমগী অতোপ্পা হোসপিটাল অমদা চংকদৌরিবনি। ঐনা ইন্দিরাদা হায়— ইবেম্মা ঙসাই নর্স না চাউ হায়রম্না গুলিহুদি কদায় পীরক্লো মতম ওইরে চায়গে। ইচানুপীহুনা ঐঙোন্দা গুলিগা ঈশিংগা লানশিল্লকই। গুলি য়োংপা লোইবগা থোংদা কোক-কোক থীল্লকই। মানা হাংদোকলুবদা ডিউটি পুরিরী নর্স অমনা দেবীজিগী গুলী পীজবা মতম ওইরে হায়রে। ইন্দিরা ইবাম্নিনা চপ মান্নবা হৌজিক্কা চাবা লোইবদা ঙায়রি হায়না খুম্মী। নর্স অহুনা ও-কে: থেঙ্ক ইউ হায়না ঐখোয়বু থাগৎলমলগা থোকখে। অস্থুম্না মীকপ অমীমুক্তং তুমথমবা থোরাং তৌরহুনা নীনী চনবা হুমিং অহুস্থু হোৎখে। *

## ১০শুবা পন্দুপ

নোং ঙাল্লে, ঙরাং তৌবগুম্মা অয়ুক্কী তৌগদবা পুম্মক লোইশিল্লে। সিষ্টর Bridget না হৌদোক্লকই— "ইন্দিরা, দেবীজি করি চানি" ব্রেক-ফাষ্ট লোইরোইদ্রা কোফি-ওর টি হায়দুনা ফ্লাস্ক পায়খৎলে, টিফিন পায়খৎলে।

ঐখোয়ন্তু য়েন্স-সিষ্টর হায়বক্কুনা বেগ্ অগী পৈশা লৌথোক্লগা সিষ্টর-দা-শিন্নরে। ঐনা, ইন্দিরাদা ইবেম্মা নংস্থ মফমদু খঙহৌনবা কোয়থোকপা ওইনা সিষ্টরগা চৎমিন্নরু। হল্লকপদা নংগী কা অমস্তু য়াওজ্জরকউ। ইন্দিরাস্থু মহু কৈ হায়দুনা য়ারে। মখোয় অনী বাংলস্থু হাইরপ্পা মাইক্নে। লেং কোয়দুনা কাটন্দা চংখে। চৈরক অস্নিদা Manglore গী দিদি চংলক্কই। ঐনা দিদি সিদা ফমলু-লাউ হাযনা অরানবা কৌশিল্লি। দিদিহু ঙসিদি মতু-মমান ইপোন-প্রোন, মোল্লি-মোল্লি ইনাক্কা চংলক্কুনা থারিবা চৌক্তি অহুদা ফমলরে। ম'গী নিত্তিগী-শেংপা ছাত্রি অরাংবহু অহুম শেংলি। ঐঙোন্দা এপল অমস্তু পুথোরক্কুনা পীরে, অহুগা হায়রকই কিরন ল্যাক্তিত্রা।

ঐনা— ল্যাক্তি-লাক্রনি।

— নংগী Husband দি?

— মাহাক লাকস্নিরক্নি। করি-ঙোরে দিদি নংনা-মুংশুক মুং-জানবকু হায়দুনা!

— হৌজিক ফাউবা ঐখোয়গী ওপরেসন তৌত্রি অমুক্তা তৌনবথা ঙাংনরীয়ু হায়গে তৌবনি।

— Hanu nanthnagar-গী দাদাদি ওপরেসন লোইশত্রা?

— উম মাগীদি হয়েং শোয়দনা তৌরগনিঃ হায়রে।

— ঙোয় অহুদি মখোয় লাক্লগা হায়গেক্নি দিদি।
— ইন্দিরাদি করায়, মাবু ঙরাং অহৌং লেকই হায়রদ্রাইনে ?
— সিষ্টর Bridget কা কাটিন-দা চংখি।

অসুম্না ঙাংনখিৈরদা ইন্দিরাখোয় হল্লক্লে। দিদিগা ইন্দিরাগা কৌররে। Bridget কসু মখোয়গী মরোলদা কৌনহুনা সিষ্টর Amelia গী মরমদা রারী-বাতায় হংনরে। অহুদগী দিদিনা মখোয়গী কাদা চংলুখিগে হায়রকই। ঐখোয়না কোফী থকখিসি হায়হুনা খামলে। তল কোংফোং শাবহুগা কোফী অমম্মগা ঐখোয় মতা থকমিন্নরে অহুদগী দিদিহ মখোয়গী রুম দা চংখে।

ইন্দিরানা ফি মচা অশংবহ ঈশিং অশাবদা লুপলগা শাপোন নোইয়গা পায়হুনা চংলকই।

— ইন্দোইমা ফিহ খরা হাইদোকপীয়ু। ফুরিংসু কোমখোকসি।
— করিগীনো ?
— ঐনা চংত্রিরেদা হালফ-বাথ অমুক্তা তৌরমগে। অসি হাযরগহুনা ইন্দিরানা ঐবু হিপনা-হিপনা হালফ-বাথ তৌবীরে। মথারোমদা খিতং অমুক চেপচল্লগা শমচেং হাংপীরে, বেনীসু কাবক-কাবক শোনশিনবীরে। অহুদগী মাগী য়াম্না পকচরবা সালরর লৈ মচুহ শেংশিন্দুনা চংননবা শেম-শাখে। হায়নখিবা মতম চপ চানা কিরনগা মাগী কাকাগা থুংলরে।

তুংদগীহুনা নোকফেং তৌরহুনা কমদৌই ঙসিদি হংলকই। ঐনা মখোয় লাকপা উবদা, অঙাংনা মচীঞাক উরগা হরাউহুনা হৌ হৌ চেংবহ মতায়রে। তৌকম অমা থঙখিরে। মাগী কাকানা হংবহ ইন্দিরানা ওকুনা — ঙসিদি ঐখোয়গী ইন্দোইমা য়াম্না যরে, রা-কসু য়াম্না শাংলরনি হায়না খুমলকই। ঐনা— কাংখলদি কদায় হংই, লৈরিনি লৈনি ঐ কাউদে হোরেল ওইনা লৈরম্মগে। মথা তানা হায়রকই— য়াম্না রুল্লে হায়নে। অমুক্তা হৌগৎসি হায়দুনা ঐবু

শৌগৎপীরে। অহানবদা কমুংদা মিনিট অমত্তং কমহল্লগী লেপ্পু হায়হুনা নমহুনা লেপহল্লে। ইন্দিরাবু কৌরহুনা— ইন্দিরা মাগী সেন্দলহ্ খরা তোংশিনবীযু হায়না ইন্দিরাদা থৌদারে। ইন্দিরানা ঐগী খোঙদা সেন্দল থিংজিনবী। [য়েৎথংবগীদি খঙই, ওইথংবা খোঙদি সেন্দল তোংই হায়বা খঙদে। মানা শমহুনা মাঙ্গোল তম্না খোঙ তপনা-তপনা থাংহুনা থোক্লক্লে। ইন্দিরাগা কিয়নগদি য়ারী শানহুনা লৈহৌই রুম নম্বর ১১ দগী ১০, ১০ দগী ৯ ফাউবা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলে। Children Ward কা তাইনবা শাংনা কাপথোকখিব্রা মফমহুদা লেপতুনা ঙাইহাক অইংবা মুংশিং ফুহন্দুনা ইশা তেকথৎহল্লে। লৌয়ননা মুমিংলোমদা খুৎ থিন্দুনা— শোমনা নোংপোকনি, শোমনা নোংচুপনি। মসিনা অঙাংগী লায়য়েংশঙনি। আ— মথারোমদা থাপ্লা উরিবা অসিনা অঙাউবা লায়য়েংকমনি হায়হুনা তাক্লকই। কুইনা লেপ্পা ঙমজ্রহুনা ঐনা চংলসি হায়হুনা তকই। মাস্থু ফরে ইন্দিরাগী অনাবা য়েংলুগদবস্থু লৈ হায়হুনা কা অহ্ তাপ্পা অমুক ঐবু পুশিনবীরে। মুমিং অহুনা ঐগী অহানবা Exercise তৌবা হৌবা মুমিং ওইরে।

মথোয়না চক্রিঙৈদা ঙসাই দিদিন হায়রম্বশিংহ্ তমলে। কিয়ন-না ইহে! অহুদি হৌজিক্তি ডাক্তর কানরক্লিবনিনা হোরেন ঐনা চাক থিনবা লাকপদা ওইনা জাংনরগে হায়রগা সিষ্টর-থোয়গী কাংবুদা ঐবু শিন্নরমলগা চৎখে। মথোয় হেক চংখিবগা Hanumanthnagar গী দাদা চংলকই। দিদিনা মুপ্পীমনি অহুগা দাদাদি (Hanumanthnagar) গী শিখ ধর্ম চৎপা মীওইনি। দাদাদি ইংলিস, হিন্দী অমত্তা খঙদে অদুনা য়ারী শানবা কয়া ফুংঙাইতে। মথোয়গী লোনদি ঐথোয়না খঙবদা লুনা থোকই। Sign তৌনদুনা হিন্দি মতেক-মতেক খেতুনা কৈদৌঙৈ ওপরেনন তৌগনি দাদা হায়দুনা হংলুই। ঙচীন-নাচিন্না হয়েং তৌরম্নি হায়রি হায়না খুমলকই। য়াখলদা

খল্লুই— থা ৬ চুপনা ডাইজরক্লবনি, ফরেদা হয়েং তৌরনি হায়রবদি। চিন্দস্থ মঙ্গল ওইবীযু দাদা হায়খি। দাদানা ঐগী অনাবা কমদৌরি হংলকই। ভগবানগী কৃপাদগী ঐস্থ নোংম-নোংমগী ফগৎলক্লি দাদা হায়না খুমলে। মতুংদদি পাক্লা উনদবস্থু য়াই হায়হুনা দাদাস্থ চংলকপা মাল্লি। ঐঙোন্দা অমদি সিষ্টর Amelia দা মঙ্গল ওইবীসি হায়রমলগা থোকখে।

দাদাগী অনাবদি স্কুটর এক্সিডেন্ট তৌবদগী য়েৎথংবা মখুং নাম্থোকপনি। লেংজুমগী শক নাম্থোকপনিনা মখুং অহু পত্রাগ-পত্রাগ তাই। যেংবদা ফীভম হাইফেং কাযবজাংনি অহুদা মুপাগা ওইবনিনা চৎপা-খোংপদি অদুমক ওমই। অস্থুম্না অচৎ-অওক য়েংহুনা নোংম-নোংমগী দিন লেনবদি পংরা বাদ্রে। সিষ্টর Amelia গী মী রাং-তবগুম ঐগী ভিজিটর-দি Hanumanthnagar গী দাদা অমহুং Manglore গী দিদিনা ওইরে। মতমলৈবখিবিক্তা ঈশ্বরনা মখোয়বু থৌজানবীসনু।

## ১১ শুবা পন্দুপ

ঙসিদি সিষ্টর-খোয়গী মী টিম, অমা ময়ামদগী খাইদগী হেন্না ঙৌবী মী পিক্তক তৌবী অমনা মাং থাহনা চংলকই। হেক চংলকপগা সিষ্টর Bridget না ফ্রান্স-তগী লাকপা মাদরনি হায়দুনা তাক্লকই। অদুক অহল ওইরবী অদুনা Boycutting শমকক ককই। অঙৌবা স্থট শেংলি য়াম্না smart ওই। অতৈ লাকমিন্নবীশিংদুস্থ মথং-মথং মশাগী মিং হান্নরকই। মীনা হংত্রবস্থ মশাবু শকতাকচবা হায়বসি খরা চাউখৎপা জাতিদদি চৎনবী অমা ওইনা তৌই।

খরা অহল ওইবী অমনা ঐগী Angelia, অমনা অমুক ঐগী মিং Annee খরা অঙাং ওইবীহনা ঐগী মিং Jasmina কৌই। অস্থমনা মথং-মথং হায়থরকই। ঐস্থ ঐগী হাযফম থোকপা খবা হায়রে অদুগা মখোয় মশেল বারী শানবহু তাদুনা লৈরি। লোয়ননা অরাম-খৌর'ংবা পোক্লকই। ঐনা ইঙ্গিৎ তৌবদগী Jasmina ঐগী ইনাক্তা ফমলরে। হেক লাকপদা ঙায়রিঙৈনা Angel মানবীহুদা ঐনা পাখোন হায়বা হোরে। মুংশিরমলোইদ্রা খঙদ্রে। অহুবু শাউ-নিংবগী মতৌদি মান্দে নোক্ল-নোক্না ঐবু হোরলিক্ন পীথক্লবা থৌরাং তৌরি। ঙাইহাক বারী শানরগা সিষ্টর Bridget কা লোয়ননা ফ্রান্স-কী মাদর অমদি অতৈ লোয়নররকপীশিংহু Jasmina দা মতম খরা অনাবা শিন্নরমলগা চংখ্রে।

ডাক্তর রাউন্দ চংলকই। নিত্তিগী লৌবা য়োকোড' পুন্নমক লৌরে। রুহমন-না ঐগী নঙ্গন্দা নপলিবা লশিং অমদি প্লষ্টর শেং-তংলমলগা নস'-তা অমুক ঐবু শিন্নরমলগা থোকখ্রে। সিষ্টর Amelia মতম অহুদা Jasmina গা লোয়ননা যোরনিং প্রেয়র তৌহনা লৈবদগী কনানস্থ থুগাইরুদ্রে।

ভসিদি, ঐগী চাক য়াম্না থেংলহনা খরা রারে। মায়খোং হায়বসি থম্মোয়গী মিংশেলনি হায়নৈ। চাক লাম্বগী মায়খোংদা তারিবা মমি অহূবু Amelia অমদি মহাক্কী মীনা উথোকখে। ঐগী উপূদা এপল য়াউরিবহূ Jasmina দা খোকহল্লে। Jasmina দি মশুং অমত্তমক চায় ঐনা অয়াম্বা চায়। মখোয়না ভসায় পুরকপা লফোয়হূ ঐগীসু শরূক থুংলকই। ঐনা ঈকায়হনা ওক্লে হায়খি! Jasmina না নৈরকপা নত্তেনে দেবীজি গ্রাজে´নমেড্-নি হায়দনা নমদনা খোক্লে অদগা য়াদা ইনশিল্লকই। লাকপদা মঙাইরি, উম্নবদা মঙাইরি অদবু কয়াদা ক্রেঙ্ক ওইখ্রবা। হেক পোকমিন্নবা ইচিন-ইনাউগা পাংখক্লি। য়া য়োরবদদদি ঐসু চারে। Jasmina না দেবীজি "One more please" হায়রকই, ঐবা চাক য়াউদনা লফোয় য়াম্না চাবা পুক তাথংকনি হায়দনা য়াদ্রে! O. K. Sister হায়দনা লফোয় অহূ লৌদ্রে! অয়ুক্কী পুং ১২ তাবনক্তদা ইচানিপা কিরন চাক ইশ্বাং পুহনা লাক্লে। হেক য়োরকপগা— ইনেম্মা শাউনিংব্রা? ঐ খঙই মাগী শাউনিংব্রা হায়বহূগী অর্থ ঐনা কৈদৌবগী শাউগদৌ-রিবনো মফম মতমনা য়াদববো।

— ইন্দরাগী অনাবদি করি হায়রক্লে?

— মাগী অনাবা য়েংলক্লে। কোৎখোক্রবসু য়ারনি। য়াম্না লায়না ইলেক্ট্রিক করেন্ট থাজিল্লগা অতংবহূ মহী লাংথোকহল্লে। হীদাক্তী থা তরূক চাউ হায়না ইরকই।

— ফরেদা, ইবুংঙো! ঐহাকসু নারে অহূগা মাসু অমুক নাহনা নৈরবদি কাকাগা নখোয় অনীদি য়াম্না রারনি হায়দনা ঈশ্বরনা কনবীরবনি। চাক্রুম চানবা ভৌরগে হায়দনা টেবল অরাংবহূ থাংজিহল্লে।

— ভসিদি য়েরুম থোংবনিনা বাহ! অঙ, ইনেম্মা লোকেল্ য়েক্লবনি হাউব্রা য়েংউ মমলসু পংতাং তাংদে। লুপা লুপাদনি।

— বুর্জারিদি কনা ?

— ঐমা থোংথনি।

— এহ। ইচাদি চাকস্থু থোংহনবা, থিনবস্থু থিলহনবা পংস্না হেক রারেদো শাউম্নুকো। হৈবু য়াম্মা" হৈখিনে মত্তে — নংগী ইঞ্জিনিয়ারীং অদ্দা হোম সাইন্সকি শেম্পল মতৌক অমস্থু য়াউব্রা ? অদি হায়দ্না ঐনা কাগী তৌই। মাস্থু নোঙ্গা অদক্কা অদমক লৈ। চাক চাবা লোয়রবদস্থু কৌনশিং অহু বাসরুম দগা পুশিন্নুবা কাবক-শাবক তৈংথোক্লুরে। এব্রাব্রা বেদ অহুদা ডাইহাক অমস্থু পোখারে। ঐস্থু চাক তোকপগী ডাইহাক পোখারি। মতমদদা কাদর সুপরিওর অহু চংলক্লে। হায়রকই ঐহাক পুং ২-৩০ দা U.P. দা চংলগনি। ইমারজেন্সী অমা লাক্লে। চৎলমদাইদস্থু মকম অসিদা নংগীদমক ঈশ্বরদা প্রেয়র তৌরম্বগনি।

— ঐহাক কাদর চৎখ্রগনি খনবদা খজিক্কংদি মুংঙাইতে। ঐনা য়াম্মা রানা মুংঙাইতবহু লোংশিল্লগা হায়খি— কাদর. অদুদি কাদরগী নেম এণ্ড এড্রেস পীবীরম্মু। ঐনা হায়রবদ্দা অইবা কার্ড মচা অমা পুথোরক্লুনা ঐঙোন্দা পীরে। ঐনা পাহুনা যেংই। অস্সুমনা ইরম্মী — Father Baptist D' Souza

M.A. M Ed., LLB.

Principal St. Aloysius College U.P.

থবক চিনজখ্রবা কাদরনি অদুবু থাজববু মাংখিনি কিবদগী ঐগী ইনাক্তা লাকপিবনি। ডসিস্থু ইকোক্তম মানবীবগা লোয়মনা ঈশ্বরদা থৌমিবীরে। মচন নুপীগী মমাক্তা চংদুনা ঐঙোন্দা তৌবগুম অমুক হকোক পায়হুনা ঈশ্বরদা থৌনিবীক্লরে। কাঙম মুর্ত্তীহু উরুবদা কোরৌ নোঙ্গাখ্রবা পঙ্গো ইপা ইবুংঙোহু মাল্লহুনা কনা উহন্দনা মিৎলু লাইক তৈথোকচৈ ইদোম তুমিম্না।

*

# ১২ শুবা পন্দুপ

"যাঙবদগী যাঙবদা পুক্লিংনা ময়াঙলে।" "রাবদগী রাবদা ভাইবনা ময়ারে।" কিরন হৌজিক হোটেলদা হনগদবগী মতম ভাইবদা অমাখা অমা ওইরি। ঐনা হৌদোকই – দিদিনা ভসায় হায়রগনহুদি কমদোরে.?

— হোয়নে, অমুক্তা চৎলুখিগে হায়রক্নহুনা রুম নম্বর ৯ দা মমায় ওনলি। ঐনা অদুদি ইবুংঙো, ডাঃ উমবা চৎপদা লৈবাক-হরাই খরা যাউরকউ হায়রুনা এগী মনি-বেগ-তগী লুপা ৫ লৌখোক্লুনা পী। যারে, ঐঙোন্দসু পৈশা যাউরী হায়রমলগা থোকখ্রে।

কিরনগা দিদিগা উনরুরে। দিদিনা হায়বা মতুংইন্না ডাক্তর উমবা অমুক চৎখ্রে। ভাইহাক্তং লৈরগা ডাক্তরনা তাং ৭ তা ওপ-রেসন তৌননবগী মুমিং লেপহৌরে হায়না হরাউনা লাক্লে অদুগা দিদিদসু তমলুরে। দিদিনা মাগী ওইবা মী থাহনা মচা-মশুদা পাউ পীখ্রে। লৈরকপা লৈবাক-হরাইহু পুথোক্লুহুনা কিরন-না মকু খোক্ল-খোক্লহনা ঐঙোন্দা সুম পীরকই। ঐহাক্লা সুম চারম্বদগী ইবুংঙো! নং নয়াং যাম্না কংনা উরে শঙ্গোম অমা শেমলগা থকচিন্নু। তুমকন চাকম খঙদদনা তৌরব্রা? হৌজিক্তি আ— হোটেল-দা পোথাক্লরো। কৈলাস হায়রুনা কমদোখ্রে, ঐগী ইনাক্তকা চৎলুসি হায়ব্রা অঙাওবহুবো? হোয় ইনেম্মা, হয়েংদি মাসু যাউরকপা যাই। ফরে অহুদি ঐ অমুক চৎলুখিগে হায়রগা ভসাইগী টিফিন কেরিয়র-হু পুহনা চৎখ্রে। অয়ুক্কী অমুক, নুংথিলগী অমুক, নুমিদাংগী অমুক লাক-খোক-লাকশিন্দা ওটো রিক্সো-দদা চাংচত্ত লুঃ ৩০ মুক্তি চৎলমগনি, মাগী কাকাদি লময়েংবা ওইনা কিলোমিটর ৩ রোমহ খোঙনকা হেক্তা চৎলি হায়হুনা ইন্দিরানা তম্মী। 'কিরন-না হেক চৎখিবগা সিষ্টর Amelia খোয়গী ইভেনীং প্রেয়র হৌখ্রে! ঐসু লৈবাক-হরাই চানা চানা

পোথারি। করোমদগীবো থঙহৌদে দিদিনা কোফী অমা লানশিল্লকই। থক্লোই হায়ক্লরবদি মথুং ইকায়রনি হায়হনা থক্লে। ঐনা দিদিবু কৌরহনা হায়খি— দিদি, তাং ৭ তা পাংথোক্লনি হায়রেনে।

— উম, হাটি চোক্ তৌথে্ ব্লড্‌শ্রু লৌথে্ পোাম্ক্রোইদবালে। অনাবা মঙন্দা ভায়হৌরে, নৈহৌরো হায়রমলগা মাগী কপ-তু প্রহনা চংখে্।

খংহৌই— ঐমা হেক চংলকপা মুমিত্তগীনি, দিদিসি পোথাবা উদে, মপুক্লোইবগী সেবা ফজনা তৌই; তুম্বদবমে কল্লিনে নাদনা তোক্লরনি। মুংখিল পুং ৪ রোম তাবগীহুদা য়াজামান্থ চংলকুনা ফমলরে। ঐতোন্দা ওবশিন্দুনা হংলকই —অঙাং কয়া নৈরে?

— ঐ নোক্লগা, পংয়াম য়ামদে মঙাদনি।

অসোমগী সিষ্টর Amelia না ঐগী ইতোহদা থুমলকই, অঙাং মঙাবু কল্লি' য়াম্মুনি চপ হেক চারে।

— মুপা কয়া, মুপী কয়ানো?

মখোয়না মথা তারকই— মুপা অনীনি অহুদি মুপী অহুম ত'রে।

— অচুম্বনি, মুপী অহুমনি!

— মমিংদি করি করি কৌই?

ঐনা মমিং মথং মথং হায়রে।

— মখোয়দি অমা পুবিরকপা য়াত্রা?

— মখোয় হৌজিক ক্লাস য়াম্না কন্না তৌবা মতমনি অদ্‌দা ঐনা কায়হল্লিংঅবা। হায়না থুমহনা মখোয়বু গ্যান তাহল্লে।

— অহন্দুদি করি তমলি? য়াজামাগী রাহংনি।

ঐনা মখোয়গী ক্লাসস্থ মথং-মথং হায়রে। ঐখোয় নিত্তিগী অম্মুক্না ইমুং-মহুংগী য়ারী শানহুনা ফিন লেপ্পরদি কল্লিদি তৌনি। মুমিং নিপাননিগী মতম হায়বসি শাংখ্রবা মতম্নি, অঙাংবা মী অমদদি।

ঙাক্সামাহ্র ঙাইহাক বারী শানরবলগা মখোয়গী কাদ্দা চংখে। মাদ্দি মখোয়গী ময়োল.কালাভা-দগী.কো কন্নিঘত্তা থঙদে। Hanumanthnagar গী দালাঙবনি। ঐগা ঙাক্সামাগা বারী শানবা ভারবদি পিস্কার ঙমা চংগনি। অদুনা ঐনা মাপা বারী কয়া শানদে নোকরগা মতোকই। থংহৌবা হায়রবু "য়োম পেরেন্না" হায়রবদিগা "ভণী কোনস্থরাঙ্গা" হায়বদিভদি মতোম্মগী থঙহৌই। অহানবগীসিনা মিং করি কৌই হায়বনি। অকোনবগী সিনা ঊশিং থকে হায়বনি। রাজামা কৌই থঙলিবসিনা ঐনা মঙোন্দা মখোয়গী ময়োলদু এপ্লাই তৌহনা য়েংবদগী থঙবনি। মৈত্তে মুপী রাম্মা তোয়না উজনিংবগুম নিতিগী ঐখোয়গী রুমদা লাক্লগা সিষ্টরখোয়গা বারী শানহনা ফগলে। মমিংনা ঐঙোন্দা থমগনি।

Jasmina মাগী ভিউটি পুবা লোইরহনা B.T.S. তা তোংহনা মখোয়গী লৈফম Assissi Nilaya তাম্না চংখে। মাগী শৈশিন সিষ্টর Bridget ওইনা লাক্লে। সিষ্টর Bridget না পুরক্নুনা সিষ্টর অমেলিয়া-গীদি চানবা থৌরাং তৌখে। ঐমীসু মাগী কাকানা মাং থারহনা ইন্দিরানা থরদি পুরক্লে। কাকানা হায়রকই— ওসিদি কাংথল লৈরক্লবনি। লুপা ছুক্ছুক্ পী! অনী লৈরকপনি অমনা ইন্দিরাগী ওইনবা। ঘরেনে, চাক চাথোক্লগে অদুগা ফজনা অমুক্তা তুমগেকো। ইন্দিরানা শেবা তৌরহনা চাক চাবা প্রপ-প্রপ লোইশিল্লে, ঐ য়াম্না তুমনিংলে ইবেম্মা নখোয়না থোকপা লোইশিনবীয়ো হায়রগা অদুমক হিপথরে। গুলি-মুংলিদি Pain Killer নি চারমু হায়রহনা ডাক্তরনা পীরক্লে। বিঃ পিঃ চোক্-তৌবসু হায়গুম তোয়না চংলক্লে।

কাকাদু, ইন্দিরা থিনবগী অয়াম্বা ম্রাকপনি থেংথ্গা মীরমশিদনা ভুগুতাইতে চংলগে হায়রকই। ঐনা কৈলাস উদবা কুইরেম্বা য়াওরক্লল হরই। মাম্নু য়াওরকই চংবা মাদে হায়রক্না গেট-তা ভাইহৌরি। ভাংনা-ভাংনা কাকাগা ইন্দিরাগমা ক্বাংথল থনবীরে। নাইলোন্ কাংথল

ওইবনা ইশাসি ইঙান ঙান্না উরে। সিষ্টর Bridget না লাউরকই, Here is a fish in the net ময়াম হৌবা নোকই। ঐনা ইন্দিরা নংস্থ কাঙ চীক্কনি, ঙসিদি ঐগা তুমসিলাউ হায়দুনা কৌশিল্লে। মানা মকোক মনিং ঐমা মমাং ওল্লে; সিষ্টর Bridget তু ঙাওরমাল্লে অমুকস্থ লাউরকই— "A big fish and a small fish in the net." অস্থুম্না মখোয় কাকা চংহনখ্রগা ঐখোয় তুম্নবা থৌরাং তৌরে।

কাঙ চীক্কবগী খল্লুরবদি ফজনা তুম্নবা য়ারবনি অদুবু ঐনা ইন্দিরাগী খোঙনাউবী পায়বীয়ু হায়দুনা পায়রি। ঐগী ওই থংগা অপংবা খোঙ অসিনা মানা মরী থিয়-থিয়দুনা নঙ্গোই-লাকপোই ইবান্নী অমনা অমদগী নুংঙাইবা লৌনরি। হকচাংগী করিগুম্বা মফম অমদা মচীন তুম্বা পোং অমনা খিত্তং থেংখিবদা "অয়োইমা" হায়বা খোঙ্খাক অসি মী পুম্নমক্কী মচীন্দগী থোক্লখিবা ঙাক্তনি। হকচাংগী শরুক মচেং অমত্তং শোয়বদা মীওইবগী ফিভমদা হান্নদগী হেন্না অহেংবা অমা হেক্তা লাকই।

ইন্দিরাগী ঙাইহাক্তং শংবা মতমদা মাগী খোঙনাউবীদা তাইন-ফম ওইরক্লিবসি থা মখায় অমা ফারক্লগনি অদুবু অনাবা মচাগা ওইবনে মথৌনগা চিনবনে থওইনা খল্লুদে। অদুমনদি ওইরগা মহাক অহীং-অহীংদি চীক্কুনা অয়োয়ো লাউই।

ঙসায় মাগী কেশ্-তুগী হোসপিটাল চংপকা খুনিংরাংবীহু তোং-লুবনা অমুক্কা হেন্না নারবজাংবনি, ঐনা অপায় খুদিংগী ইস, ইস হায়দুনা শুগংলি। ঐনা নুংঙাইত্রদুনা তপনা হংখি—

— ইবেম্মা নখোয়বু খোঙনা চংপ্রনে?

— ওটো-দা চংপনি অদুদা ওটো ড্রাইভরনা সেরাম্নমা পুবিয়ে। য়ৌরে হায়দুনা কুমথরুরগা ঐখোয়না খল্লম্বা হোসপিটালদু নংলমদ্রে। কায়দে খোঙনা অদুম চংলগা থিয়সি খয়দুনা থিরে অদুদগী "ঈ" হৌরমাল্লে যাম্না চাকখে। তশেংনা ঙসিদি মহাক নাহেরে। অহীংদস্থু ঐনা মঙোম্দা য়েংলরোই খল্লুনা হৌদোকপীদ্রে। বাথরুম চংনিংলবস্থু মা খঙহন্দনা তপনা হৌরাংলগা চংজরে। *

## ১৩ শুবা শন্দুপ

মীংথিরবী "কাবেরী" তুরেলনা বঙ্গলোর-গী ঈশিংবু অরাংপা লৈতনা পীবিরি। কাবেরীগী মথক্তা শান্নিবা প্রোজেক্ট-কী মখোলনা অহৌং নোংশোয়বা সমুদ্রগী ঈরাউখোলগুম্না ব্রোং-ব্রোং, রা-রা লাউনা তারী। মরক মরক্তা মালংগী ইপোম্না, পুখিহুনা তায়-তায়া মখোল অহু চংখিবগুম তৌরি। তারিবা য়ারাস্থু লকানুংগী য়ারানি, নুংশিবনা থুঙ্কংখিবনা পুঙমদ্রবা থম্মোয়না থাংলি ওন-থোইনা "নিমহানস-কি লায়েশঙদা।"

করিননো খঙদে ঐনা বঙ্গলোরবু অস্থুক য়াম্না পামজনা নুংশি-ক্রিবা। লৈশাবী পূক্কক চাউরকপদা তামো অহলনা ঐবু মফম অসিদা ব্রেনীং অমা থাগনি হায়না তৌরম্বনি। ঐনা ইশা অসি হান্নদগী ইশোন শোনবগা করিগা কিহুনা চংহৌদ্রে। মহুগী শাউবহু হৌজিক ফাউবা লোইদ্রিবনি তামোনা। হৌজিক্তদা অনুতাপ লাক্তুনা শোল্লি "পংইদকো ঐসে!"

মহৌশাগী ফজবগা খুৎশেমগী নিংথিজবগা পুন্না য়েংগে হায়রবদি ভারতকী মনুংদা বঙ্গলোরস্থু অমনি। অহুযুনে, পুন্নমকপি খল্লুরগা ইমা লৈবাক মণিপুরবু কাউগেদি খল্লুদে। মখোয়ফনা থরা চাউথংপা হানজখিবগী রাতনি, ঐখোয়গী মণিপুরস্থু মোংম-মোংমগী লেপ্পা লৈতনা চাউথংলক্লি। "শেন্দাং ওন্না তাবনা চেঙ মচং চাজবনি" করিগী নীংহম্নক্লদি। অম্মুম খল্লুনা মোংঙানবা ওাইনরি। মতম অসিদা ইন্দিরা মিংকপ থোক্তুনা য়াওরক্কই। পুং কয়া তারে—ইন্দোইমা হংলকই। পুং ৫ তারেনে। মোংঙারে ইবেম্মা সিষ্টর Bridget থেনয় হৌগস্তুনা মচীনশেংবা লোইখে। অদুদি ঐন্দু হৌপং-লগে হায়রগনা ইন্দিরাস্থু হৌপংলে। ইবাক্কীমক অয়ুকী থবক পুন্নমক লোইশিল্লে। ফমুং-ফান্নুং শেম্জিল্লে। অহৃগা ফমহনা রাস্কী শানরি।

— হায়রকই, ইন্দোইমা বজলোরগী হোসপিটাল য়ামখ্রেবো।
— করি করি হোসপিটালনো হায়রকউ তাসিদনা।

— B. B. H. ( Bangalore Baptist Hospital, B.E.h Hospital, Bhandari Foundation Hospital, Central Leprosium, Dental College Hospital, Hearing & Speach Institute, Minto Opthalmic Hospital, Nimhans, St John's Hospital অমদি অতৈ অতোপ্পা ক্লিনীক-কুম্বা খরগা লৈ। ময়াংনসিগী মমুংদা "নিমহানস" না খ্বাইদগী চাউবা অমদি মমিং লৈরবা হোসপিটালনি। ভান্দারী ফাউন্দেসন হোসপিটাল অসিসু য়াম্না কন্না ফাউগংলক্লিবা হোসপিটালনি। মথংনা St. Philomina সু মমিং পনবা য়াই। নহাক্না অমাবা য়েংলুরিবা হোসপিটালনা করি মমিং কৌবা? ঙসাই St. John's হোসপিটাল হায়বা অমা য়াউখিবগুনি। য়াম্না নাল্লি, ঐখোয় কাকা ইবান্নিদি নানমনবগুদা ঙক্লনা লাক্লে।

ঐনা মরক থক্ননা হায়খি— ইবেম্মা, মসিনা মহেক্লে হায়বসু য়াদেদা। খুন্নুনা মথোংদা কল্লি হায়বজাংতুনি। মাগী মাগী লমদা মানা-মানা চাউজবনি। মিংকি লমদদি Minto Opthalmic হোসপিটাল-না চাউবা হায়বসি মশানা তারবনি অদুগা শিংলি অমসুং Mental কী ওইরগনা নিমহানস-কা পাবিনবা হোসপিটালদি কদায়দগী লৈগনি। এসিয়া মহাদেশকী মমুংদদি খ্বাইদগী মাংজিল থাদুনা লৈরিবনি। অসি হায়রদুনা ঐনা ইন্দিরাগী বাহুদা বাতেম্মী। মাদি মখা তানিংলি, হায়রকই ইন্দোইমা। ইন্দোইমসু চংলবদি খঙলমগদবি। লৈগী জাং গুনা শাংলি— সনাগৈ, লমুরিং অঙাংবা, হঙামপাল, লৈ মচু অপংবা; পমলাদা থাবা খম্বালমুক চাউবা গুলাপশিং। লম অনীছুব কান্ন-কান্নবা থান্নিবা গোলমোহোর পাম্বী চংকম থোককম খুদিংদা

হৌরিবা মচু কয়াগী চেরৈ। নাকেনথা ওইরবসু কেন্দ্রবগুম নান্নবা, চাং মাননা করুবা নাপী হৌরবা লমপাক! মানা মখা তার,ক্লেই চৈরক্তা ঐনা— ওক্লে তোক্লো ইবেম্মা নংনা ঐগী ইমাংদা পংলেন্দ্রা লেপ্নরেকো। অসি হায়দুনা মাগী প্লোক ময়ামচু থিংলুরি অদুবু পুরিংদদি খনখি— ও। ঐতা নত্তেদনা লমদমসিন্না পুক্লিং হুরিবা। অস্তাং অসিমক বঙ্গলোরগী ফজবনা শুক্লংলেনেসে।

"লমহুইনা লাম্বা কংগ্রবা গ্রাম্বাবু শিল্লি" হায়রমলগ। চংখিবগুম ঐহাকসু ইন্দিরাদা হায়খি— কায়দেদা ইবেম্মা মংগী বাচু ঐখোয়গী মণিপুরদসু ওইখোকপা মাদে হায়বা লৈতে অচুগুম্বচুদি। য়েংবতনি কজরিবা মপতি মাউদবনি। ঈরৈবাক্তী মসকা লোয়ননা মজরবা শীতেলশিং, তোমশাং পোয়শাংনরবী লৈরাং লৈচু হেন্নবী শিরোই চীংদা ওংন্নবী "শিরোই লিলি" মাবুদি মকমসিদা শাংহনবা কনাই মতীক লৈতেদে। অসুম্না ইবাম্নীনা লমদমচুগী ফজবগী মরমদা মরৈ তৌনরিবৈদা সিষ্টর ব্রিগেট-কা সিষ্টর আমেলিয়া-গা শাউনরকই। চকু-উইয়ানদসু নোংমফাদোক্তী কে-নরকই হায়বচুমগাই, মখোয়গী অনাবচু ওসিদি নিংগাই ফজনা তৌখে। শাউখিবগী মরমনা ঈশিংদগীনি। অনাবনা ঈশিং অশাবনা মখয়াউ লুংগাইনবা ফুহনগে হায়বদা সিষ্টর ব্রিগেট-না লৈতচুদা Geyser দগী ঈশিং পীশিল্লবদগীনি। ঐগীসু ক্লাক্স পীকপনা ঈশিং লোইখিচুনা ফরক অমা তাখবনি! সিষ্টর ব্রিদগেট-না সিষ্টর আমেলিয়া-দা অসুমনা হায়খিবা তাহোই— মরে, ঐনা তৌবা সেবা পামত্রবদি ঐ চংখ্রপেকো হায়রগা কী-কী কামহুনা Nurser রুমদা চংলগা গ্যাস্ থাগত্তুনা ঈশিং লুমলগা পুরক্লে। মচুদত্তা অহল অচু ঈংথখি। মখোয় অনী ঈংখনখিবগা ইন্দিরা লোৰা লাক্লে। ঐনা, ইবুংঙোকিরন— ফোরেন্দি ইন্দিরাগী মখোংদা তৈনবা Medi-Cream না করিনো অমত্তা লৈবীযুকো। অহোংদা চীকই হায়চুনা ইভুম ভুমত্রবনি। ইবেম্মা নংনা হয়েংদগীদি মার্কেটিং চংপা

মতমদা অঙাংশিংগী পুখিনবা পোৎ খরা লৈশিনবা হৌরে। মখোয় কাক্সদগী শেল লৌখো। ঐনা হীপত্রিশুদা লৈগদবস্তু মামা হেক য়াদেদো।

ইন্দিরানা য়ারে হায়বগী মওংদা ওক হাইরহনা ফরে অহংদি ঐখোয় চৎখ্রগে থেংলে হায়রকই। ঐস্তু চংলো-চংলো হায়হনা মখোয়বু থাদোকখ্রে। ঐনা য়েংহনা লৈহৌরে। মখোয়গা লম্বীদা হায়বদি— হোসপিটালগী ছেয়েম্বা-দা থেনয়ম্বদ্রম য়াই, ফাদরহ U.P. চৎলমদাইগী অয়োয়বা প্রেয়ার তৌবীবা লাকই। প্রেয়ার তৌবা লোইরগা মখোয়গী এক্সত্রা-বেদ তুদা ভাইহাক্তং পুংকম ভাইবোইনা পোথাদ্রনা লৈরে। মতম য়োয়ক্লহনা ঐঙোন্দা বিদাই তৌরমলগা চৎখ্রে। অঙকপমি পুন্সি হায়রসিবু অশ্মনা তৌত্রা? ইথা থাজদনা থাংগুথকী মুংশিবা অমনা ঐবু পুল্লরে। করম্বা মথলগী মুংশিবনো হায়না মীয়ামনা হংলবদি খ্বাইদগী য়াংবা চীংথক্তা কাথক্তুনা ঐনা খুমগনি— "স্বর্গগী লাইশিংনা মীওইবদা নত্রগা জীব-পামবশিংদা মুংশিবীবা মমুংশি" (Heavenly Love) অহুনি। অহাংবা মালংনা খোম্থাং য়ৈরকনি। মহু তাজরগা ঐগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইগনি। সিষ্টর ব্রিগেট-তু ওস্সিদি কৈদোয়বনো খঙদে ওস্তাদা অনাবহ পোথা-হল্লমলগা চৎখ্রে। মাগী মহুত্তা সিষ্টর জুনিয়র অমা থারকই। উরেয়োম মচুগী ছারী অমা শেৎলি। ফ্রান্স-তগী লাকপা মাদরনি হায়হনা অহল অনোয়বী অমগা অতোপ্পা নুপী অমগা লাকম্মিরে। ফ্রান্স-কি মাদরগী মিংদি খঙত্রে, সিষ্টর অনীদ্রগী মিংদি মথংশিংদা Catherine অমসুং Paula কৌই। সিষ্টর Paula না ঐগী মিং হংবা মতমদা করিগীনো খঙদে Date of Birth সু য়াউবা হংই অদ্রগা মাগী ডাইরী-দা ইথিল্লি। মখোয় মশেল ভিজিটর ওইনা য়াঙী শানবা লোইরদ্রনা F. Mother না চৎলগে হায়না হৌগৎপমক্তদা সিষ্টর আমেলিয়াগী মথজাইদা চুপ্পীরম্মী। অদ্রগা ঐঙোন্দা য়েংলগা মখোয়গী কট্টর-গী

চৎনবী/হৌনবীনি হায়রগা নোক্লম্মী। ঐনা অদুদি মাদর ঐঙোন্দস্থু অমুক্তা ফ্রান্স-কি কষ্টমগী হৌনবীহু উৎপীরম্মু হায়দুনা য়েৎথংবা খজাই অসি লাম্মোকই। মাদর-হুনা মচাম্মুপীগুম ঐঙোন্দা চুম্মীরে।

মহাক্কী মোন্‌মোন লাউনা ফেৱাং-ফেৱাং শারবা খজাইনা থেং-লকপদা লমদম ভাম্না নৈহোৎরবী ঐগীদমক রাজহোৎরবী পলেমগী খজাইনা থেংবগুম পেনজখি। ওম-তৈনমা ঐনা অমুক পলেম্‌মানবীহুদা চুপচখি। মখোয় লোইনমক চৎলেকো দেবী জ নাবা ফরোকো হায়রমলগা চৎথে।

## ১৪ শুবা পন্দুপ

ইন্দিরাগা কিরনগা চৎখিবা মতমদা অয়ুক্কী পুং ৯ মুক তারম-লগনি। আ— য়েৌবা মতমদদি ৯-৩০ দি শোয়ত্রে। মখোয়না চাক লোইরগা চারগা লাকপা মতমদদি বারহ (১২) শোয়দনা তারগনি। মহৌশানা চাক থা-নবা য়াদে, চাক লাম্বগী অনাবা অমস্থু ইতৎ তত্তনা হৌবনি। খল্লু-খল্লুরগা থোইনা হেন্না লাম্বা হেল্লকই। হৌগৎ-তুনা শঙ্গোম শেমজত্নুনা থকচবা ঙমজিরিবী ঐদি পুক পায়তুনা ঙাইহাক্তুং খাংবা তাবনি। মাদর-খোয়গীস্থু ঙসিদি কনা লাকদবনো খঙত্রি ঙাইহাক্কী মী লৎলি। অস্থুম খল্লিরিঙৈদা মাদর-না কৌরকই - দেবীজি কিরন-না ওজা ওজা হায়রিবত্বু নংগী Husband গী খবক করিনো ? ঐনা মখোয় কাকাগী শিনফম হায়দুনা তাহল্লে। অহ্গা কিরন-না পিশক পীরিঙৈ হায়বদি ক্লাস সিক্স-তমক পায়রিঙৈদগী মখোয় কাকান্না মাগী ওজা ওইরকপনা মিংগৌহ্ হোংদোকপা ঙম-খিদবা পুম্নমক ইশুহেক শুনা হায়রে। I see হায়রগা মাদর-হ্ তুমিন্না লৈখে। ইবান্নিমক তুমিন-তুমিনা ঙাইহাক পোথারি। কোক অসিস্থু হিপমনবদগী শাবনা লোইরে। মখারোমদা ঙাইহাক্তা চেপকে হায়দুনা য়াম্না রানা হোৎনরগা চেপলে। অহীং তুম্বা খরা রাৎপনরা খঙদে চাকচা মাংদুদা ঐহাক ঙাইহাক্তুং উরোন-উরোন তৌক্লরে। মিৎকপ থোক্লক্লবফাউ মায়দি লৈথোক্তে। ঐগী চাক পুরকপগী মখোল অমত্তা তাদে। লৈবাক-হরাই চারগা ঙাইগদবস্থু লৈয়ু হায়-হৌত্রে করমনো! অস্থুম খল্লিরিঙৈদা য়াম্না নক্লা স্বর মপী অমা শাংনা হোনবগী মখোল অমা তারকই। খাওনহ্নুনা য়েংগে হোৎনবদা ফুকপা ঙনত্রে। থোংনাউগী বার পায়দুনা হোৎনবদদি করি তৌরে হায়দুনা অঙৌবা জসী লিংপা পাম্বোম অহ্ তিংথোক্লকই। ঐনা হৈনা! কয়াম কুইরে হায়না ইঙক ঙক্লা পাউহংজে। লাকপা ঙাইহাক ওইরে, য়াম্না মুংঙাইনা তুম্বদুদা হৌদোক্লবনি। সিষ্টর-খোয়গীস্থু সিষ্টর

মেরী-না চাক-ঈশিং অমদি ফ্রুইট, পুরক্লনা চাবা লোইরমলে। ঐ হাইফেৎ কল্লা তুম্বজাৎনি করিমতা খঙহৌদ্রে। মানা— ফরে চাক চাথোক্লো নুংদাং চাবা য়ারয়োই হায়রকই। ঐনা—ঐদি ঙসাইনা তয়ারিনিনা; অনাববু য়াম্না থেংনা চাক পীজবসিবু কনাগী লাইরিক্তা য়াউরিবগে হায়না মঙাংথোক্কী মঙাংথোক হায়করি। হোয় রা য়াম্না ঙাংগমু হয়েংমখৈ ঙম্নবা হোৎনগে, য়াদহ্না তৌরিবনিনে। ইন্দিরাস্ত্র মশা ঙমদে হায়হ্না কুলহৌরে। লেকপদি ঙসিগী পাল্লি ঐহাক্লা তারে। ফরেনে চাকস্তু থেংলে, এক-সন্ধ্যা চারবনিনা হোরেনরাই অথেংবদা শঙ্গোম খরগা উহৈ খরগনা লেল্লগে। নোংনা মরোলঅমা থিংলি থিংলি চুবনে চৎখ্রমু হায়হ্না ঐনা মাগী কাকাবু খামলে। অঙাং-শিংদদি চিঠি থাবীখ্রা? মানা শমলপনা— হোরেন অথেংবদা কিরন-দা ফোন্ খরা তৌখিনবা হায়রম্বনি। ফোন্স্তু তৌখো, চিঠিস্তু থাবীখো। ইচাশিংনা চিঠি থারক্লবা এনভেলপ্ ফাউ হাপ-চরকপনি। মখোয় বাবানা ইবা তম্নগা ঐনা হিপ্না-হিপ্না ইজগে। অরাপ্পদগী চিঠি লাকপা হায়বসি ফনা নুংঙাইনিংঙায়নি। কৈ-কৈ ইয়ু থাবীগেনে হায়রগা ঐগী চীন-খা তৈথোক্লবা তাউরেলহ্ লানশিল্লকই।

মখোয়গী ওপরেসন লোইখ্রা অমুক্তা যেংলুখিগে হায়হ্না মঙাক অমুক চৎখে। সিষ্টর অমেলিয়া অমস্তুং সিষ্টর মেরী অনীনা ঙসিদি ঐগী রান প্লাইগী অঙৌবগা আবীর মচুগা লাংবা অরাংলোমগী ইচেনা শাবা ফিহবু কয়া পীবগে হংলকই। ঐনা কুইরে নৈবা মতমহ্দা ৫০ তমক পীখিবনি হৌজিককাদি হেল্লম্বা য়ারে হায়খি। অহ্দগী কৈজুপতা য়াউরিবা হাউফিল্লবু অমুক হংলকই। ঐনা ৭০০/৮০০ পী হায়না খুমই। তশেংবস্তু মহ্ উপ্রুলগী পোৎনি। য়াম্নস্তু ফজ্রে। কিরনদা মাগী মরূপ অমনা প্রজেক্ট তৌরকপনি। হংবা য়াই মণিপুরগী হেন্দলুম্-গী পোথোক ভারত্তা মমিং লৈবনি। হেন্দলুম্ গী পোত্তা নত্তে, মণিপুরদি জগোয়দা, ঈশৈদা, মুক্লাদা কাংজেদা অয়াম্বা হীরমদা

শিংথানবা য়াম্বিবনি। অহুবুদি করিস্থ নত্তেদা ; মমা অমত্তনা পোকচবা মচা কাউবা লোইনা মায়দে। খেন্নবা অমমমদি শৈরেন্নি। খুৎতস্থ খুবী খুনাউ নাইরি। মণিপুরস্থ অহুশুমলবী চায়াম পোকপী ভারত ইমাহুগী মচানি।

মিনিট তরামঙামুক লৈরগা মখোয়গী কাকাহু দিদিখোয়গী ওপ-রেসন-দি লোইরে অহুবু "ঈ" কাপহৌরি, য়াম্না সিরিয়স ওইবা অনাবমি হায়হুনা ঙাংনা-ঙাংনা চংলকই। দিদিগী করি কম্নি মত্তেং পাংবীরয়ে ? কম্নিবুদি তৌনিংঙাই লৈ। মাগী অরাবদা ঙাইহাক শরুক য়ামিন্নরম্বা হায়বসিমঙায়। অচুম্বনি, মীগী মত্তেং পাংবা হায়বসিনা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরূওইবা মুংগী রানি। ধর্ম্ম মখল য়ামলবস্থ ধর্ম্মহুগী মপুদি অম-খক্তনি। মুংশিবা হায়বসিস্থ অহুমঙায়— ঐখোয়না মুংশিববু হাপ-লুন্নিবা পাত্রহুনা মরম ওইহুনা মখল মখলগী মুংশিবা মওং থেংনরম্বদি য়াই অহুবু মুংশিবদি মাংখিরোই লেংদনা অহুমক লৈয়গনি। কারণ, মার্ক্স-না হৌদোরুম্বা চংনবীবু মার্ক্সিজম হায়বা মহাত্মা গান্ধী-না হৌদোরুম্বা চংনবীবুনা গান্ধীজম হায়জবতনি, য়ুমফমদি করিস্থ খেন্নবা লৈত্তবনি। ইথস্তা মওল মওল খল্লকইবা রাখলগী রাই ইথস্তা তাজবা। ঈহৌরকপা সমুদ্রগী জোয়ার কাবগা পাংখক্লি।

সিষ্টর মেরীনা হায়রকই— মিষ্টর শরত ঙসিদি য়াম্না কুইনা লৈরেনা, লেকদৌরিব্রা ?

— হোয় সিষ্টর ইন্দিরাহু মশা ঙমহৌত্রে।

— লেডিজ-গী রুমদা মুপা লেকপদি বেন্না তাগনি ঙসি ঙন্নাংসি চোক য়াম্না কল্লি। ঙসিদি দেবীজি ঐহাক অহুমক শেন্নরগে নং চিংনব্রা ?

— অহুনা খাইদগী হেন্না কৈ সিষ্টর ঐহাক য়ারে। অহুকাউবদা মাগী কাকাহু ফমহুনা লৈরে। ঐবু পাক হেক-ছন্দোকুম্না চংপস্থ ঙমদা, ছাটিনস্থ য়াউদা য়াম্না খনফম খঙদবা অমা ওইম্না থোক্লে।

শিংলবী 'সিষ্টর মেরীনা মিষ্টর শরত অদোম য়াম্না নুংঙাইত্রব্রনে হায়রুনা মাগী মপুক থৌহ্না হংলকই। কাকানা ঘড়ী হাইফেং য়েংলগা নুংঙাইতবগী নত্তে 'সিষ্টর এহাক্না মতম য়ারি হায়হ্না তৌবনিদা হায়রগা — ঐ চংলগে মখোয়না ঐবু শেরাম্নমা লৌখ্রগনি হায়হ্না হৌগংলক্রে। ঐস্মু করে চংলো হায়রগা নুংঙাইতর্না নৈলহৌরে। হয়েংদি চাক ঙম্না থিল্লকউকো হায়হ্না অমুকস্মু লাউক্লরি। মহাক তাদ্রে হায়বা খঙলমাদ্রে লমথাংদা সিষ্টর অমেলিয়ানা থোংনাউদা থত্তুনা দেবীজিনা কৌরি হায়না অমুক খামলে। চংলক্লুনা করিনো হংলৈ। ঐনা— চাক মরীদা নাবদি নত্তবনিনা চাক ঙম্না থিনবীরক্লবা হায়বনিদা হায়রগা ঈকায়হ্না নোকফেং তৌখি। মানা অহ্নগী ওইরে পুং তরেং নিপান্দা চাক পুরক্কনি হায়রমলগা নুমিৎ অহ্নগীদি কায়নরে।

থাশিরমদাই অহীংগা ওইবনে, নোংনগা থিৎলি-থিৎলি চুবনে নুমিৎ অহ্ন নিমহানস-তা মী কয়া কুংনা লাকথোক-লাকশিন তৌদে। মহাকপু করম্না মথন্তা হোটেল রিভোলী তান্না মথন্তা চংখিগদৌরিবনো খল্লদুনা ঐগী মিংসিনা থোংনাউগী পার্দা ফাউদোক্লুনা য়েংলুরি অমস্মুং থিল্লুরি। মিৎয়েংনা শামদ্রিমখৈ রাখলস্মু য়াউনা মাগী তুং ওইরপনা চংলুরি। অহ্নবু মহাক্তি ঐবু হম্না অমুক য়েংলম্বা তৌদনা খোঙথাং কল্লপ থাংহ্না লমথুংফম য়োগে হায়বা মতাগুম চংখে।

সিষ্টর মেরীনা ঐঙোন্দা ঙনশিন্দুনা অমুক লক্লরকই — দেবীজি নহাক থরায় নুংঙাইত্রে, নত্রা? করিস্মু নুংঙাইতনিংঙাই নৈতেদা সিষ্টর সিষ্টরখোয়না তৌবীবমা হেল্লি করিনবু লমন শিংগদবনো খঙদেদা।

সিষ্টর অমেলিয়া-না— করিগী লমন শিংউনি হায়বগে মসিদি হিংমিন্নবগী রাফমনি। হৌজিকপু টোইলেট্ কৰা অমত্তা চংলরোইদ্রা? তুম্নবা তৌরসি হায়হ্না সিষ্টর মেরীনা ঐগী ইতেং পাংলরে!

ঐস্মু মঙোন্দা গুরহ্না তপনা-তপনা হৌগংলে। কমুং তান্না চোকশিন্না ঐবু অমুক পুশিনবীরে। ঐবু হিপথহল্লগা কাংখলনচিংবা খাবিরে। অহুগা মাস্মু ফীরুপ খুমজিল্লুনা তুমখে। মুমিত্তু দি ঐস্মু কজনা তুমলে, য়াহৌরকপদা পুং তরুক তারমলে। সিষ্টর মেরী-না ঐবু তুমজরসমু খল্লুনা হৌদোকপিত্রবজাংনি। মাদি অমুকী খবক পুম্নমক লোইরমলে।

## ১৫ শুবা পন্দুপ

ইন্দিরা য়াওরক্তে, কিরন-না পুং ৭-৩০/৮ তানিং-তামাং অহু-রায়দা চাক পুরক্লে। লোয়ননা মুংঙাইরবা পাউস্ম য়াউরকই। হায়রকই— ইনেম্মা, ঙরাং মুংদাং ইস্কালদা কোন তৌখিবনি।

— পায়রকপ্রা ?

— পায়রকই।

— করি করিদি হায়খ্রে ?

— কয়ি হায়রুমি! অনাবা ফয়ে হায়বসিঙায়দনা।

— কনানা পায়রকই ?

— য়ুমদনা ইনাউমিশানা পায়রকই অহুগা কৈশামপাক্তবা তামো মোমোম্না পায়রকই।

তামো মোমোন পল্লকপদগী মুংশিরবা রারী অমা খংনিং নিংশিংলুই, মথাথংবগী ইচেম্মগী মতুং কোইন্ ইমরিঙৈ য়াম্না পীক্লিঙৈগী মতমহুদগী তামোনা ঐবু খঙবীরকখিবা অহুগা হৌজিক্না মাগী মরুপকি ইমুং-মনুং ওইনা লৈরম্মহুদা তামোনা ঙকখিবা। অহুগা ঐঙোন্দনা করাম লুনা তৌবীরিবা। ইচাশিংনা কৌবগী মতৌ তমদুনা ঐনস্ু তামো কৌগদবদা কাকা, কাকা কৌখিবা। মশাদি সরকারগী (বেঙ্ক) কি থবক্না কনখিবনা মচানিপা থারক্লুনা ঐখোয়বু এয়ারপোর্ট ফাউবা থিন্দোকহল্লকপা পুম্নমক মথং-মথং নিংশিংলকই। ফজবগী পূজারি ওইরবা মখোয়গী মফমদা ঐগী চৎপদা ফীভম কায়রবা থাংবা য়াদ্রবা খোঙ অশি পুহ্নুনা করম্না শক উংলুগনি। রাখলগী সমুদ্রদা কুমহুনা ইরাক্লরি ইথস্তা। অস্নুম কুমথখিহুনা খংলু থেংনরগে তৌরকপদা কিরন-না হায়রকই— কাকানা ইনেম্মখোয়গী য়ুমদস্ু ফোন তৌরুই হায়।

— ঐখোয়গী য়ুমদদি কনানা পায়রকই হায়বগে ?

— ইবেম্মা অহন্দুবা।

— নহাক ঐনা লাইদা হৈ মনম মাইবত্নগা চিংশিগা কংলু হায়-বীয়ু হায়খিবগিনে।

— অং, অদুস্থু কংলে হায়। কাকানা কপ্পা হৌরুবদগী মাস্থু কপতুনা রা ঙাংবা ইঙম ঙমনদতুনা কোন অদুম থমলে হায়নে।

— ফরে ফরে মখোয় কাকাসে করিন্নু নত্তবদস্থু মপী যাম্না নৌবনি অদুগা করিগুম্বদনা থম্মোয় মুংগুম কনবা মতম্মকাস্থু য়াও-রকপনি। অদুবুদি স্থুম তিন্নরগা খঙলকনি।

তশেংবস্থু মীওইবা ঐখোয়সে শক মায়দবগুম য়াখলস্থু ইমান মায়দে। মমা অমত্তনা পোকচবা মচা ফাইবোক ফাউবা অমদা নত্রগা অমদা খেন্নবা অদুমক মরৈরি। কনা অমনা মখুং-মশাদা মায়রবস্থু, কুচ্চু-কুনেম্দা, শমত্রুদা, মিংযেং-নাযেংদা হেক্তা খেন্নরমগনি। ঈশ্বরসি লৈতে হাযবা য়াদে, হৈত্তে-লাক্তে হায়বস্থু য়াদেকো। ভারতকিদা নত্তে পৃথীবীগী য়ামলবা মীযামগিস্থু অমত্তা হেক মায়নে। মহাউদস্থু অদুমঙায় কনা অমনা অচম্বা চানিংই, কনা অমনা অযাকপা চানিংই অদুগা অমুকস্থু কনা অমনা অথুম্বা। ময়াম্না পায়ত্রবা অখাবদু কনাগুম্বা অমগী মফমদদি য়াম্না হাউরবা অচাপোং অমা ওইরি। অদুমনদি ওইরগা করিগুম্বকাম্দা চপ মায়মা পাম্বা মতমস্থু ইয়াও য়াওরক্তবদি নত্তে। অস্থুন্না অপাম্বগী মত তিন্নরবকাম্দা মরূপ মপাং হায়বদু ওইরক্লিবনি। কিরন-ইন্দিরা, মাগী কাকা অমদি ঐ, শক-চুগী খেন্নবা লৈরবস্থু অপাম্বা মায়রকপনা মরক-মরক্তা কোইনদবা য়াঙাংস্থু য়াউরকই। কিরন-না হৌদোরকই—

— ইজেম্মদি নায়গনা হেন্না ফজেনা।

— অওইত্রমে নংনা গ্লাংলিহুবো?

— তশেংবা, যাম্না পকচখ্রেবো।

— অদু ওইরবস্থু ঐ মাজরোইকো; য়াম্না য়াখেবো। হিপলি-মথৈ নাদবগুম্মী। হেক হৌগৎতুনা চৎপগা পুন্না অনাবা ওল্লি।

মখোয়স্থ নাগগুদো ঐহাকস্থ নাজরোইদো ইন্দিরাবু কয়ম তৌহৌবগে ? খরা কহৌরত্রা ? মাস্থ মচা পিশক্তু নিংশিংলক্লমগনি। খরদি ফহৌরবনি। মুংদাং লেকপা লাক্লনি। অসি হায়রহনা কিরন-না ঐগী মুংনাংবা খর মখেদি কোকহল্লে। অমুকস্থ মানা ঐবু চাক চাথোক্লবা তৌরসি হায়রকই। —হোয় চারসি, ঙসিগী Exercise কা অমত্তা তৌত্রি, হায়না ঐনা মখা অমুক তাক্লই। অহুদি হৌগৎতুনা অমুক্তং চৎসিদনা হায়রগা ঐবু লোইরোয়-লোইরোয় ইনখৎপীরে। মনিং পাংনা হম্বনা চৎতুনা রুম নম্বর ১১দগী ১২,১২ দগী ১৩, ১৪, Nurses রুম লাম্থোক্তুনা রাইটিং হোল য়ৌরে। রাইটিং হোল-দা কলর T.V. অচৌবা অমা খিল্লম্মী। মপা চপচানা থারিন্না চৌক্রী অমদা ঐবু ঙাইহাক্তং ফম্মু হায়রহনা য়াম্না শেম-শারগা ফমহল্লে। মিনিট অহুমবু ফানা ফম্বা ঙমদে। ঐনা মরেং-মরেং চৎপহদা কিরন-না চংলসিরা হংলকই। উম, পুসিনবীরো ইবুংঙো হায়রহনা ঐখোয়গী কা-য়োমদা লাক্লে। মতম অহুনা তুংলোমদগী— হাই, দেবীজি, গুড মোরনিং হায়রহনা কৌরকই। য়াম্না কল্লমলেনা হায়না অমুকস্থ মখা তারকই। ঐনা নোক্লহুনা— অং য়াম্না কল্লে হায়রহনা খুমই। খিং-খিং চৎনিং-মন্দুনা অস্নুমা খুমলুবনি। সিষ্টরহু অতৈ কনাস্থু নত্তে তামিল মুপীনি। নোংমা সিষ্টর ব্রিগেট-না ঐবু বাথ-রুম দা পুশিনবীবদগী থোক্লকপদা মতেং পাংবীরম্বীহুনি। য়াম্না Smart ওই, ইউনিফোর্ম অঙৌবহগা খুউ য়ৌনা শাংলবা খোঙমোজা অমদি খোংউপ অঙৌবা, মকোক্তনা চনাং কিগুন্না লিংলবা Hanky কয়াদা প ক্লিবা ! মানা শেবা তৌরুবা অনাবা খুদিংমক থুনা ফগনি খল্লি ঐগী পুক্লিংনা।

ঐখোয়গী কা য়োয়রহুনা চংলক্লে ফমুংদা ঐবু অমুক ফমহল্লে। ইনেম্মা হিপথত্রিঙৈদা চাক চাথোকহৌয়োদো।

— হোয়, হোয় অহুম তৌহৌবনা ফরেনে।

সিষ্টর মেরী-না কদায় য়ৌক্লরে হংলকই।

কিরন-না খুমই— সিষ্টর, Nurses Room অমদি রাইটিং হোল য়োক্লরে। — ভেরী গুড অহুদি চাক চাথোক্লো।

সিষ্টর অমেলিয়ানা ঐগীনি হায়হুনা স্থপ, গিলাস অমা লাল্লকই। ঐখোয়গীদি থোইনা হাউবা পুরক্লে, অহুনা হোরেল ইন্দিরা লাক্লগা ঙা-থোংবা লানহল্লসি হায়হুনা ইচানিপাগা ঐগা তানরে। মখোয়গী স্থপ-তু য়াম্না ওইনমনা হাউই। ঐনা করি স্থপ-নো হংবদা গাজর, থবী, কোবী, অরাথবী পুম্না ফুংপা হায়বদি— ভেজিটেবল স্থপ-নি। ঐখোয়গী মৈতৈগী চমফুৎতুগা থরা খেন্নে। মখোয়গীনা ফুংলিবশিং অহু মুল্লগা ওংখায়হুনা তোইহল্লি চিনি থাক্লে শঙ্গোম ওইনা থাকই। অহানবদা হৈনদহুনা থক্লোইদবগী হোংনৈ। সিষ্টর অমেলিয়া-না চৈরকই, নশাহু থুনা হঙ্গৎনবনিনে থকচিল্লু হায়হুনা অশাংবা গিলাস অমা পীক থন্না পীথক্লে।

ঐনা কিরনদা ইবুংঙো হয়েংদি তাং ১১ হায়বহুনি। ডাক্তরনা Discharge তৌরো হায়রমলে হায়বদায় মখোয়গী কাকা নবান্নিগী চে-চাং তানথোকপদি শুরব্রা? শুরে হায়হুন্না ইশম শম্না খুমলকই। ফরে, অহুদি হয়েং হেক্তা কুমলসি। কিরন-না হংই— সিষ্টর! সিষ্টরখোয়গীদি কৈদৌঙৈ Discharge তৌগনি? তাং ১২ দা চংলো হায়রে। ওঃ কেঃ সিষ্টর! ফরে অহুদি হয়েং নোংমা – ১৪, নবেম্বর সনডে, দিৱালী-গী নোং হেক ঙানবহুদা পুং ১১-৩০ দা ঐখোয় কোয়রক্লে হায়হুনা মখোয়গী এড্রেস-তু লৌরক্লে। মখোয়নসু হরাঙনা ঐখোয়বু লাক্লনবা হায়রে। অহুদগী কিরনহু হোটেলদা অমুক হন্ননবা শেম-শাখ্রে। অসোমদা সিষ্টর মেরীস্থ চংননবা থৌরাং তৌখ্রে। সিষ্টর অমেলিয়াদি Beeds পুথোক্লুনা নাম শোনবা হোৌখ্রে। এনা কমদৌবা। কায়নরমদাই নকশিল্লক্লবদা অরা রাখলগী পুঙমন্ত্রবা চৈথেং অহুগা উন্নক্লগদবশিং অহুগীনা স্থুংঙাইরবা ঈপাক্তা শাগৎলকপা "রাগ"। অরাবা অমদি স্থুংঙাইবা, কায়নবা অমদি থুংনবা, শিবা অমদি হিংবা অনী তুনা চৎপা তাইবংগী লোইনাইরক্না চক্লদা লৈদ্রনা ঙাইহাক্তং লৈখিবা তাবনি। ❋

## ১৬ শুবা পন্দুপ

নিংশিংবীরম্বা য়াই, ওক্টোবর তাং ২৭ মেরাগীনা তরানিথোইনি পানবা, চুরাদসী নুমিৎ। নুমিৎ অহুম্ব কায়নরমদাই পুংফমদা অরা শকলোন পুহনা লেপখিবীশিং অমুগা উনরুগাদবশিং অহুগীনা মুংঙাইরবা ঈপাকথক্তা হোল্লিবা ছিনাউ! লাক্লবদি হনগনি, পোক্লবদি শিগনি, শিরগনা পোক্কনি; লেংফম্রবা জগৎকি লৈশেম্বদা য়াউখ্রবনি। অম্মা ওক্টোবরগী তাং ২৭ তা ইম্ফাল থাদোক্লম্বা; নিতিগী খুৎ থেক্তুনা পাবমা ঐগী ইখৌ ওইরক্লি।

নোংমদগী নীনী, নীনীদগী ছুমনি! হয়েং তাং ১১ নভেম্বর অসিদি থা মথায় অমা চপচানা ফাগদবা নুমিৎ অহু ওইরে। ইখঙ খঙহৌদনা ডাক্তর রহমন লাক্তুনা ঐবু হৌগৎলগা থোং ফাউবা চৎলু য়েংগে হায়দুনা চংহল্লে। লোইবগা ঐবু হয়েং হোটেলদা কুমথিবা য়ারনি হায়না বিদাই পীরক্লে। ঐনা হংই ডাক্তর ইম্ফালদা করি পাউ হায়রম্মুগে? ডাঃ-না হায়রবম্ব য়ারে, ইনাউনিপা অমা নহান্দা থোকখি হায়রমলগা থোকখ্রে। সিষ্টর ব্রিগেট-তু ঙাইহাক থবক চিন্দুনা সিষ্টর রানীবু হায়া থারক্তুনা সিষ্টর অমেলিয়াগী শেবা তৌরি। মানা ঐগী চাননবনি হায়দুনা সিষ্টর রানীদা ছানা পীরকই। অমনা ইন্দিরাগী, অমনা কিরনগীনি হায়হনা অনী অমম্ব উপুদা থাক্তুনা থম্মী।

মতমচানা ইন্দিরাগা কিরনগা থুংলরে। রানীনা ইন্দিরাদা ছানাহু চাউ হায়হনা পী। ঐনম্ব য়াম্না হাউবনি ইবেম্মা থম্মোয়কা ঈং-ঈং লাউবনি চাউ হায়রে। ঐখোয়গী মৈতৈনা শাবা ছানাহুগুম্বদি নত্তে, মখোয়গীদি য়াম্না চমতক-রাইতক তৌনা হাউবা মথল অমনি। ঐনা সিষ্টর রানীদা কদায় কিরনগী শরুক্তী মা লাক্লে পীজরোদনা

হায়না তাকই। রানীনা মাগী অঙাং ওইবগী নেচর-দা নোকলহনা হায়রকই— হৈমা! ঐদি "কিরন" হায়বসি মুপী ওইরবোই নিংলুরে হায়রগা নৈশাবী ওইবগী হৌনশা অমুক খাম্বা ঙমদবমখৈ নোক্লু না নৈরে।

কিরনসু নোক্লদ্না ঐগী মিং অশেংবদি "কিরনকুমার" হায়বনি মরাম্না সোর্ট্-কট-তা কিরন, কিরন কৌবীবগী রাদনি হায়রগা মাগী শরুক লৌদ্না চারে। ইন্দিরানা চুজাক অফুৎপা নৈরকই হায়দ্না সিষ্টর অমেলিয়াগীদমক মরূ খিরুগা প্লেট অমদা হাপতুনা লানশিল্লি। সিষ্টর অমেলিয়াহু হৈ নত্তবহুদা তৌরমাল্লে চুজাক্তু লোইনা ঙম-শিনখ্রে। ঐখোয় এপল ২/৩ অমসু খোল্লগা চারে। রানীনা সুইট্ লেমোন্-নি হায়দ্না অমুক খোক্লে। ঐনা কদায়দগীনো, নৈরকপ্রা হৎই। ইংখোলদগী হেক্রকপনি হায়রকই। ঐখোয়গী মৈতৈগী চম্প্রাগদি শাখিনা খেন্নখ্রে। চম্প্রা মশক খীরবসু মগুণ নৈবা হৈনি হায়ন-রিবনিদনা অহুবুদি। মখোয়গী চম্প্রাহু তশেংনমক থুমই, অনাবনা চাবা য়াই। উহৈনি হায়বগী মঙোন্দা অশিনবগী শরুক মচেৎ অমত্তা য়াউদে। কমলা হায়সি হায়ঙমদে, চম্প্রা কৌসি কৌঙমদে। অসুম্না হয়েং কায়নরগনি হায়বগী মতাগুম্না ঐখোয় কা অহুদা লাইট-রিফ্রেস-মেন্ট লৌখি। মরক অসিদা ঐনা খঙনিং নিংশিংলকই— ইবুংঙো হয়েংদি কেমেরাহু খরা পুরকউকো।

করিনো, কনা কাপসিগে? সিষ্টরখোখগা পুম্না ফোটো খরা কাপ্পা ফত্রা? অহোয় পুরক্কে অহুবু মীনা ঈরাং তৌই খল্লোইত্রা? — করিগী খল্লুনি হায়বগে; মেমোরীনিদনা। ঐখোয়দি লায়রদনা প্রাইম মিনিষ্টর শিবফাউবা ফোটো লৌরিসিদি! কিরন-না রাইট্ রাইট্ এ গুড আইদিয়া হায়রহনা কোনফিডেন্স অমা থমলে।

ফোটোগী রারী শানবা লোইবদমক মঙায়রি সিষ্টর মেরী-গা সিষ্টর ব্রিগেট-কা পুম্না থুংলরে। ঐগা ইন্দিরাগনা ঐখোয় হয়েং

Discharge তৌরগনি সিষ্টর হায়হুনা তমলে। অতৈ য়ারী খরস্থ য়ানীগা সিষ্টর অমেলিয়া-গনা তমলে। সিষ্টরশিং লাকপা তানবু য়াম্না চারবনি। মতুংদদি অমুক উন্নদবস্থ য়ারিবনি। ঐগীদি প্রজেক্টেসন অমত্তস্থ পীরমনিঙায় লৈতে। নখোয়দগী পীরক্কদবা মঙায়রে। হয়েং মণিপুরদা থোকখ্রগা মণিপুরগী ইয়োংদা শাবা কাঞ্চি হংপা বেড-কোভর ফজবা অমদি পার্সেল তৌখ্রগে হায়না পুক্লিংদা লেপ্লে। হৈ-শিংলবী সিষ্টর অমেলিয়ানা হায়হুনা সিষ্টর মেরীনা ঐখোয়না এক্সট্রা বেড-তা পরেং শানা ফমহল্লে। অহুগা করি তৌরকপগে হায়ববু মাগী বেগ-তগী কেমেরা মচা অমা পুথোক্লক্লুনা ফোটো অনীরক কাপখ্রে। সিষ্টর মেরী-না গ্রাফর ঙইরবনিনা মাদি য়াউদ্রে। মুংঙাইত্রহুনা কিরন-না সিষ্টর মেরীবু ঐখোয় ময়ামগা লোয়ননা অমুক ফমহল্লে; অদুগা অমুকস্থ ফোটো কাপলে। লাংলিঙৈদা মুমিৎ অমুক তাশিল্লক্লে। ইন্দিরা'দা ঐনা— ইবেম্মা গোকুল ধূপ অমা থাদোক্পসি হায়হুনা থারে অদুগা ভাপনা লামহুনা শ্রীবৃন্দারানীবু খুরুমজে।

অসোমদা সিষ্টর অমেলিয়াগা সিষ্টর মেরীগা Psalm শকপা হৌখ্রে। ঐস্থ ঙসিদি শেম্বীবা মপুগী গুণ অমুক্তং ঐখোয়গী ইরোল্দা শকলমগে নিংখ্রে—।

ঐনা সিষ্টর ব্রিগেট-তগী মখোয়গী Psalm গী লাইরিক্কু অমুক্তা য়েংগে হায়হুনা লৌই। অমুকস্থ ঐনা সিষ্টর ঐহাক পারক্কে হৈত্রা য়েংউ হায়হুনা পাহুনা শান্নে। ইশাগী লোন্দা অমুক অর্থ হন্দোক্কনা য়েংই। ইন্দিরাদা—ইবেম্মা নং অমুক্তা চেজেং অমদা খোংচিলহৌ ঐ অর্থ হনগে হায়হুনা ইহল্লে। অস্মমনা ইরে—

হে তাইবং শেম্বা মপুও!

তংলক্লুবা প্রেম পুজাসে নহাক্কী
কায়রক্লিনে কিজবনা ওইখিদ্রা খাঙঙু থক্কী,
কংচবা নত্তনা পেনজবা লৈত্রবা,
কংল কংলগা কংনিংবনা হেল্লিবা!

সিষ্টর অমেলিয়াগা সিষ্টর মেরীগহ্ মখোয়গী Psalm পাবা তোক্লুবা ঐনা শৈরেং পাবা তʼহুনা লৈরম্মী। অহুগা রাহ! রাহ! হায়না খুবাক খুয়কই। অম্ব্রা হয়েংদি কায়নরগনি খনবদগী পুকমেন পাষ্টমেমবা হোৗয়ল্লে ময়ক অসিদা Manglore গী দিদিস্থ ঐখোয়গী কাদা চংলকই। হায়া উখিবা শকফমদগী ফনা য়াম্না হোংলমলে। কুচ্চ্রহ তাইফেং তাইরহুনা, ময়াংদি ইকং কংলহুন্না পোৎ ময়োম অমস্থ পায়য়কই। ঐনা দিদি চংলকউ করি তৌরে? নশাহ্ য়াম্না শোক্লেনা তুমত্রত্রা। ঐস্থ হয়েংদি হোটেলদা কুমলম্বি, ঙসিদি শিদা তুম-লোদনগ। ইন্দিরাগা ঐহাক্না অমা তুমলে। সিষ্টর অমেলিয়াদি শোয়-চাউবনিমা মথক্তা তুম্মী। সিষ্টর মেরী-না মখোয়গী এক্সত্রা বেড-তা, অহুগা সিষ্টর ব্রিগেট-না Nurses ক্লমদা। এক্সত্রা-বেড অমা লেম্বহুদনা দিদিবু তুমহল্লে। অহৌং তথায় চল্লকপদা খোংদা কাক-কাক খৌল্লকই। হাংদোক্লুনা য়েংবদা পুলিস অমা চংলকই। মী মশীং হেল্লে হায়হুনা দিদিবু অমুক তাম্বোকপিখ্রে। ঐখোয়না পুলিসতা য়াম্না হায়জরে। অহুদস্থ য়াত্রে। দিদিহ্ মকোক হোংল-হোংলহুনা মপুয়োইবগী মনাক্তা চংখ্রে।

ঙসিদি, নীনিগী য়ুমদা কুমলগনি, খরা লৈরগনা মুংশিরবী পোইরৈগী লায়র খাংপোকশংদা হল্লগনি। ইচা-ইশুনা ঐবু ওক্লমগনি। মরূপ মপাংশিংনা ঐবু ঙাইরমগনি হায়বগী রাখলদা ইশা অসি ইতাও তাওই। ঐত নত্তে ইন্দিরাস্থনি। হোসপিটালদা হঙ্গং-হন্দা চংপগী অরাবা অহুমখৈদি খরা হল্লরগনি। কয়িগুম্বদস্থ শোল্লকখিবনি— "ঐগী বেনাওহুবু কমদৌরমগবা!" অলবর্ট কি পরিক্ষাস্থ মতম খজিক্তুংদা ঙায়রমলগনিদো অসিনচিংবা। অশেংবনি, হিজম অঙাংহলনা শৈথা-রম্বহু মহাক্কী শৈরেংশিংদা "ইপাম লমদমগী মুংশিবদি লাপথোক লাপথোক্লগা খোইনা চেৎনা পুনবনি।" ঐনা ইখঙ খঙহৌদনা হৌ-দোকই— ইবেম্মা! Lucy দা চিঠি থাগনি হায়বহুদি থাখ্রত্রা।

— থাখ্রে।

— করি কৱিদি হায়খি ?

— বোবোক্কী নাবা ফয়গনি, ঐগীস্থ থোইনা লুবা ওইরমদ্রে। ইমানা থোক্রকপদা নংগী নফি-নৱোল লৈরকনি। লাইরিক কন্না ঔরাইরম্মু। হয়েং নংনা চাউরগা ডাক্তরী ওইবা ঙম্নবা কন্না হোংনৌ। ইমানা নংবু ডাক্তরী ওইহন্নিংই। অস্থন্না হেক্তা ইখ্রবন্নি ইন্দোইমা। ফরে, ফরে ঐস্থ ইশুনা ডাক্তরককা ওইবহ্ অমুক্তা উথিগে।

ঐনা অমুকস্থ ইবেম্মা ঙসিদি কোক-লু তুমথোক্লগা ইরুজনিংই, নং খন্না অমুক্তা কোনবীয়ু। হোয়, লুথোকসি হায়হ্না ঐবু বাথরুম তান্না পুসিনবীরে। বেসীনদা পোৎ অমা ঙাবগুম ঐবু ঙাহল-লমলগা মানা Geyser দগী ঈশিং অশাবা লৌহ্না চোয়-চাং তৌরে। অহ্নগা ঐবু শেংনা ইরুজবীরে। ইরুজবমুক মুংঙাইবা লৈতে হায়ন-ন্নিবনি। ঐহাক ইরুরবহ্দদি হকচাং য়াম্না মুংঙাইরে। ঐনা মাদ্রাজ-গী বন ষ্টেন্দ গী মেনেজরদগী পুরকপা কুমকুমহ্ চেজেং অমনা য়োম্লগা বেগ-কি কাখল মচা অমদা হাপখিবনি। নিংশিংলক্তুনা কোৱথি থিরে। চন্দোমচৈগা পুন্না য়াউরম্মী, ইন্দিরানা মখুত্তা তরুগা শিন্নি মচা অমত্তংগা চিংথবীরে। অহ্নগা ইবান্নীবু লৌবা লাকপা ঙাইহ্না লৈরে।

## ১৭ শুবা পন্দুপ

কিরনগা মপামচা য়োরক্লে। হেক য়োরকপগা ঐনা হংই—'কেমেরা পুরকপ্রা? পুরক্লে ইনেম্মা। ঐমা— ঙরাং দিদিহু ঐখোয়গী রুমদা লেক্কনি হায়রহুনা তৌরমলগা পুলিসনা অমুক তাম্থোকপীহুনা চৎখে হায়না নুংঙাইতনা তম্মী। মখোয় অনীমক চপ মান্ননা করিগীনো অহুদি! নুংঙাইতেদা হায়না শোল্লি।

এটেন্দেন্ট কারকপা হৌনরে, মথংদা নর্স লাক্লরে। ডাক্তরশিংস্থু য়োনরক্লে। মখোয় কাকা মবান্নীনা হোটেল য়োরগা খোংলসি হায়রহুনা চাক পুরক্রুবনি। নবাম্নি ব্রেক-ফাষ্ট লৌরগা লেপ্লো, ঐখোয় Discharge লেটর তান্নরুগে হায়রমলগা খোকখে।

সোমদা সিষ্টর অমেলিয়া শেন্নবগীদমক সিষ্টর অঙ্গেলিযাস্থু অঙনবা অয়ুক্তুদা য়োরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা দিসচার্জ লেটর (নম্বা) টাইপীং লোইহৌদ্রি হায়রহুনা অমুক লাক্লে। ইন্দিরাহু ঙরাংদগী কা চানিংবনা ঙাওরবঙ্গাৎনি, কাকা কা য়াউরকপ্রা হংই। য়াউরক্কে। অহুদি কাকা ইবাম্নি হান্না চৎলম্মসি, চাক ঈশিং তযারি তৌক্লনবা। হোয় মহু খন্নবা য়াই হায়রগা চৎননবা শেম শাখে। কিরন-না কাকাখোয় চত্রিঙৈদা ফোটো হায়বহু কাপখৌরসিদনা। হোয়নে কাউবু কাউইনা হায়দুনা ঐখোয পুম্নমক শেম শাদুনা ঐগী ফমুংদা ফমলে। কিরন অমদি মাগী কাকানা ঐবু নাকয়েঙ্গা চপ্পী মথংদা ফ্রান্সকী মাদরস্থু লাক্তুনা ফমহল্লে অহুদগী সিষ্টর অমেলিয়া, সিষ্টর অঙ্গেলিয়া, মেরী, ইন্দিরা অমদি সিষ্টর রানী মথং-মথং ফমলে। সিষ্টর ব্রিগেট-না নুমিৎতুগী গ্রাযরনি। কিরন-না অমুক মাগী ফমফমদা সিষ্টর ব্রিগেটপু ফমহল্লগা ফোটো গ্রাফর অমুক ওইরে। ব্রিগেট-কা ইন্দিরাগা লেং কোম্নহুনা থোকখ্রগা অয়ুকী তবুম তবুমনা শারকপা নুংশা মঙাল থিহুনা ভেরেন্দা-দা ফোটো অমুক কাপহল্লে।

অদুগা মতম ঙাইনরিবিউদা অহানবা চংলকপা হুমিংতা রাইহ কায়ল চৎনিবী সিষ্টরদুগা (নর্স) অতোপ্পা সিষ্টর অমগা অরোয়বা ওইনা B.P. Check তৌবা চংলকই। ঐনা হিপথরে। মখোয়না মখোয়গী খুৎলাইশিং পুখোক্লুনা চোক তৌরিঙৈদা কিরন-না ফোটো অমগা অমুক কাপলে। ফোটো কাপ্পা লোইরগা ইক্রিয়া মপা-মচাবু অসিরাইকাউবা খিন্দোকপীরকে। মখোয় চৎখ্রে হায়নবা কিরনহু চংলকলুনা এক্সট্রা বেড-ভুদা ঙাইহাক পোখাহুনা লৈরে। মুমক ঙাইবনা পুং তরামখায় তরামাখোই তাশিল্লকে। মতমদুদা নহানগী এটেন্দেন্ট শকথীবদুগা পোয়নবা এটেন্দেন্ট অনী অমসু চংলকলুনা ঐখোয়দগী পৈশা নিররে।

কিরন-না করিগী পৈশানোনে হায়দুনা পীরোয়দবগী কম্মা কম্মা হোৎনৈ, অদুবু ঐনা পীবীংথ, মণিপুরগী মীদি খৌজাল হৈবনি হায়না মখোয়না তারমগনি। কিরন-না ফুরিংখাউদগী লুপা তরা পুখোক্লুনা পীরে। মখোয়না কুমদদি শুহল্লু হায়রকই। মানা লুপা মঙা অমগা হাপচিল্লগা ১৫ শুহল্লে অদুগা মখোয়বু থাদোকখ্রে।

কিরনহু বাথরুম চংহুনা ইকুজদুনকাউবা ঙাইজরে অদুকাউবা দিসচার্জ লেটর থাদোরকপা মরৈখিদ্রে। ঐখোয় অনী চাক মতম অমা হেল্লে। ঐখোয় লৈবহুনা মাদরখোয়গীসু চাক চাদ্রি রেস্টুরেন্ট-তগী মী অতে চৎখ্রবনা সিষ্টর রানীগা মবান্নীদংগী লৌরুবনি। কিরন হায়রা ঐগুম্বনি, লামগনখ্রবা।

শেম খোকউ হায়হুনা খোল্লগা অমুক চামিন্নরে। ইবান্নীমক হোরলিক্স শেমহুনা অমুক থক্লে। চাকহোয়না লামলবদা করিনবু মহুৎ শিনবা ঙমগনি। হোরলিক্স থক্লুরগনা হেম্না লাম্বগুম্বা অমা তৌরক্লে। কুমৈ অসি মাদরহুদি ভুমিন্না য়েংহুনা লৈথোকপা ঙমদ্রে। রানীদা থৌদারকই— দেবীজিগী চাক খরা পীয়ু। ঐনা য়ানিদা চারোই, আদা চাকুরগে হায়হুনা য়াদ্রে। সিষ্টর রানীহু সিষ্টর অমেলিয়াগী

য়াথং ভাইরস্বগী য়াদনি মাশিংম হেন্না হেনজিল্লকখি। মরুপ অনী পুথোক্লুনা কিরনগী অমা এগী অমা মমহুনা পায়হল্লে অহুগা চাক থাবে অমমম হাপলবে। চাক মথক্তা হবাই থাবে অমগা, থাদেন অশিনবগী আলুগা থোংবা থাবে অমগা অমুক হৈথরকই। মীশী থম্মোয়না পেল্লগা লাইনস্থু পেল্লি। লাইনা পৈল্লগা মীনস্থু পেনজল্লি। অনীমক কথোকনবগী নাওংনি। "কথোকপা" ভস্বগা মায়না কবস্থু লমদম কৈদা লৈরমগদগে? এবোয় অনীমক ভাইহাক্তংদি জৈকায়স্নুংশি য়ায়বা গরক্তুদা, পেনয়বা থম্মোয় অনীনা লোয়া বায়ী শানিরি।

এটেন্দেন্ট অমনা চংলক্তুনা দিসচার্জ লেটর পীরম্বে। কিরন ইবাম্নী অর্থ লৈকা য়েংনে। এটেন্দেন্টতা লুপা মভা অমস্থু পীবীরে, মহাকস্থ্যাউ হরাউনা চংখে। সিষ্টর রানী অমদি সিষ্টর অমেলিয়াস্থু অতিথী শেবা ফংলবস্থুদদি হয়াউস্থমা মখোয় অমুক চানবা থোরাং তৌখে। চাক চাত্রিনৈদা এমা থোঞ্জাল হৈরবী অহল অদুদগী বিদায় লৌরুরি। লোয়ননা অতিথী ওইরিবী এনা ইমা শরুবী নংস্থু নাথা ফবনা হল্লোকো হায়না বয় পীরমলে। সিষ্টর অমেলিয়া, (এতগী মাদয়) না বরস্থু হরাউনা লৌবগা লোয়ননা হায়রকই— "চংলোকো নিস্মিতা!"

সিষ্টর রানীনস্থু চংলোকো— দেবীজি হয়েং ইম্ফাল য়ৌবগা চিঠিকা থারকউকো। সিষ্টর অমেলিয়ানা ভসি দেবীজি হায়দদুনা এগী ইমিং অশেংবা "নিস্মিতা" পল্লকপদা লোয়া মিংলু পিয়াং তৈ-থোকচৈ অদুবু মখোল থোক্লা কপ্পদি ভমখিদে। তশেংবদি, ওপরেসন মতুংদা মহাক্না,— নিম্নহানসনা এবু অমুক মপোক অমা পোকপীরবনি হায়দুনা "নিস্মিতা" হায়না থোনবীখিবনি। "নিস্মিতা" না থাইদগী মমল য়ামলবা মহাকী থুদোলনি।

ইচানিপা কিরনশ্না খুৎশয়ীদুনা কা অহুদগী থোক্লকপদা, সিষ্টর জয়ন্তি (নর্স অমা) হু জেনেরেল ৱার্ড-কা তাইনবা কা মচা অমদা

ফোন পায়হনা কনাগনো খঙদে ব্বারী শানহনা লৈরম্মী। ঐনা মঙোন্দস্সু বায় হায়দনা খুং হাইরম্মী। মানস্সু বাঁয় হায়দনা মখুং হাইরকই। মথংদা দিদিস্সু ব্বাইটিং হোলদা ফমদনা লৈরম্মী। ঙরাং মমাংগী অহিংদা ঐখোয়গী রুম-দগী তাম্বোকখিবদা ওইরব্রা করিনো ঈকায়হনা পাক হেক কৌরক্তে নত্রগা মহাক্কা অমুক্তা উখিত্রবা স্পেশিয়েল ড্রেস-তু শেংলগা থোক্লকপদদা ঐবু মশক খঙত্রবজাংলা!

ঐনা নৈপরি, পৈবি চংশিন্দুনা দিদি ঐখোয় চংলে তাকল্লুরি। দিদিনস্সু চংলোকো দেবীজি হায়রগা কিরনগা ব্বা অমনি ঙাংনরে। অহুগী তুংদা ঐখোয় লিফ্ট-তা চংহনা ঙাইহাক লেপলগা গ্রাউন্দ ফ্লোর্র য়োরে। হোসপিটালগী গেট-তা ঙাইহাক অমস্সু লেপ্তুনা ওটো রিক্সো ঙাইরে। পুং ৩-৩০ দা ক্বিরনগা, ঐহাক্কা হোটেল ব্বিভোল্লীদা থুংলে।

মখোয়গী কাকান্না ঐখোয় অনীবু য়োরকমনন্নে কৈদৌরবমো খন্দুনা গেট-তা, ভাইরমলি। ওটোদগী ঐবু শমদুনা অমুক কুমথহল্লে। অদুগা ঐখোয়গী লৈকম কাষ্ট ফ্লোরদু তায়া কাখৎপা তারে। মাংনা ভমলপ তাবা Stair Case তু উবদা ঐহাক অকীবা পোকই। অদুবু কাদবা য়াদবনিনা চপ্লোই, থাংবোই উচিন-নাচিন্না য়োরে। তুং ওইরপনা হোটেলগী মেনেজরস্তু ইন্নরকই। ঐখোয়গী রুমদা চংগে হেক তৌবদা কৈলাস মাগী কাদগী চেন্থোরকই। ভাইখো, ভাইখো হায়দুনা মখুত্তা পায়রিবা গোকুলধুপ চরোংদু মৈ চুরগা ঐবু মৈ ওকপীরে। লোইরগা ঐবু কমুংদা পোথাহল্লে। মেনেজরস্তু য়াউনা কাংখল খরবা হোংনবীরি। কৈলাসকি অরাংপা লৈতে হংলুবা খুদিংমক লৈতে হায়দে। প্লাষ্টিকী থৌরি অমদি য়োংপী পুথোক্তনা মাইলোন কাংখল অদু খনগংলে। মেনেজরনা ফাগী তৌরকই— "আজ মাম্মীকি সুহাগ রাত হৈ।" অদুক রারীভৈদুদা মাগী ফাগীককা অমুক তানিং-লুদে অদুবু মাগী জুৎ-মেন চানা হায়রকপা মতৌ অদুবুদি থাগৎনিংই! তশেংনমক হন্দকী নাইলোন কাংখল অসিনা সিষ্টর ব্রিগেট অমদি মেনেজর সাহেব অদুগী য়াভাং হৈবগী মচাক অমা ওইহল্লে।

ইন্দিরানা হৌদোক্লকই— ইন্দোইমা চাক থিরগে চাথোক্রো, কিরমদস্তু চাক চাথোকপিরো। ঐখোয় অনীনা খরস্তু চাশিল্লকপগুম তৌ, পুক্কী খনকাত্তগুম তৌ! চাসি কদায় চাদসি কদায়। ভাইহাক্তং খল্লগা হায়খি, ইবেম্মা পুং ৭ ককা তাবগী অদুদা ওইনা চারগে। করিগী? লামলমলগনিদা শারিভৈদা ওইনা চাথোক্লো।

ঐখোয়না সুম্মক চৎত্রবদুদা মাদর অমেলিয়ানা ইবান্নিমক চাক খরা খরা চাগ্রো হায়হনা চারক্লে। লাইনা য়াত্রবক্লাংনি, হোসপিটালদগী

কুমলমদাইদা হোসপিটালহৃদা চাক চাগদবনি চামিংরেবস্ মন্না অমথক্তা ওইরবস্ লৌরগা চাউ হায়নবহৃমক খোকখ্রে। ঐখোয় ঈশ্বরগী পথাপ অহৃ ঙাক্লা চৎলক্লে। অসি হায়রগা ঐহাক ঙাইহাক পোথাহৃনা লৈরে। কিরনস্ কৈলাসকি কাদা চংহনা টেলিভিজন য়েংহনা পোথারি। ইন্দিরা মপা মচাদি কা চারুমি হায়হৃনা কুমথখি। টেলিভিজন য়েংবং-য়েংবন কিরন অমদি কৈলাসনা পঞ্চম স্বরদা লাউরকপা তায়— "গীতোংকি ফুল্লোংকি মালা বনাকর, লায়া ছুঁবা দিল, অরতিমে সজাকর।"

ঐ তুমথক্লরবনি অহৃবু মখোয়গী ঈশৈদা মুংশিবা অমদি খংপ্রেক খংবা অমগা লোয়ননা মীকপ থোক্লকই। চহী ২৮ লোমগী মমাংদগী ঐনা য়াম্না তোয়না তাখ্রবা ঈশৈনি। ঙাইহাক ঈশৈ ঙংহৃনা অরা-পোথাক্লরগা কিরনহৃ চংলক্তুনা মাগী কমুংদা পোথাররে হিপনা হিপনা বঙ্গলোরগী অপাকপা মেপতু ফাক্তোক্তুনা য়েংলি।

ঐনা মতাং চানা হংই— ইবুংঙো, নখোয়বু Mysore চংকনি হায়বহৃ কৈদৌঙৈ চত্তোইনো? ইনেম্বনা কল্লগা পুল্লপনা চংকদবনি। বৃন্দাবন গার্দন য়েংলুগদবনি, মাহারাজাজ পেলেস য়েংমিন্নরুগদবনি হায়না খুমলকই।

মানা হায়রিবশিংহ্ন ঐসু য়েংনিংই। ইচানুপী য়ায়মনা ঐনা চৎলমদাইদা রাংখৈ ফি অমা মপাল সল্লী মচুনা হংপহৃ সুইতকেসতা হাপলহৃনা হায়খিবহৃ তরং তরংনা তায়কই— "ইমা বৃন্দাবন গার্দন য়েংলকউকো য়াম্না ফজবনি। চংহৃনা ফোটো নম্মকউকো। ফোটো নম্বা মতমদা ঐনা হাপলিবা ফিসি ইল্লুকোন।" পুম্নমক কদায় অরেম্বনি! ওইররোইদবা রাকমনি হৌজিক্তি। হোটেল রিভোল্লী-দগী Mysore সিটি য়ৌবদা, অয়ুক্তগী চৎলগা মুমিদাংদা থুংবা মকমহৃদা ঐগী চরকম লৈররোই। অসুম্না থল্লহৃনা ঐনা হায়খি কাররয়োইদা; ঐবু অমুক ঙাইক্ররমু হংচিং তাং ১৩ অসিদি থাশিনি— "দিরালি" মুমিংনি। তাং ১৪ সু মোংমা পাল্লে হিরাঙৈগী। অহৃনা হিরাঙৈগী নীনী পানবা

নিংঙোল চাকৌবা মুমিং হায়বদি নভেম্বর তাং ১৫ অসিদা নখোয় অনী Mysore দা চথোক্লরো। "Honey-moon" পাংথোক্লরো। মমা ঐগী য়াথংনি। "Honey-moon" পাল্লকপদা কিরনতু মরম লুকথহনা থাংই। থংনবা মিংকুপ্তুনা ঐনা হায়রগুম মচৌদা "Honey-moon" হায়রগা হৌনা নোক্লকই। খুদক্তদা ইন্দিরা লৈরমলবদি মহাক্কা ইন্দিরাবু থাঙ্গৎলগা উরু-উরু লৈরমগনি খল্লি।

ঙাইহাক লৈরগদি ইন্দিরাগী খোংউপ মখোলগী কাক কাক লাউবহু তারক্লে। মাগী কাকা মবাম্নীমক কাথংলক্লে। ইন্দিরানা মাগী কাহু নাকন্দা থৈদোক্লহনা হংলকই— মনি-মনৌদি করি কা তানরিনো অহুক হৌনা নোক্লিদি? তাব্রনে? হংই, ঐখোয়না।

— আ ফাউবা তায়না!

কিরন-না ওক্তুনা খুমলকই— হো, ঐখোয় অনীবু Mysore-দা "Honey-moon" চৎলুচো হায়রিনে। মাগী কাকানা চৎনিংহনা— মাম্মী নংদি চৎপা ঙমখিরোইদ্রা? ঐদি য়াম্না চৎনিংই। পাক-পাক লাকপা ঙমগদবস্তু লৈতে লম্নগা থাপ্পনিনা চংলুসিনবা। ঐনা বাবাসু চৎ-নিংলবদি চৎপীয়ু কৈদৌবগে। নোংমথক্তবু ঐ অহুম থোং লোমশিলগা লৈরক্লহৌগে। ঐগী চৎপগী রাদি হায়রক্লনু বস তোংবদা অমুক অরীব চেম্বহনা তোকনি। অহুম তৌরবদি ডাঃ না করি হায়গনি ঐখোয়বু। — ফরে-ফরে হয়েংবাই চোক-অপ চৎপদা ওইনা য়েংলবা হায়রহনি Mysore তু। নবাম্নীদং নিংথোকাবা মুমিত্তুদা চৎথোক্লরো হায়না মাগী কাকানসু য়ারে। পুং ৭ ডাশিল্লকপগা লোয়ননা চাকসু লাম-লক্লে। ইন্দিরানা চাক শিরক্লনা ঐখোয় পুম্নমক চানবা থোরাং তৌরে। ঐনা, কৈলাশতি কৌবীরেন্দা হায়বরুদা কিরন-না হৌগত্তুনা টেলিভিজন, য়েংলিবা, কৈলাশপু পুশিনক্লে। ঐখোয় পুম্না চাক চামীয়রহনা মুমিং অহুমা লেৎখে।

১৯ শুবা পন্দুপ

নভেম্বরগী তাং ১২ গী অয়ুক অঙনবনি। ইন্দিয়াগা কিরনগদি মিংকপ থোক্লি। মখোয় কাকাস্ন কৈলাশকি কাদা তুমখিবদগী হৌগত্রি। ঐদি পুং মরীদগী মিংকপ থোক্লুনা ইথম্ত কবাক খন্দুনা লৈরি। তৌনিংঙাই লৈতরনা খুং থেক্লুনা নুমিং মশীং পারি। লাকদৌরিবা নিংঙোল চ্যাক্নৌবগীদমক হাইফেং খম্নরুই।

মণিপুরগী রাংপা লৈত্রবা লোইবা মাইত্রবা কুম্মৈশিংগী মরক্তা নিংঙোল চাক্নৌবা অমদি "রাউশংবা" মথং মনাউ নাইনা মমৈ থোক্লং লরনি। খক্লুবদা পুক্নিং তুজুং হরাউরি। চহীগী হেক হৌগংলকপদা শজিবু চৈরাউবা। চৈরাউবগী ইশ্লাংবা মথেল নুকোয় মেন্নুরিনি শাগৈ-নাতৈ নুংশিনবা উক্লুনা ইশ্লাং মথেল লামহুনা হাউরু চায়াউ তমলুরনি!

চৈরাউবা লোইরে কাং, কাং লোইরে ঝুলোন; "জয় জগন্নাথকি খোল্লাউনা হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌহুনা অতিথা নিল্লরনি। মণ্ডিলাগী তাঙ্খাদা, গৌরাঙ্গগী অভীসার শক্লুনা, ইবুংঙোগী রূপ শেমলগা প্রার্থনা মতৌক অমত্তং তৌরুরনি। অস্নুয়া মতমগী য়াওলদা চহী খুদিংগী চংথরকপা কুইন্নবু পামজনা নিংশিংজহনা নোং পুংঙান ঙানবা ঙাইনরি। লৈপ্না লৈতনা, খাম্বা নংদনা চেম্বুরি মতমগী ঈচেলনা। পুথখি মীওইবগী অমনবা রাখলস্ন। করিগুম্বদা অনৌবা আশাগী মমিন্না মুয়েক লারুক্লবদা, মমি শামখুবা অমনবা রাখলশিংবু কোয়তান অানক্লনা ফাগে লারুরি ঐগুয়া।

× × × "হিয়াঙ্গেগী নীনী পানবা" নিংঙোলশিংনা। [illegible] হরাউজরা নুমিংনি। নুমিং অসিগী [illegible] মচীক মনাউশিংনা মাগী মাগী মপুরোইবা অমকি [illegible]

কলেজা তৌনবা, মবুং মোপ্‌া ওইবশিংদা ওইনজবা: অহ্‌ লৈরমত্রবদি লাক্লরোই, অহুমা হাপত্রবদি হল্লরোই অসিনচিংবা কয়া। তাচৌনা লৌবীয়রো, ইবুংঙোনা থীনবীররো! মপামদগী পীরকপা দক্ষীনা উৎনরগা নিপামমুমদা চাউথোকচবা।

অময়োমদনা— চংলমদাই মীনী ব্রাংলিঙৈদগী মপামদা পুনবা লাংথংলকপা পোংশিং— বাবাগীনা লফোয়, তাচৌগীনা কোমলা, খুর'তোনগীনা চুরুট, ইমাগীনা কা। ইবুংঙোগীনা গুলা. সেম, য়ুবী। নিংঙোল ওইবীশিংনা মপাম চংপদি থমত্রাংচারা মপাম চংকুম্মী হায়নৈদো। অসি পুম্নমক অসি ইন্দিরাদি ঐগীদমক য়াউত্রে থল্ল্‌বদা মুংঙাইজদে ইথস্তা। মানদি কবিস্থ থনজবা নত্তে। ঐনত মুংঙাই-জদবগী য়ানি। ঐনা কিয়নবু হৌদোকই— ইবুংঙো হৌগংলো থেংলে; ইন্দিরাবুস্থ হৌদোকউ। কিয়নদি হৌদোকপা য়াম্না মুংঙাই অমুক্তং কৌবদা তাগল্লি। মানা ইন্দিরাবু হৌদোক্লগা ঐখোয় অহুম্মক চীন-য়া শেংবা লোইরহুনা মহী অমমম থকসি হোংনরি। ঐগীদি ফ্লাস্ক-তগী ঈশিংহুনা হোরলিক্ল হায়না শেম্নীরে। অহুগা ষ্টোভ থাগৎতুনা চা লোয়বা হোংনরিঙৈদা মাগী কাকাগা কৈলাশকস্থ হোগংলক্লে। ই.ন্দরানা চা লোল্লিঙৈদা কিয়নদি ঈরুজহুনা তনান-তনান শমজেং হাংলগা ফমলরে। ইচানিপা চাউবোক অসিবু উয়গা ঈরুজত্রিবা ঐনা থোইনা হেম্না মুংঙাইরে।

চা লোইয়হুনা থকমিয়রগা মথাদা কুমথ্রে। ব্রাংপ-লৈত্রবা বঙ্গলোয়গী পুক্কেদগী শঙ্গোম লিটর অমা পুয়হনা মতাক অমুক কাথং-লক্লে। মখোয়গী কাকাস্থ মচীন-ময়া শেংবা লোইয়গা কৈলাশকা চা থকমিয়রে। ময়াম পুল্লিঙৈদ্‌দা ঐনা হায়খি—ইন্দিরা নংগা কিয়নগা চানিংবা অমা চাজরুচো হায়দ্‌না লুপা ৫০ পুথোক্ত্‌না পীরে। মখোয়গী শেবাদা পেনখিবনা ঐদি ইন্দিরাগীদমক নিংঙোল চাকৌবগী

দক্ষিনা অমসু লাঙ্লিবনি। চাকতি Mysore দা ওইনা চাক্লরসমু হলক্লগা দক্ষিনা ওইবা জরসী অগা তৌরগে হায়না পুক্লিংদা লেপলে।

ইন্দিরানা ভেঙ্গোং অচৌবা অমদা হৱাইথরাক খরা হাপলগা ঐগী ফমুংদা থাংজিল্লকই। ঐনদি ফম্বা নিংথিনা উমত্রিথনিনা হিপ্পা হিপ্পা থোকপা হোৎনরি। ইন্দিরাগা মথোয় অহুমদি হৱাইথরাক পীরমলগা মানা-মানা থোকপা চৎনখ্রে। ঐমু হৱাইথরাকতু ফজনা খোক্লুনা থমলে। হোরেল মানা হেক লাক্লগা চাক থোংজরনবা হায়হনা আলুহমু মকু খেত্তোকপীরগে খল্লহৃবা য়াম্না তপনা হৌগৎলগা আলু অনী লৌরগা মকু খেত্তোক্লে।

মথংদি করি থবক তৌসিগে খল্লি ঙাইহাক্তুংদি। ঐখোয় মীওইবসি থওইনা থবকসিমা তৌরম্মুকাইনা অহায়নরবদি তল্লিনে। করিগুম্বা চাবা য়াদে চাকমু, তৌরুম্মুকা হায়রবদি — চাবা য়াদবা পোৎমু চানিংলকই, তৌবা য়াদবা থবকমু তৌনিংলকই মসিদি অডাম্ অমনুং ইভ্-কি মতমদগী হৌনা হৈনরক্লবনি। থবক তৌনিংলকপনা নত্রগা ইন্দিরাগী মতেং ওইনবা হায়দুনা লিটর অনী চনবা প্লাষ্টিক-কি বকেট মচাহু সেণ্ট্রেল রুমদা "ড্রিংকীং রাটর" হায়না থারিবা টেপ্ অহুদগী ঈশিং য়াক্লগে হায়দুনা কাফৈ-কাফৈ থোক্লক্লে।

ড্রিংকীং রাটরগী হেক মথক্তা রাহৈ মরাথক অমসু ইরি—"সরাব পীনা মানা হৈ" অমুকমু ইংলিসনা Drinking wine is not a lowed হায়হনা ইরি। ঐনা, মসিদি কাম্নপোৎ নত্তে হায়দুনা চেমচেং অমদা মৈতৈ ময়েক্লা চাউবা " ꯌꯨ ꯊꯛꯄ ꯌꯥꯗꯦ " অমুকমু বঙ্গলা ময়েকনা "য়ু থকপা য়াদে" অস্মুমনা ইরগা থেৎচিল্লে। মণিপুরি লোম্না নিপালগুবা Schedule দা চল্লবদমু লোন অনিবু সৌগৎপীবা রাংপা অমদি মৈতৈ ঐখোয়গী লুপ অমা লৈ হায়বসি খঙহন্দবনা ফজখ্রবা লোন অসিবু কনানমু ঙাংনদনা তোক্লগত্রা চিংনবদগী অস্মুমনা ইথ্রবনি। করম্বা ঐগী অঙাওবা রাখলননো হায়বহৃদি হায়বা উমত্রে।

ঐগী কাদা চংহনা ফমুংদা হেক হিপথবগা ইন্দিরাম্মা. সেমগা লকোয়গা পুয়গা চংলক্লে।

ইম্মানা হায়রকই - ইন্দোইমা চাক লাম্মলত্রা ? থোংলগে, থোংলগে হায়হন্না মফিশময়োল হোংদোকই। ঐনা য়েরুনহ হান্না অমুক্তা কুংলকখো ইবান্নী অমমম চাসি। য়েকম ফুত্তনা চামিম্নে, সেমগা লকোয়গহন্স অমুক মান্দ্র চাক থোংলিঙৈদা ঙাইঙম্মদনা চাখোক্লে। ঐম্মা হংই ইবুংঙোখোয়দি কদায় চংখে।

য়েল টিকেট ককলুনিকা হায়রম্বনি। Mysore চংপগী বস ভোং-ফম-নচিংবা লমীং-তুমীং খরগা খঙদোক্লুনি হায়।

— কৈলাশতুবু মাগী থোংজিন্দগুঁ তেঙ্গোং অমদা তিম্লৌ চনম থয়া য়াউহনা লৈবস্থ উই, মাগী কাস্থ শো লোন্দে মনুংদগী লোনব মাল্লী ; ঙসারাই চা থক্লম্বদগী অমুক তুমখিবজাংলা মখোল তাদেনে।

— ইমায়পেম্মা, অমামা চংলমগনিদা !

— ঐনা, হুম ঙসাইরাই কৌরগা থোং থীনবদস্থ খুমলক্লে, মহুবু শিরবজাংলনে ! ইথৌ নৈতবী ঐনা অমগী অমুক রায় অমগী অমুক রাবী তৌহনা লৈরি ! মরক অসিদা সহনা স্নুমচিং মচা অমা পায়হনা চংলকই, রাই শিংকে সিনি। স্নুমিংয়ুংলরদনা রাই শিংনিংইনিনে ? মিংনা ময়োল অমা সহ কৌশল্লে। ঐখোয়গী কাগীদি য়ারনি। বাথ-রুমহ য়ায়া মোংহৌরবনি। মহুহুম শেংদোক্লুরো হায়দুনা ত'ক্লে। সহুদো ময়া খিগংলগা ঐখোয়গী ফাদগী চেম্বোকখে।

## ২০ শুবা পন্দুপ

কিরনগা মপা-মচাহ্ শিল গিলাস পেকেদ অচৌবা অমা কোল্লহনা চংলকই। ঐখোয়না চপ মান্না হংই. কদায় য়োক্লরে?

মখোয় অনীনা— কোয়য়ৌ হেক য়োক্লরে হায়না খুম্মী অদুগা মখোয়না পুরক্লিবা পেকেব-তু থুগাইরে। মখোয় কাকানা মানা লৈরক্লিবা গিলাস অহৈদা হন্না-হন্না য়েংলহনা মাগী হৌববী পোৎ অহৈগী মরমদা প্রশংসা তৌরি। ঐনা বা হৌদোক্লনা হায়রকই— কৈলাশতুবু হৌজিককাউবা চেকযোগ লাউদে অমুক্তা য়েংবীয়ুনে। মখোয়নসু হোয়নে মহৈবু হায়রহনা মাগী থোং থীল্লহনা কৈলাশ, কৈলাশ কৌরুরে! উচ্চীন নাচীয়া কৈলাশতু থোং হাংদোক্লক্লে।

মখোয়গী কাকানা হংই— কৈদোরে কৈলাশ নংনা তৌরিসিদি?

— ঐ Fever তৌরে Boss।

— অহৈদি ঙশায়না হায়বদি য়াদবরা, ঐখোয়না গুলী লৈরক্লমবা য়ানবা। অস্সুয়া পাখংপা অমদি সুংশিবগা লোয়ননা মখোয় কাকানা হংখিবনি। কৈলাশসু মীয়মসিদা সুংঙাইজরমলোই। মশা ঙমলক্লু-বসিনদি মাগী ওইবা মীসু উনিংলক্লমগনি। মসি খনবগা লোয়ননা মখোয়গী কাকানা কৈলাশকী মশাহৈ পায়দুনা য়েংই। হুমাংনা পুলুপ লুপলবা কৈলাশকী মশাহৈ থক থক নিকই, হৈনিংদে। করম তৌনি মসিদি হায়রহনা কিরনগা তানৈ। ডাক্তর কৌগত্রা হায়দুনা কোয়ল্লাং ল্লাংই।

কিরন-না— ঘরে, চাক অমুক্তা হায়া চাখোকখিসি হায়দুনা, মখোয় অনীমক চাক চাখোক্লে। ঙসিদি কৈলাশ চাক চাদ্রে। মাগীদমক ইন্দিরাজা চাঙাং ওইনা লোয়লে। ঐনা— ইবেম্মা নংগী চাহৈ খরা হেয়া লোক্লু কৈলাশকী মরূপ রাজুসু লাক্লে হায়দুনা তাকপদগী

ইন্দিরাম্না ঈশিং খরগা হৈজিন্দুনা মুম্না শৌহন্নে। চা লোনবা লোইরবদা ইন্দিরানা মবাম্নীগী শরুক লানশিল্লুরে। কৈলাশ মতম অহুদা ঈশিং য়াম্না কৌহনা লৈরম্নজাংনি, চা অহু ঙাইঙমনা প্রপ-প্রপ থকচিনখ্রে।

শোমদা মখোয় কাকানা ঈচম চম্বা শুলী খরা হাম্না লৈহনা পীজরে। অহুগা রাজুদা শিন্নরকই— কৈলাশপু ক্লিনীক অমদা পুহনা অমুক্তা য়েংহল্লচো। রাজুনস্থ য়ারে। রাজুনা চংলসি কি শেংলো হায়রবদা কৈলাশনা মুদাংরাই চংসি খুমলকই। মহাক পুঙাও ঙাওখ্রে মেলে-রিয়াগী কাওনা চীক্লবগুম মহাক ছাট মথক্তা কাখংতুনা মুংশা য়াইরগা অমুক হীপতুনা লৈথোকখ্রে। ঐখোয়স্থ মাগী তরক তরকপা মতৌহ্দা য়াম্না মুংঙাইক্লে।

মুংশানবু মহাইগংলবা! লাইহৌস্থ হেনগংলক্লে। কৈলাশতু মুংশা নেমথরক্লহনা লাইহৌ খরা হল্লব্রা করিনো, পুং ২ তাবগী অহু-রায়দা মথক্তগী কুমথরক্লে। ইন্দিরাগা মখোয় অহুমহু ঙাইহাক্তং উরোম শারোন তুমদনা পোখারি। ঐনা শোল্লী শোল্লী চঙনা কৈলাশকি কাহ য়োরে। লাংতক্লবগা লোয়ননা হংই— বেটে কৈলাশ কমদোই, নশাহু খরা মুংঙাইরব্রা? মুমিংচুপ্পা লাঙজবনা মপুম থীংচবা কৈলাশতু ওস্থোক্লা লেমখ্রে।

কৈলাশনা খুমলকই— মম্মী কুশ নহীং; রাজুস্থ অমুক লাক্লুনা কৈলাশকি কমুংদা কম্মীরহনা লৈরম্মী। ঐনা কৈলাশকি মরায়বক পায়হনা য়েংবদা টেম্পরেচর থরদি লৈব্রি অহুগা তুমাং অনপ্পস্থ কারম্মী। মনাক্তা লৈবা টারেল অমা লৌরহনা ঐনা হায়খি— বেটে রাজু, অহুম্না হুমাং খরা তৈথোকপীয়ু হায়রগা অমুক অনীরক নানবীহনা হুমাং তৈথোকপীরে। অহুগা রাজুদা টারেল-হ শিন্নরে। রাজুনা ঐনা তৌবগুম কৈলাশকি হুমাং তৈথোকপীহনা শেবা তৌব্রি। অশাবদা অশাবনা লোক্লনা হায়দনা ফ্লাক্স-তগী ঈশিং অশাবহ অমুক পীথক্লে। মুমিদাংরাই ওইশিল্লক্লবদা মবাম্নী ওটো রিক্সো ভোংহনা ক্লিনীক তা

চংখ্রে, শোমদনা রুম নম্বর ৮ দা তুমহৌবা কাংবুদ্ হৌগংলমলে। কিরন-না ইহান হেক হান্না কৌরকই— ইনেম্মা য়াম্না কন্নেদনা, কদায় চৌক্লবগে ?"

ঐনা— "কৈলাশকি কাদা চংলুবনি ।" মখোয় ক্লিনীক-তা চংখ্রে। মখোয়গী কাকানা অমুক হায়রকই –

— থোইনা রাক্লমুদা মরনাই ফজখিনি। হোরেন মানা হল্লক্লগা গুলি-নচিংবা লৈক্লরগা পীজরসি। মাগী কাকাগী মত মতুংইন্না ইন্দিরানা চা লোনখংখ্রে। কৈলাশ হল্লক্লগা থক্লবা হায়হুনা ফ্লাক্স-তা থরা অমা হৈজিন্দুনা থমলে। অরেম্বহুনা ঐখোয়না থক্তোক্লে। থোংলোমদা য়েংথোকখিবদা হোটেল মেনেজরনা কিরন সাহেব ! হায়না কৌরহুনা চংলকই।

ইন্দিরানা চৌক্রিদগী ফিশিংহু লৌথোকলগা মেনেজরগী ফিদা থাই। মহাক ফম্মু হায়বা য়াদ্রে। মহাক্না, চুম্নতা মণিপুরদগী মী থরা থুংলৈ খঙনব্রা য়েংউলাউ হায়গে তৌবনি হায়রকই। কিরনহু ফুরিং অমা লিংশিল্লগা প্রপ-প্রপ থোকখ্রে।

কৈলাশকা রাজুগা হল্লক্লে। ডাক্তরনা ইরকপা চেহু য়েংলগা মখোয়গী কাকানা হীদাক লৈকনি হায়দুনা মফি শেংচিল্লে। ইন্দিরানা ইঙ্গীৎ তৌই— কাকা ঐগীস্মু হিদাক অমনিদং য়াউবীরকউকো হায়জে। হোয় হোয় ইবেম্মা, য়াউরক্কে হায়রমলগা নোকফেং-নোকফেং তৌদুনা মথাদা কুমথখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগদি কিরন মবান্নামক পুন্না চংমীন্নরক্লে। ইন্দিরা ইবান্নীনা পুন্না হংমিন্নে— কনানো অনৌবা মী থুংলৈ হায়বহুবো ?

কিরন-না, মশক খঙদেদা! থাংমৈবন্দগীনিদি হায়।

— অনাবরা, কৈদৌবা লাকপনো ?

— উম! অনাবনি, কোক থরা বেরা লৈবগী মওংস্মু মাল্লি। ইচাম্মুপী ইন্দিরাহু মণিপুরগী মী উদবা কুইরক্লবদুদা য়েংনীংই হায়-হুনা কিরন মবান্নী অমুক কুমথখ্রে। ঐদি স্মুমক লোংনা হীপম্বদগী ফক্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা লৈহৌরে। *

## ২১ শুবা পন্দুপ

মেরাগী থাশি সুমিংনি। নভেম্বরগীনা তাং ১৩ দিবালি সুমিং অমুক অঙনবদগী হৌনা বঙ্গলোর সহর শিনবা থুংনা বম্বুলা থাবা হৌরক্লে। মথাগী রেস্টুরেন্ট-কি হোটেল বোর অনীহুক্ষু ঐগী লুখুমগী হেক তাইনবা মথাগী য়েন্নখা কারক অদুদা ঈরু-মায়থজবা লাক্লরি। মুরা চাকা শেংনা নম্থোক্লুনা দিবালীগী কুক্ষে য়াউনবা হোংনরি।

খরা চাউবদুনা হান্না হায়রকই— চুমু! নং হয়েংদি খরা ওন্না লাকউকো। চুমুনা—হোয় লাকে নংদি পুং কয়াদা য়ৌরকনি? মুমু— ঐবুদি পুং ৮ দা য়ৌরকনি। মগশেন মগতাক উমলক্লবা অঙাং অনীনা বারী শানবহু হোটেলগী থোংনাউগী বার পায়হুনা য়েংলিবী ঐনা মুন্না তাক্লরি। চুমু-মুমু ওসিদি পুরানা থবক কোমলে মহুদি মথোয়না য়াম্নমক কুইনা ইরুজখ্রে। পোল্লক্লদুনা মবাম্নি ঈশিং চাইশিন্নহুনা অমুক শান্নথংলক্লে। অফ-ফত্ত খংদ্রিবা অঙাওবা অঙাং ওাক্তনি। বম্বুলাগী মৈনাদা মৈ চুহুনা অমুক লংখংলকই। ঐনা লেপলিবা থোংনাউদা পাই-লিক্লকে তৌবদগী ঐনা থোংনাউ অহু লোনশিল্লে অদুগা ঐগী ফমুংদা চংদুনা হীপথরে। খল্লকই—মহে-মশিং তমগদবা মতম অসিদা রেস্টুরেন্ট অসিদা অফংবা খরা চাহুনা লৈরিবা মথোয় অনীসি শোয়দনা মপা-মমা লৈতবা অঙাং ওইরমগনি।

ঐনা হন্দকপু শোয়রম্বা থোক্লবদি মগী লৈত্রবা মন্নাউশুম নত্রগা চুমু-মুমুনা তৌরিবা অসিগুম ঐগী তোমদোম্বহু লেলহৌরগত্রা হায়বগী মিপাইবা পোক্লকই। ঐগী ফরক তারবা রাখলনা ঈরোয়দুনা শান্নরি লুপফেৎ—লুপফেৎ। অমুকসু কে-কু, কোং-কোং থম্মোয় মন্দিরগী ঈরোম্নুংদা।

ইন্দিরাগা কিরনগনা বা হৌদোকক্লই— "হয়েংদি সিষ্টর অমেলিয়া-খোয়দা কোয়রবা চংকদবা মুমিংতুনি; মত্রা ইন্দোইমা?

— অং হয়েংনি, করি করি পুসিগে মখোয় খরা লৈখোক্লুরো।

মখোয় কাকানা— ঐদি চৎচরোইকো মুম লৈহৌগে। মুম শংজহৌরগে।

— সিষ্টর অমেলিয়াগী মনাক্তা চক্রবস্থ কৈথেল কাবদি চৎপীয়ু।

— অহুবুদি চৎকনিদা। অসি হায়নহুনা কিরনগা কাকাগা শেল পানরি।

— ইন্দিরাদা ঐনা হায়খি— য়ুমদা অঙাংশিংগী পুমনবা ফিরোল লৈগে হায়রবদি (ডাইরীহ্ কাক্লহুনা) ওসিনা খাইদগী ফবা মুমিংনি। থাংজ ওইবস্থ "থাশিনি।" হয়েংদি নোংমা পানবনি পোৎ লৈবা ফত্তে। দিসকাউন্ট-তা পোৎ লৈবস্থ ফংগনি ওসিদি। ইন্দিরানা মাগী লৈগদবা পোৎ মশীং থারকই। অলবার্ট-কি লুসী-গী, বেনাও-গী, মোধুগী দিলিপ-কি ইনাউমুপা অতোম্বগী বল্লেগী অসিনচিংবা। লৈনিংবগী লৈনিংবগুাক্তা, খত্তোক্লিংঙাই অমত্তস্থ য়াউদে। ঐগীস্থ অহু-মঙায় লৈনিংবগী লৈনিংবগুাক্তা। চৎলমদাইগী মতমদা ঐবু উন্নবা লাকখিবা, লাকখিবীশিং অহুদি মখুৎ হাংনা অমত্তস্থ লাকখিদে। ইখুৎ-মক্লা লৈরগা, ইখুৎমক্লা পীনিংবনি অহুবু কদায় পাঙল থোকপা ইঙমমক ওমজদে।

মখোয় অহুম্মক মার্কেটিং চৎকনি হায়হুনা ফিজেৎ লৈত্তেংখ্রে। কৈলাশ চংলকই। ঐনা বেটে কৈলাশ। কৈশা হো তুম হায়হুনা কৌই। কৈলাশনা— "মম্মী, একদম ফাষ্ট ক্লাস" হায়না খুমলকই। মখোয় কাকানা কৈলাশপুস্থ চৎলুসি হায়না হৌই। কৈলাশস্থ লোই-শিনখ্রে। কৈলাশনা ঐপীদমক বাজে। মম্মী, টেলিভিজন য়েংদ্রনা লৈরম্মু হায়হুনা মাগী কাদগী টেলিভিজনদ্র থাংজিল্লকই।

ঐনা— য়েংনিংদে থাংজিল্লকস্থ ফনা হায়বনি অহুবু য়াদদ্রনা অদ্রমক থাংজিল্লক্লে। অচীকপা মকম, মতমবু পামজরবী ঐঙোম্দা, ইচা চাউবোক অসিনা তৌরিবসিনা করিনো খংস্রে। মখোয়দি থোকখ্রে।

ঐনা ইন্দিরাদা Purse দজ্জন অমা লৈরকউ হায়দনা তপখে। হায়না হায়না টেলিভিজনদা "মৈনে পয়ার কিয়া" হায়বা ফিলম অদু থারকই। খোইনা খোয়জংলুদে। খল্লুই, পুন্সি অসিমক শাংলবা জয়নি অমনি। তল্লকুনা নত্রগা ঙমলক্তুনা চৎপা লোইশিন্দনা হায়বদি লমথুংযম য়োদনা তোকখিবনসু কোঙ্গায়নি। অসিগুম্বা খোঙচৎ অসিদা চৎলিবা ঐখোয়সু লিলাগী মীওই অমমম ওইরিবনি। চুয়া ফমদুনা য়েংবসু ঙমদবী ঐনা লোংনা হিপলম্বদগী মোন্দু খিত্তং ঙাকখৎলগা অমুক য়েংলুই। Theme দি কন. ফজবা ফিলমনি অহুবু য়েংনিংবা ইপোক পোক্কে। মিৎ উইশিন্দুনা অমুক খাংই। সেনেমা লোইরমদাইদা মখোয় লোইন অমুক হল্লক্লে। ইন্দিরানা পোত্তু থমলগা সেনেমা ঙাইহক্কেং য়েংখিগে চাক কোয়া থোংসি হায়দুনা য়েংদুনা লৈথোকখে। ঐনা শোমদা পুক্ষী লান হৌরক্লে। কিরন-না এগী চানবনি হায়দুনা Ice-cream লৈরকই, মদু চাদুনা অমুক খাংলে। খেজুর পেকেদ অমা টেবলদা তাদুনা লৈরিবদু খরা লৌরগা অমুক চারে। লোয়ননা সেনেমা-সু লোইশিনখে।

ঐনা ইন্দিরাদা— ইবেম্মা ঙসিদি মাংদগী দেবী মন্দির ফাউবদং চৎলুসি হায়রম্মী। মানসু য়ারদুনা ইবাম্নীমক দেবী খুরুম্বা চৎকদবগী লোইশিল্লে। ঐনা ফজরবনি হায়দুনা থোক্লকইবদুদা অশোয়বা নত্রগা অরাংপা অমদি তহুনক লৈরবনি। কিরন-না ইনেম্মা, চুয়া চংলুবা। চৎলিসিদি কৈনো। ওইদা পৈরিবদু পৈগনু হায়রগা ফুগ হৌগৎলক্তুনা ঐনা চৎপগী মতৌ তমলরে।

ঐনা - খঙত্রেদা ইবুংঙো, ঐনা হেয়া পৈনিংদবনি অদুদা "চৈত্তন চৈত্ত তেনবনে" হায়রগা ইন্দিরাদা য়েংই।

কিরনসু নোক্লদুনা ইন্দিরাদা য়েংই।

অতেনবী ইন্দিরানা নোক্লদুনা হোয়নে ইন্দোইমগী চৈত্তসি খিৎসু তেনমনখেনে। অসি হায়দুনা ঐবু কোল্লগা মখাদা কুমথরে।

লাই খুরুম্বা লোইরগা, মণিপুরগী মী উরদবা কুইরে কনানো থংত্রা য়েংগে হায়রহনা থাংমৈবন্দগীনি হায়বা মীওইশিং অহৃগী কাদা কাম্না চংলুই। থংনবদি ওইরমত্রে, অহৃবু রারী অমা অনীদং ঙাংনরগা ঐখোয়গী কাদা হল্লক্লে।

ইন্দিরাহ্ ফনা রারমগনি হুমিংতু। চাক লোইরগা লক্ষ্মী পূজাগীনি হায়রহনা Bar Shop-কা হেক থংননা লৈবা অথুম-অহাঙ য়োনবা দোকান, অহৃদগীনি হায়রহনা লদ্দ্ পেরানচিংবা পেকেদ অনী লৈহনা পুরক্লে। কৈলাশতা হায়রহনা বোকুল ধুপ থাহনা লক্ষ্মী দেবীবু খুরুমলবা মতুংদা ঐখোয় লোইনমক চাক চারগা তুম্রবা থৌরাং তৌরে। অসুম্না মেরা থাহমা হৌখ্রে।

## ২২শুবা পন্দুপ

ঙসিদি ঐখোয় সিষ্টর অমেলিয়া উম্নবা চংকনি হায়বগী ঋাথল্লা য়াম্না ঙম্না হৌগত্তুনা থবক-ইনথাং লোইশিনবা লাক্লরি। পীক্লবা অঙাং "সত্থ" সু ঙস্তানা চংলক্তুনা ঋাই শিংলরে। ইশাগী থবক্তা ইশানা তৌজরগন্তা পেজরবী মৈতৈগী নুপী ইন্দিরানা "সদ্‌দা অচাপোং থরা পীরগা কমহল্লে। অদ্‌দগী ইন্দিরানা কা অদ্‌ ফি মচেং অমদা ঈশিং লুপল-লুপলদ্‌না তকথোকলি। সদ্‌না— করিনো থবকস্থ তৌহন্দবা অচাপোংস্থ পীজবা! থল্লম্বা য়াই।

"সদ্‌"— অঙাংনি, ইচাগুম্বনি অদ্‌বু মখোয়গীদি চংনবীনি। অদ্‌দি— চুম্‌, মুম্‌স্থ! মাম্নি মখোয়স্থ লোইনমক অঙাংনি ইচা-গুম্বঙাক্তনি অদ্‌বু চংনবীগী ঈথিলনা কনখিবনা মখোয় মফম অসিদা থবক শুরগা অফংবা থরনা পুক্কী লাল নেমথনবা হোংনরি। মখোয়না শুরগা ঐখোয়না চাবদি মৈতৈ নুপীগী পাম্বোমদা মৈতৈগী ঈচেলনা চেল্লিবমখৈ ওইরমোইদবা ঋাফমনি। ঈংবনা ত্রত-ত্রত চিংশিল্লবা অমুক্তা চাকরনা মুরবা থাং তকপত্থ পারবা কাংখল মনুংদগী লোম্না য়েংলিবী মহাক অত্থবু মৈতৈ নুপীরা? নত্রগা ঈংমনবদগী মখুং খুনমদা ঈনা ক্র-ক্র থোকপমখৈ অমুবা থাং তক্রীবী চাকরীগী মাংদ মপুরোইবগা ওনশিন্নদ্‌না হৈতুপ লৌদ্‌না চারীবী মহাক অদ্‌ মৈতৈ নুপী অশেংবী নত্রবনি।

ইচানিপা কিরন-দা - ইনেম্মা খুং অমুক্তা তিংথোকপিরকউ হায়হুনা মাদ্রাজদগী লৈরকপা Nail Cutter অত্থ পায়রগা চংশিল্লক্তুনা খুজিল ককথংপীরে। ইশাসি ইয়াং য়াংই। কেনিংবা থরদি পোক্লক্লে।

মিংশেল মচাদ্‌ লৌদ্‌না য়েংবদদি পোক্কা পুমতৌ ঙৌদ্‌না লৈ-রমলে। ওন্থোকপা মতৌ হায়বদ্‌নি! অহীং অমদা শাংলম্বা কোইগুম্না,

থা অসিমগী 'মহুৎনা পোক্লা-শুমতোঁ চৌরমলথা। "মহা ওইরিংঙনি য়োংদস্থু ফজৈ" অদুবু কজরবী থম্বালস্থু অহল ওইরক্লবদি হায়বদি—লৈমন চল্লবদি থীজিল্লকই। ঈমায়দা চোইজাইনবা লৈরাং লৈনা কেল্লকপগা লোয়ননা লৈরাং লৈনম য়াউরক্তে ; শীঙেল লৈশক হোং-লকই। হোংলক্লিবা শকফমদি লেমজনফম মশক্কি ; তাউজিং থমচেৎ কৌনৈনে তাইবংনা—মায়থোং থম্বালনা তোমথীন ঙানবশিংবু।

ঐমা শকহেল-মিংশেল য়েংদুনা পোক ফোয়বা লাক্লরিবদু উবদা অঙাংশিংনা চৈরকই— "ইনেম্মা করিগী ফোয়রিনো? ফোয়রুম্থু, ফোয়রবদি হেনগৎলক্কনিয়ে।" —অহুদা লাকচ-থিবগুম লুচীন অসি-মক্তদা, ময়ামগী মিৎয়েংফমদা!

— পোক হৌরগা লেম্বত্ত হেনবনিদা! চহীগী মতাংনি করিস্থু থল্লুস্থু।

— হোয়নে, লেমগনি হায়বদি ফোয়ররোই তোল্লগেকো।

ফরে অদুদি ইবেম্মা চাক থিননবা তৌরো। মতমদি থংহৌরোই, হেক্তা ওইশিল্লকনি। মখোয়গী কাকাস্থু জুবারগী চে ফাক্তুনা শামরহদগী থমলগা ইন্দিরাগী মতেং পাংশিনবীদুনা ঐখোয় চাক চানবা থৌরাং পুংলোই লোইরে। কৈলাশনা শঙ্গোম লিটর অমা তিঙ্গ্লৌ চনমগা ময়াম অমস্থু লৈদুনা পুশিল্লক্লে। ঐখোয় পুল্লা অযুক্কী চরা থরা চামীন-থকমিয়রে।

চাক চারিঙৈদা ঐখোয়না কৈলাশতা নংস্থু মণিপুর থোক্লুসিদনা হায়খি। মানা হন্দক্তি য়াউররোই, শেল থরা তালগা অমুক্তংদি কোয়রকে থল্লি, অস্থুম্না থুমলকই। মাগী Boss দা ওনশিন্দুনা এক্সেস পীরম্মু, কিরনগা ঐখোয়গা য়ুম পুনত্রা নক্রগা থংনত্রা হং-লকই। কিরন-না থংনদে পুনস্থু পুন্দে। কিলোমিটর অময়োম লাপনৈ হায়না থুমই। অহুদি নখোয়গীস্থু এক্সেস পীরম্মু হায়রকই।

কিবর-মা— "Indira Vedeo Vision" মোইরাংখোম হায়রগা নোক্লদনা হয়েং চৎলমদাইদা ইরগে হায়রকই।

কৈলাশনা ইন্দিরাদা হরাই মহী খরগা হৈয়ু হায়হনা হৈহল্লি। চাকতি খরা হেক চাদে। ঐখোয়না কৈলাশতা— নংবু করি চাশিল-লুরবগে চাক ইচা চাদবসিবু হায়দনা ঙাংই।

— করিস্সু চাদে ঐগী হৌনবীনি। পীক্লিহৈরগী চাক থওইদে। চাক থওইদবগীদমক ইপুবোক্না ঐবু ফুগে হায়দনা কোয়তান তানবা য়াউথ্রবনি হায়না মখা তারকই।

অমুকস্সু Boss দা ওনশিল্লহনা হংলকই— মণিপুরগী থাইদগী রাংবা চীং করম্বা চীংনো?

Boss না Mt. Tenapu নি হায়রকই। ঐনদি লাইমতোন চীং ওইরমগনিদা হায়না য়েংলুরি। অমবু ওইরবস্সু অমবু ওইরবস্সু কৈলাশনা হংলিবগী মরমদি মানা মণিপুরদা লাকপা মতমদা মফম অহদা পুবীয়ু মা চীংহ কাগে হায়বগী বানি। অকল-অথোগী থব.ক্রি। Boss না হৈকে, নংনবু লাক্লবদি শোয়দনা পুবীগনি হায়না খুমলে। চাক হেক তোকপগা কৈলাশ অমদি মাগী Boss টেলিভিজন য়েংহনা পোথাখ্রে। ইন্দিরাগা ঐখোয় অহমদি সিষ্টর অমেলিয়াখোয়গী লৈফম থিবা চৎকদবগী হোৎনরি। ওয়াং লাইদা কৎপগী প্রসাদতু পেকেদ অমগা হাপচিল্লে। এপল কেঃ জিঃ অনীথক অমগা লৈরগা ঐখোয় ওটো তোংহনা হোটেল রিস্তোল্লীদগী থা পাংনা থোইহল্লে। অমুকস্সু নোংপোক পাংনা লোইরোয় লোইরোয় ঙমথংখিব্রা লম্বী অদোমদা কিঃ মিঃ অমমুক থোইহল্লবা মতুংদা গাড়ী থামলে। য়োয়বোই নিংহনা কুমথক্লরবক্লি অহনু য়োগদবা খরা রাংলমগে। অস্তুম হং হংহনা খোঙনা চৎলে। মীঙোন্দা থুং শম্বীনবা পায়ক্লবগী হৈনবী অমদি নুমমক মরৈরি। মখোয়দি অকনবনিনা পংবা রারমলোই ঐক্লি

লোইরে। খুবোমককাসি চিংখাইরক্লে। ঐনা মাব হৌগৎলকপগী অহানবা ওইমা কোয়বা নুমিৎনি, "নুমিৎ অহু।" ইশানা হায়খিবা মা ইশানা ভাকচবা পাম্লনা, চৎলুরবনি মফমহুদা।

খরা শাংনা চৎলবা মতুংদা খৃষ্ট্যানগী সিষ্টরশিংনা শেৎপা Gown অহুগা মান্নবা শেৎপী সিষ্টর অমা গেট অমগী মনাক্তা লেপতুনা লৈরম্মা থেংনখি। মানা গাইড তৌহনা ঐখোয়না থিরিবা মুম Assissi Nilaya হায়বহু ফংলে। গাইড ওইরিবী অহনা কোল্লীং বেল পায়হুনা মনুংদগী মী কৌথোক্লমলগা চৎখ্রে।

সিষ্টর এনজেলিযা-না হান্না থোক্লকই। সিষ্টর এনজেলিযাহ ইঙক ঙকপগুম তৌই। অমুকস্মু হরাউহনা কোয়লাং লাংই। মী পুন্নমক কৌথোকই। মহৈংমহৈ মনুংদা চাক চান-থক্লবগী তাঞ্জাদা হেক থুংলুবে। তশেংবদি সনডে ওইবনা, মখোয়না চাবগী মতম খরা কোমথোকখিবনি হাযনা তমই। ঐখোযবুস্মু চাক চারক্লত্রা হংই। ঐখোয়না চাকচাবা তোকপগা লাক্লিবনি খুমই। ঐদি অখংবা সিট অমদা অহুমক হিপথরে। হিপনা-হিপনা মীশিং স্নুনবা হংই সিষ্টর ব্রিগেট, সিষ্টর মেরী। পাউখুমদি— লৈতে মখোয থবক চৎনখ্রে। সিষ্টর মানীদি লৈত্রা? লৈ খোক্লক্লনি। সিষ্টর জাসমীন, সিষ্টর পাউলা লোইনমক খোরক্লে। মাদরহস্মু ভাইহাক ভাইনরবা মতুংদা থোক্লক্লে। ফ্রান্স-কি মাদর, ঐঙোন্দা চুপ্পীরম্মীহুস্মু ফ্রান্সতা হল্লমত্রি। মাস্মু মী কমফমগী মাল্লবা কা মচাহুদা খোক্লক্লে। মখোয়না ঐখোযবু মান্না কজনা রেল্লকম্ তৌরম্মী। মাদরনা ঐগী খোঙদা য়েংলগা কব্রিগী খোংউপ লোথোকলিবনো, নখোঙ ঈংনি তোংশিল্ল হায়। ঐনা মাদরদা মানি, মসি ঐখোয়গী কষ্টম-নি হায়না খুম্মী।

মীগী মখুমদা চৎপা মতমদা মুব্রিদা খোংউপ নত্রগা সেন্দল লৈ-থোক্লগা চৎখগী কজরবা পথাপ অমনা মৈতৈ ঐখোয়গী লৈতেঙ ওইনব্রি।

Mother না— Thank you very much হায়রগা ঐখোয়বু থাগৎলি।

হরাউমনবনরা করিমো, হুমিৎতু পুক অসি ইথন খনগৎলি করিমতা চানিংদে। ইন্দিরানা, ঐখোয়না পুরকপা পোৎশিংহু পীশিনখ্রে! ক্রাস-কি মাদরগা কিয়নগদি রারী হুংঙাইনা শানরি। রারীদি অমত্তা তিয়দে—ইন্দিরাগা মাদর অমেলিয়াগা অমনি। ঐহাক্কা সিষ্টর রারী, জসমিন্না অমস্তুং পাউলা-গা। মাদর অমেলিয়া-না হায়খিবা তায়— ইন্দিরাগী ফিশিংদি কজেদা কয়া পী?

—ইন্দিরানা Yes, ঐখোয়গী স্পেসিয়েল ড্রেসনি। লুপা ৫০০ দগী ৬০০ কাওবা পী। ফনেক ময়েক নাইবা পুনৈমখোক মচুহুগা, লৈ-মচুদা অমুবনা মোইরাংফিজন, খেয়োয়থেক্কচিংবা মুনবা হৎলবা রানিফিহুগা সুইত তোরগা ছারি মতেক শেংলি। হৎলিবা লৈরোংশিং অহুনা ফিথুপ নাইনা লেংবান্দা তাহল্লি। কয়াদা হৈনা ফজনা ইন্দিরানা শেংলিবা।

ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তগী লৈরক্লবা "কুমইন পোৎলোয়" মপানগা মাম্ননা খোই লোনবা ময়েক নাইবা! মৈতৈ জাতিনা মুত্রিমখৈদি মহারাজ অসিগী নিংশীং-খুদোল ওইনা লৈরগনি।

ঐগী ফিজোন্দি খোইদোক্তে। মঙ্গরক্লবা যুমদা অঙৌবা পোক অহুত্তনা, জিঙ্খ কুপ্পগুম ময়েক লানা উহল্লি। থম্বাল লৈখোক মচুগী ময়েক মাইবহুগী মথক্তা কাঞ্চিপুরমগী মুগা অঙৌবহুনা ইকোয় কোয়-শিল্লা ছারি শেংচিল্লী।

ঐনা মাদর অমেলিয়াদা— "And what about my dress mother" হায়হুনা হংই। মাদরনা নোককেং তোরগা—also very nice হায়না খুমলকই। মৈতৈগী বাহৈদদি— "থীদা অঙাওবীদি" ককা হায়রকপগী ওংদানি!

সিষ্টৰশিংনা ঐখোয়গী চানবনি হায়হনা লকোয় মরীখক পাত্র অমদা হাপতুনা পুখোরকই। চাগা ঙিলীবী মানবা অচাপোৎ খয়া অমত্ত্ব পুখোক্লক্লে। ইন্দিরাগা কিন্নবগা অচাপোৎ অমমম লৌরগা চায়। ঐদি অথুম্বা ওইরবোই নিংহনা চানিংলুক্নে। অহুমকপু মঙাও খিত্তং ভংলগা য়েংগে খল্লি। সিষ্টর জুনিয়র-শিংহুনা ঐবু ইকোয় কোয়শিন্দুনা দেবীজি চাউনে, কিটচন-মেদ-নি হায়হুনা তকশিল্লকই। অমত্তং লৌহনা চায়। অথুম্বা নংলমক্রে থুম-মোরোক প্লাইট হাপ্পা মখল অমগী অচাপোৎ ওইরমলে।

সিষ্টর অসমিনা-না দেবীজি, নহান নিমহানস-তা লৈরিঙৈদা লৈপাকহরাই তপলকপহ তাঞ্জা চাদহনা পীরমক্রে। ঙসি ওইনা পুখ্রা হায়হুনা লৈপাকহরাই পেকেন অচৌবা অমা পুখোরক্লে।

সিষ্টর অমেলিয়ানা মণিপুরদা কৈদৌঙৈ খোকপা তারবগে? হংলকই। তাং ২০ গী টিকেট ককলে হায়বা কিরন-না খুমলকই। ঐখোয়না—"হয়েং করিগুম্বা মতমদা মণিপুরদকা খোকলক্লবদি ঐখোয়গী যুমদা থুংবীয়ো, ঐখোয় মতমদহুদা Host অমুক ওইজগে" হায়রগা লোইনমক পুন্না নোকমীক্নৈ।

মাদর অমেলিয়া অমদি ফ্রান্স-কি মাদর অনীমক্কা Yes, yes a good idea হায়হুনা অমুক মখা তাশিল্লকই। ফ্রান্স-কি মাদরনা লাইরিক অথাবা অমা ফাক্লহুনা কিরন্দা য়েংহল্লি। মণিপুরগী মরমদা পেরাগ্রাফ মচা অমা য়াউরম্মী। জরাহরলাল নেহেরুনা হায়রম্বা Context অহু পল্লকই -"Manipur is the jewel of India.

তশেংবমকস্তু— চীংনা কোয়না পনশাবা চীংমীনা কোয়না পনভাকপা মণিগী লৈবাক মণিপুর থম্বালগী মতৌগুম্বা নিংথিজবীনি। চীংদোল খেৎনা পাইরিবা অমুবা লৈচিলশিংনা খোইমু মপৈনা নিংথিজবী থম্বালদা ইল্লিবনি। ঙংলিবা নোংনা, খোইমুনা থম্বালগী মগুণবু শৈথাহুনা গুণ-গুণ হায়না ঙংলিবনি।

'মাদয়গা ডাইহাক আইবিক মাতুঙা মেংমিমক্কয়গা কিয়ন-না মাপরবু ক্রাসতা কৈদোঙৈ চংকদগে হংনরকই।

— দিনেশ্বর থাদা। মাদয়গী পাউথুমনি।

মখোয় ময়াম্মা সেকেণ্ড ফ্লোরদা কাক্নসি হায়হ্না ইচা অনীমক চংখ্রে। ঐদি গ্রাউন্দ ফ্লোরগী মমুংহ্নদং চংলগা ডাইনিং হোলদা খেংলিবা লাইশিংহ্ন য়েংলি। প্রভু যীশুগী ফোটো ডাক্নি। পোক-পদগী শিবফাউবগী বারীহ্ন ফোটোনা ময়েক শেংনা তাক্লি। নাল্লবা ডাইনিং হোল অহ্নদা লাইব্রেরীস্থ ওইশিল্লি "শঙ্গ্রীলা" হায়বহ্নবু স্থম-দৌরিত্রা হায়না খল্লকই। লৈরমলিবা সিষ্টরশিংহ্নগা তানহ্না ঐখোয় প্রভু যীশুদা খুৎ-লোয়হ্না করিগুম্বা খয়া নিজরে। ঐনা যীশুগী মরমদা ইবা লাইরিক খয়া পুরহ্না খোল্লক্লে।

ইন্দিরাগা কিয়নগদি হায়গী ফমফমহ্নদা হায়না ফমহ্না লৈরমলে। ঐখোয় পুম্নমক অমুক হল্লসি হায়হ্না চংননবা থৌরাং তৌনরে। সিষ্টর রানীনা জৌলিবী মানবা অচাপোত্তু পুখো হায়হ্না চেরং অমদা য়োমশিল্লি। মখোয় লোইনমক ঐখোয়বু মখোয়গী গেট ফাউবা থিন্দোরকই। ওটোদা কাখৎলবদা মখোয়না ঐখোয়দা বিদাই পীরক্লে। ঐখোয়নস্থ মখোয়দা বিদাই পীরমলে।

## ২৩ শুবা পন্দুপ

ঐখোয় মুংখিলগী পুং ২ তাফাত্রিগী হোটেল খিড়োলীদা অমুক য়ৌরে। ঙাইহাক পোত্থারগা, ইন্দিরাহ্ন চাক থোংবশু ঙনমললি হায়রহ্না কৈলাশ য়াউনা মখোয় মরী মনা-মপীং খরগা চা-চিংগা লৈরুনি ; Mysore দা পুননবা পোং খরশু য়েংলুনি হায়রহ্না চংখে্‌।

অয়াম্বা মতমদা, ইথস্তা কা অহ্নদা ঐবু খোং ঙাশিল্লগা মখোয়না হেক্তা থগীয়শা—। ঐ মুমিং অহ্নদি পুক্রিংসি খংমুং মুংশিয়কই। কৈলাশনা টিঃ ভিঃ থাংজিল্লহ্নতনা ঐগী ঙাইহাক্তং পোত্থাহল্লবগী মচাক অমা ওইনরি।

নভেম্বরগী ১৪, অঙাংশিংগী খ্বাইদগী হরাউজবা মুমিং হায়বদি — ঐখোয়গী মুংশিজরবা পণ্ডিত জবাহরলাল নেহেরুগী মপোক মুমিং ওইবনা জয়পুরগী অঙাংশিংনা থৌরম কয়া পাংথোক্লি। অহানবদদি ঐহাক টিঃ ভিঃ য়েংনিংদে হায়রহ্না প্রভু "যীশু" গী লাইরিক্ত পাহ্নবা মাগী তঙ ময়ামহ্ন ইথস্তা নৈনহ্নবা লেল্লম্বনি। অদুবু মুংশিয়বী মুপীমচা অমনা খীবা শৈরেং ফজখ্রবা অমা তাম্রকপদগী লাইরিক খুমজিন্দুনা টিঃ ভিঃ-দা পুক্লিং অমুক চংলুম্বি। সিষ্টরশিংগা কায়নরবা মতুং অসিদদি অমুক মুংখিলসি শাংবা হেনগংলবোয় নিংই। জয়-পুরগী অঙাংশিংনা শৈরেং খীবগী কম্পেটিসন, ঈশৈ শকপগী মতুংদা জগোয় শাবগী মথং-মথং উৎলহ্নবা খুবাক খুরুকপদ্রদা ঐস্ন অঙাউবীগুম্বা ইথস্তা খুবাক প্রোক-প্রোক্ খুরুরি। কনাম্ন লৈতবা কা মচা অদুগী ফক্লাং চাংজো মরীনা ঐনা খুবাক খুবগী খোঙ্বাং য়ৈরকই। খল্লকই, ঐগী স্কুলগী ছাত্রশিংনা নেহরুগী মপোক মুমিং পালন তৌপি, কয়া হায়হৌবহ্নগী মরমদা।

চায়হনা মাগী কাকদা কয়িনো, কয়িনো উাংলি। ঐনা পাম্বী হায়হনা তিন্নোগা আনুগা খাংডৌ ভৌরগা খমজে, অদুগা ঐবু কৌয়দুনা হায়রকই— ইন্সোইমা কাকগা খংনরমগনুকো। ঐখোয় কুইনা লৈরক্লোই হয়েং হেক্তা হল্লকনি। মুংঙাই মুংঙাইবা রাখল খন্দুনা লৈরম্মুকো হায়না পুকমেন পাউমেনজরি। কিরনম্মু অহুমগুয় ঐনা মুংঙাইখিরোই হায়বা মতাগুম ইনেম্মা ঐখোয় চংনুখিগে কুইরোই মুংঙাইনা লৈবিরম্মু হায়না তাক্লকপা হৌরক্লে। মাগী কাকাম্মু কৈলাশম্মু মখোয়বু গাড়ী মখোং কাউবা খিন্দোক্লনি হায়হনা কি শেংচিল্লে। মবায়গী খরচ ওইননবা হায়দনা পৈশা খরগা পীরে। মখোয় লোইনা পোংয়োম পুরহনা কা অদুদগী মপাল থোকখে।

ইম্বিরাগ, কিরনগা লৈতবা কা অদু ঈচীক চীকই। অয়াম্বা মতমদম্মু চীকইদি হায়রবু, মুমিং অহুদনা হেম্না মতাম ওইনা চীকখে। ঐদি প্রভু যীশুগী পুন্সিগী রায়ীহ্ন পারম্বদগী চাকচমাং অদুদা তুনথখে। পুংখায়মুক লৈয়গদি, খোংদা কাক কাক থীল্লকই। ঐনা খংপ্রেক খংনা য়েস হায়রগা হৌগংনবা হোংনৈ। শান্তেল তৌবদা ফনা কুইনা চংই, পাক হেক হৌগংপা য়ারে। খোংদা লেপ্পীবহুদি ঐগী ইতৌ খংদবনিনা য়াম্না লাংতক্লবগা লোয়ননা খোং হাংদোকপা ওইরমগনি। ঐনা তপনা-তপনা চংতুনা খোং মনাক য়োরে। মুপী ওইবীগী চিংনগনবা নত্রগা অশোনবা মতৌনা খল্লকই— ঐনা খোং হাংনুরগা মী ফত্তবকা ওইরমলবদি কমদৌবা! খাই লাউই ইশাদী। অহবু হাংদবা য়াদবনিনা হাংদোক্লে। মশা পায়প তৌবা, আনোক হাপ্পা, পাখং মচা অমনা মাংথারহনা কিরনগী লেংগা ওইগনি মুপী অমগা চংমীম্বকই!

ঐনা, মতম কুইরবগী তুংদা ঐগী কাদা মৈতৈমচা চংলকপা উবদা হয়রাউজখি। অকীবা পুন্নমক লৌংশিন্দুনা কনা উমবীগদবনো হংখি।

মখোয়না— মেনেজরনা ঐখোয়বু রুম নম্বর ৮ দা লৈরিবশিং অহুপা খঙনত্রা য়েংলুচো হায়দ্না থাজিল্লকপনি।

— কৈদৌউঙ থুংলবনো হায়না ঐনা মখা তাক্লই।

— পাথংমচা অহুনা ঙরাং থুংলবনি "ইমা" হায়না খুমলকখি।

মাগী অকোনবগী "ইমা" হায়বা রাহে অহুনা নাকোং অসিদা হল্লা-হল্লা য়ৈররে। খঙহৌদনা কংলমলবা থাজ অনীদা অমত্তগী ঊথক হৌরকই।

ইমা, অম্মা, মাদর, মা, মাজী লোইনমক মরী লৈনৈ। পুম্নমক ইশম শমনৈ। খোম্হোক্তা খিত্তং খেন্নজবগী রানি। তুংনফমদি অমত্তনি, হৌরকফমস্তু অমত্তনি। পুক্লিংদা ইতোমতা খনজখি— "ইচাম্নুপা চাউবোক অমম্তু কংলেদনা"। কৈলাশনা মম্মী কৌবা নত্তনা অতৈনা "ইমা" হায়না কৌবা তাখিদবসি ঙসিগী থায়গী মুমিং ২০ মিদি ওরম্নিগনি।

ঐনা মখোয় অনীবু কিরনগী ফমুংদা ফমহল্লে অহুপা রারী-রাতাই শানরি। রাজং য়াউদনা পাউখুমদি কয়ম্না ফংগনি। অসি খল্লুহুনা ঐনা হান্নমা হংলুরি— ইবুংঙোখোয়দি করি লমদগীনো ?

খরা অহল ওইবা নাত্তোনশুমাংগী কোই ফজনা থাকপা ইবুং-ঙোহুনা খুমলকখি— থাংমৈবন্দগীনি।

— মফমসিদদি করি থবক্তী লাকপনো

— মুপামচা অসিগী মমিং চনবা লাকপনি অহুদা শেল কোয়দহুনা খয়া ঙাইনখিবা তারি।

পাখংমচা অহুনা অমুক— ইমাখোয়দি কনা-কনা লাকপগে, করি লমদগীনো ?

— ইমাখোয়দি শ্রীংজমৈদগীনি। ঐনে, নখোয়গী পাবুংহুনে ইচেগী মচাম্নুপী অমগা ইয়া মুপাহুগা, ঐখোয় মরীতমক লাকই।

— মখোয়দি কদায়দা চৎখে ?

— মখোয় অনীহ Mysore দা চৎকনি হায়ত্না পাবুংদ্না খিন্দোকপা চৎখি। ঐনা অমুকস্থ পাখংমচাদ্দা ইচাগী মিংদি করি কৌই, হংই ?

— "রনবীর" কৌই ইমা !

অকোনবগী রাহৈ অদুতং তানিংদ্না তৌবনি। অঙকপনি, মতম হায়বসি "ইমা" হায়বা মিংখোল অসি ফংলেনেসে !

ইবুংঙো অমদ্দা অমুক সোমগী মিংদি করি ? হয়েং অঙাংশিং হন্নক্লগা রারী শাগে তৌবনি।

— ঐগী মিংদি "খানিল" কৌজে। Mysore চৎখিবা ইয়া-মুপাদ্গী মিংবু করি কৌবগে ?

আ—মাগী মিংদি কিরন কৌই, নোংমাইথেমনি।

— কদায়দগীনো ? য়াইস্কুলদগীরা ?

অং – য়াইস্কুল, মোইরাংখোমদগীনি। খঙবত্রা ?

হোয়— খঙবৈ ঐখোয়গী "ষ্টাফনি।"

ফরেদা অদ্দি ! মখোয় হন্নেং হন্নকনি হায়রম্মী, অদ্গা উন্নৌকো। অস্থুম্না ডাংনেরিঙৈদা মখোয় কাকাস্থ হন্নক্লে।

## ২৪শুবা পন্দুপ

"চানিংবা ইশ্বাংনা" হাউবনি। "তানিংবা ঈশৈনা" নুংশিবনি। "নুংশিরবা মীহুনা" ফজবনি। ঐহাকস্তু ইন্দিরাগী তিহ্লো কাংডৌহ য়াম্না থবায় তানা চাজরগা পোথারে। নুংথিলগী পুং ১২ গা মিনিট ৩০ চংলমলে।

মখোয় কাকাদি নুংশাদা চংসুবদ্দা বারমাল্লে তাখিবদা ডায়-রিভৈনা তুমথখে। ঐদি অয়ুক্তস্তু তুমখোক্লুবনিনা পাক্লা তুমদ্রে। খল্লকই— মখোয় অনীদ্ ইন্দিরা লৈরমলবদি চা থকমিন্নরম্বা য়াবনিদো! ফরে, হয়েংদি লাক্লনিবনা! অহুগা অমুক থকমিন্নবা হায়বহুনি।

মীনা হৈহ চাবা উরগা মতীন চুমদ্রবা মীদ্ তাইবং লোনচং বাংমা লাল্লবনি। "মহাক অদ্ কুইররোইদবনি হায়নৈ। ঐদি ইন্দিরানা হৈহ চাবা উরগা ইতীন চুমই, শিখিরোইদমাল্লে। অদুবু করমদি তৌনি, "য়া কুম্বনা চাবদি য়াদে।"

শিংলবা তাইবং মীওইবনা শা-ষণবু ঈশিং পীথরুবগীদমক পুখি, তুরেলদা পুথবদি ডম্মী অদুবু থক্লীংদবা মাবু ঈশিং য়োংহনবদি, শিংলবা মীওইপোক্তা পোক্লবা কনাগী মতীক লৈবগে? অস্তুমনা ডাইহাক পুঙ্গোয় থল্লিভৈদা মখোয় কাকাহু মীংকপ থোক্লক্লদুনা রা ডাংবা হৌরকই— ঐখোয়স্তু ডাইহাক্তং লৈরগা কৈলাশকা Museum য়েংবা চংলুসিদনা।

হোয় চংলুসি খুম্মী চীন্দদি, দেহেদি নুংডাইতে! ডরাং Assissi Nilaya দা চংলুবগী খুবোম চিংখাইবদ্ ফত্রি। অস্তুমনা নম-নমহুনা খরা চংথোকপনদি ঐভোন্দা কায়গনি খডই।

নুংথিলগী পুং ২ তাশিল্লক্লে। কৈলাশতু মাগী কোন-লীক খরা সাফায় তৌরি। নাক্লবহুগী মফি-মরোলস্তু শুদোক-চামথোক্লুবা

লোইরহনা চংলকই। থোং ময়া কারণ লৈবদুদা ঐমা উদুনা মাবু কৌশিল্লগা হংই— নংগী সিন্দুরকা লৈজবা ? লৈ পুথোরকে হায়রম-লগা মাগী কাদা চংখ্রে। অমুক থোক্লকুনা মম্মীনা অপাম্বা মখৈ লৌ হায়রহনা ময়োম অচৌবা অমা পুথোরক্লে। ময়োম অচৌবহগী মনুংদা ময়োম মচা-মচা কয়া অমা ররর বেন্ডনা পুনশিন পুনশিন্দুনা য়াউরম্মী। মানা ময়োম অমমম পায়রহনা তাক্লকই— মসিনা রামে-শ্বরমগীনি, সিমনা কৈলাশপতী আশ্রমগীনি, মসিনা আনন্দ আশ্রমগী, মসিনা টিরুপতীগী, মসিনা মহেশ্বরমপুরগীনি, মসিনা কন্যাকুমারীগী মথং-মথং। ইতোপ তোপ্পা চৌকনবা মচু অমস্থু য়াউরম্মী। মহনা কারটিকপুজাগীনি হায়না তাক্লকই। ঐনা পামলম্বদি Museum চংপদা লাইবক অসি চন্দন থিন্দহনা ইহাং হাংলে সিন্দুরদু খিজিক্লং নমগে'সিনি। অদুদা অঙাউবসিনা সিন্দুর বোড়া অমা পুথোরক্লগা ত্তৌরিবদু উরুবদা ঐদি তৌফম অমা খঙখিদ্রে।

ঐনা আনন্দ আশ্রমগী সিন্দুরদু খিজিক্লং লৌরগা নমলে, অহুগা থমজিনজক্লয়ো হায়দুনা ময়োমদু পীরে। মানা— ঐগীদি কোম্না অমুক খুরুম্বা চংপদা পুরকপা য়াই। অরৈবা খরসি মণিপুরদা পুখ্রো হায়রকই, ঐস্থু ফরেনে, ঐনা কোয়না চংতুনা খুরুমলুবস্থু উমদবনিনা পুদুম পুখ্রগে হায়দুনা চেরং অমদা হাপলগা থমজিনজরে। ইন্দিরা-গীদমক থরা অমস্থু য়োমদুনা থমলে।

কৈলাশতু Museum চংনবা হায়দুনা মফি-মরোল শেংলগা মাগী বোস-বু ঙাইহনা ফমলম্নে। ঐখোয়স্থু ইচম চম্বা ফি শেংলহনা কৈলাশকা লোয়ননা Museum গীদমক থোক্লক্লে। হেক থোক্লকপগা ওটো অহুমক ফংহুনা তোংখংলে। ওটো ড্রাইভরদা ঐনা তপনা থৌবীয়ুকো হায়রুই। মাস্থু ঐবু অনাবনি অদুমক খঙমাল্লে য়ামনা তপনা-তপনা থৌহনা ঐখোয় সাইন্স Museum য়োরে। লাইবক থাবদি নিংথৌকাবা মুমিং ওইবনিন্না Museum থোং লোল্লমলে।

কৈলাশতু চাননা ভাওরোদনা হায়বস্থু ভাওদেনে! Museum গী গেট-তা চুহিং কোল্লিবা অদ্দুগী চুহিং গিলাস অমমম মাঙ্গা লৈরম্বা থরে। Museum মঙ্গুংহ্ থোং কোল্লবস্থু মপানগী অকোয়বহ্নং য়েংলি হায়দুনা ঐখোয় চংবা হৌরে। মখাথংবা কোরনাক অদুদা হৈ-রা পুংতে মচিংবা য়াম্না য়োল্লম্মী। ঐনা পুংতোন চানিংই হায়বহ্নদা কৈলাশনা লুপা অনী পী হায়দুনা অমুক লৈরক্লে। ইউজিয়ুম লৈরিবা অদোমদা স্তুর চংশিল্লগা ভাইহাক পোথারে। মাংদা উরিরা লৈকোন্দু চংলগা য়েংলুসি হায়দুনা মখোয় অনীনা তকশিল্লকই। ঐদি থোঙ থাংবা শোকচিল্লক্লে। ঐগী ইতৌদুদা মখোয়স্থু তল্লমাগে হল্লসি হায়দুনা হোটেলদা অমুক হল্লক্লে।

ইন্দিরা লৈতকলিনা ওসিদি পুজারি অনৌবনি চেঙ চামলগা স্তুমদনি; কৈলাশনা লোইনমক তৌগদৌরিবনি। পুখমনা অমদা তেঙ্গোংনা অমদা। থাউ হৈরগা মখুমস্থু খুমজিন্দে। শঙ্গোমগী পাত্রদা থেংহ্নবা অমুক হৈদোকলুই। ঐদি কমুংদা হিপতুনা য়েংলবনিনা মিংসি নারে। হৌগতুনা শিললুবস্থু ওমদা ওস্থোকপনি মুপানা য়ুমপুবা হায়বসি! বোস-গী মতৌহ্ন উবদা কৈলাশতি নোকপনা লোইরে। নোক্না নোক্না মাগী বোস-গী মতেং পাংশিল্লি। পোৎ-চৈশিংহ্ মথং-মনাউ নাইনা থম্মী। অস্তুম্না মুমিদাংদুগী চরাদি পাকর তাউরগা, হন্নাইথোংবা অমগনা লোইশিনখে।

হেক তুমস্থু খিৎতং ওনমল্লি হায়হ্নবা মাদর আমেলিয়ামা পী-রকপা Psalm অহ্ পাদুনা লৈরি। কৈলাশনা করি পারিবো মম্মী হংলকই।

ঐনা— Psalm পারিবনি খুমই। মহ্ নত্রবদি অতৈ লাইরিক লৈত্রব্রা? কৈলাশনা মখা শমথরকই।

— কৈদৌরগে মসি পারগা? চুম্না অরা পোথারিবনি। ঐগীদি মসি নত্রবদি কৈহৌনি বংনা খঙলিমহ্নমক্তায়।

কৈলাশতু অশেংবা হিন্দু অমা ওইনা, মামা এবু খৃষ্টিয়ান-গী লাইরিকশিংহু পাহনবিংখিদবনি। মাগী মাদগী লাইরিক ২/৩ পুথোরক্লদুনা ঐৎোন্দা পীরবে। "রামায়ণ" অমদি "ভক্তরাজ হনুমান" কৌবা লাইরিকুনি। "ভক্তরাজ হনুমান্দু"-হায়রা পাহুনা য়েংই মায়া যরৈ। খণ্ডবদা কারবা রাকম য়াউরমলগা মখাদা টিগ তৌহুনা থমই। "লমদা থাগী পুর্ণিমা নৈবাকপোকপা নুমিত্তা আনজনা সতীগী গর্ভদা ভগবান শঙ্করনা যোংগী রূপ লৌহনা অবতার তৌরকখিবনি।"

মখা খরগা অমুক পাথহুনা য়েংই। পারথৎলকপা থাগী মতৌগুম্বা নোংম-নোংমগী হম হম চাউরক্লীবা অভাং "হনু" না মমাগী মতম্বাক্তা কাওহুনা শারবা উরগা বাযু দেবনা থোইনা হেন্না মুংভাইরৈ। কৈলাশতা— নং অমুক পাথরকউ অশি হায়হনা লাইরিকতু লানশিল্লি। ফজ ফজরবা রাহৈ রাতা কয়া থেংনৈ। ইথন্তা অমুক খল্লকই "মী-ওইবগী নৌশিং গ্যান, তানশিনবগী লোইবা খম্বা নৈতে।" কৈলাশতু তুমনিংলে হায়হুনা মাগী কাদা চংখে। ঐ ইথন্তা ভাইরবহুদদি মণ্ডল মণ্ডল খন্দুনতা নৈরে—

ঐখোয়না ফংলিবা-উরিবা, তারিবা, য়েংলিবা পুম্নমক অসিদি সমুদ্রগী মপান্দগী নৈভোয় মরীক অমত্তং খুনগৎপগুম্বনি। "ঈশ্বর" নত্তবা জিব অপুম্বা পারফেক্ট ওইবা অমত্তা য়াউদে।

কনাগুম্বনা করিগুম্বদা নং সমুদ্র উররবা হংলবদি উত্রি হায়না খুম্বা তাবনি। মরমদি— সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা লেপলগা সমুদ্রগী মচেং অমত্তং উজবনি। অতিয়াদি উররা? অতিয়াম্মু উত্রি— ঐগী ইকোক মথক্তা নৈবা অতিযাগী পীক্লবা শক্তক অহুতং উবনি। ইমা নৈবাকপুদি মশক খণ্ডলত্রা: হংলক্লবদি কমদোবা। মহুদস্মু, ঐখোয়না ইমা নৈবাক্কী গুণবুদি তাবা ফংলে অশেংবা নত্রগা মপুং ফাবা শক্তমদি উত্রি হায়না খুম্বা হায়বসি তভায়ফত্রবনি।

ঐখোয়না চৎলু চৎলুবা, থুংলু থুংলুবা মফম অহুতং উবনি। পৃথীবী ইমাগী মপুং কায়বা শক্তমবু করম্বা পুন্থ চেনবা মচানা কজনা উবা কংগ্রবগে? সৌরজগৎকি মনুংদা লৈবা পৃথীবীনি, পৃথীবীগী মনুংদা লৈবা সমুদ্রনি। সমুদ্রদগী হেন্না পাক-চাউরবা অতিয়ানি।

ঐখোয়না করম্না অতিয়াবু মনুং হুনজম্না উরে হায়না বর্ণন তৌ-রুগদৌরিবনো। অহুমদি ওইরগা, অতিয়াদা থোক্লিবা মুমিৎ, থা, থবানমিচাক, সপ্তঋষি মণ্ডল অমদি ধ্রুব তারা; মরক মরক্তস্থ সজিক-থাববুদি কজনা উবা কংইনে।

## ২৫ শুবা পন্দুপ

মখোয়গী কাকাদি মখাদা হকচিক লাংউনি হায়না কুমথখি়। কুইমনখ্রহুনা ঐনা কমুংদগী হৌগত্তুনা সেন্ট্রেল রুমদা থোরক্তুনা মাবু হল্লকপা ঙাইরি। মতম কুইরে ঐনা সেন্ট্রেল রুমগী থোংনাউ ময়াদা লেপলুদবা! কৈলাশকা খঙনবা নুমিত্তা ঐনা কমলস্বদগী ওন্থহুনা ক্লোরদা ঙাহনখিবা, অতেকপা চৌক্রি অহ হৌজিকফাওবা শেমজিন্দনা তাহুনা অহুমক লৈরমলি। ঙাইহাক্তং মাবু ঙাইবা ওইনা থোংনাউ ময়াদা হকচিক লাংগে লেপলুই।

ঐনা লৈরিঙৈদা, বঙ্গলোর সিটিদা নুমিৎ অহুমক্তদা, খুদক অহুদা মৈ মুংপা নুমিৎ ওইনা থোকখি। মমলিঙৈ চৈরক্তা মশীং লাকঙমত্রবা থরানমিচাকশিংবু মশীং থীগে হোৎনরুরি। নিংথৌ তুরেল ( Milky way ) না লক্নরকই— "ঙমদি ঙমলোইদবদা করিগী থরান মশীং থীগে তেমশিংলুরি।" অমুকন্থু, নিনি পানবা থাজনা ঙন্না মমী শামলরুবদা ঙাইখো, চৎখিপনু হায়না খাম্বা লাক্লরি। থাজনা লৈচীন মরুমদা লোত্তুনা হংলকই করি তৌখিসিগে? ঐনা খুমখি—

— হে থাজ! নংদি অরাংবদা থোকপনিনা পুন্নমক উন্নমগনি। মহাক্না ঐগী মরোয় মনাউশিংবু ( Young ones ) খন্না য়েংশিনবীরম্মুকো। অস্থমনা নুংখিলগী মতমদা উওমত্রবা, হায়ওমত্রবা কয়া অমস্থু ঐনা অমম্বা অহীং অহুদা উরকখি অমদি হায়রুরি।

মহাক্না তুংলোমদগী ইখঙ খঙহৌদনা হায়রকই— য়েংউ মন্মী, নিংথম চংলকপগী লৈচীন মপৈ মপৈনা লশিং মফোলগুমনা অতিয়াদা য়াংনা পাইহুনা শান্নরিবশি ফজত্রা? ঐদি মহাক কাখংলকই খঙহৌদবনা ইখং হেক খংলুরে। হাইমা! হায়হুনা ওম্ভোরকপদা মাগী লাইবক্তগী অঙাংবা সিন্দুরহু উরকই।

ঐনা মংলান্দা উথিবা মহাক অহুগী শক্তমবু লাকশিল্লি। ইথন্তা চাং তম্নহুনা য়েংই— ফাদর বেপটিষ্ট, কৈলাশ, কিরন, আনন্দ, প্রসান্ত অমদি মহাক। ঐগী মংলান্দ উথিবা মহাক অহুগী শক্তমদি লাপনা খোঙ্গুল লীরুদ্ররস্ সু ইনক ময়া লৈরমলে। ভাইহাক্তংদি ঐহাক পৃথীবী শীনবথুংনা মমিং লৈরবা আরকিমেদিসকুম্না ইউরেকা, ইউরেকা হায়না লাউরসিরা খল্লরে।

ঐনা মঙোন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈবহুদা, করি তোৱে সুম য়েংহুনা লৈরবদি হায়বগা লোয়ননা সনা মচুগী লংলরা খুজি পেকেট অমা পীরকই। হায়রকই – সে ইন্দিরাগীনি থম্জিনবীয়ু। মানা মখুজেং খরা পীরুনি থন্দুনা সাইজ মচা লৌরকপনি। নংগীসিনা খরা চাউবা হেল্লি হায়হুনা শিজিনবীরকই চপ হেক চারেদনা হায়হুনা খুং পায়হুনা য়েংই। থাবলগী মঙালনা অরংবা খুজিদা য়ৈরগা থকতোল্লকপা মঙালহুনা অমুক মহাক্তী লাইবক্তা তাশিল্লিবহ্ সনা অহিংবা কুচুনি।

তশেংনমক মহাক্তী আত্মানা ঈশ্বরগী শক্তম লৌহুনা ঐগী মং-লান্দা উথিবনি। অহুগ্না মানা ঐবু মক্ষম অসিদা অমুক স্বয়ং ওইনা পুবিরকখিবনি।

হিন্দু দর্শনগী শাস্ত্রগী মতুংইন্না মুপা হায়বসিদি ঈশ্বরনি মপানি। অহুগা মুপী খুদিংনা মমানি। ঐদি মুমিংচুপ্পা অসিগুম্না অঙক অঙকপা রাখলদা তাউরি। হেন্নহুম লুবা মক্ষমদা অমুকস্থ কুমথরি— অসিগুমলবা ঈশ্বরগী শক্তম লৌরবা মুপাশিংবু থওইদবা কয়া অমস্থ লৈরি। অমরোমদা মমাগী শক্তম লৌরবী দেবী কয়াবু শেবান্ননা লমজিংবীবা অমদি ঈকায়খুম্নবীদবা মীওই কয়া অমস্থ লৈরি। অহুম্না মেন-মান তাদনা চয়েংনবা রাখল খরনা হেক হেক ঐবু পুল্লরি।

মঙোন্দা হাইকেতুং কোন্দুনা চংলসি হায়রহুনা ঐখোয়গী কাদা চংহুনা পোখারগা ইচা অনী Mysore দগী হুল্লকপা ভাইবোইনা মহৈ

মহৈ ফমুংদা চংলক্লে। মৈস্থ অমুক লাক্লমক্লে মথক্লগী শিল্লীং ফেন উন্না লৈবা হৌরক্লে।

তাং ১৬ নি অমুকী পুং ৭ রোম তাক্লমলগানি। পংথেং থেংজি। কৈলাশ অমদি মখোয়গী বোস মখোয় অনীমক চেণ্ড বাল্লগনি হায়রগা মখাদা কুমখি। ইথক্তা ভাইরবক্তদদি Psalm পাক্লা হায়বদিমুভার! ঐহাক Psalm-বু য়াল্লা থল্লায় য়াউনা পাখি। তানগুমকুদ্দা থোংদা তাপ; তাপ্র থীল্লকই। ঐনা কন্নাবো চংলকউ হায়খি। খজ্জিকত্তং মকোক লৌংশিন্দুনা য়েংলকই। উরে, ভত্রাং লাক্লম্বা অঙ্গাং রনবীরনি। মখোয়গী কাক্লা থাগিল্লহদি য়াউরক্লে, কন্নাবো মী অমা উন্না চংথি হায়। রনবীরবু কিরনগী ফমুংদা ফমহল্লে। অহুম্বা সিট্টরশিংনা হাপলকপা জৌনীবী নমকিন্দু পুথোক্লনা পীখে। চাদি ল্লোনবা ভমান্নি, ইনাখি হায়রনা ইথক্তা পেনদবক্ত ফোংদোকই।

— ইমা চা থক্রবস্থ য়াজয়ে খুমলকই। ঐনা পারম্বা লাইরিক্তু খুমজিল্লগা হংই—

— ইবুংঙো নংদি নচীন নক্লাক্ত কয়া পোকই?

— মরীনি ইমা, ঐনা অহুমনি। মান্না মথা তাক্লকখি।

— নুপা কয়া, নুপী কয়া?

— নুপা অহুম, নুপী অমা। নুপীক্ত প্লোক্লমলগা ইমাক্ত লৈল্লিক্লে হায়রগা রনবীর মক্ল লুকক্লথ।

ঐনা বিক্কু বিক্কু শোন্দুনা থাংই। অহুম্বা অমুকস্থ — বাবাদি কদি ওফিস-তা লৈবগে হংই?

—P.W.D. দা লৈ। E. E. নি।

— কয়াম রহা অহলনো? হায়রবদি অতোপ্পা ইমাকপা?

— 50 above নি। ইমা লম্বা লৈল্লে। ঐখোয়গী ল্লাইরক ফবা অমক্তা ইমাগী হেক পোকস্লিরবা ইন্দোমচানি! ঐখোয়দি ইন্দোমচা অহুম কৌরে হোংদোকপা ভমদবদগী। ইচল্লুদ্দি ইমা, ইমা কৌই।

ঐনা — খঙদেদা ইবুংঙো, অশিবতনা মাংজৈ হায়হনা রাতেম্মী। রনবীরহ্ অথুপ্পা অমত্তা লৈতে মবুক্তা। নোককে-নোককেৎ তৌরহনা ওয়োয়ো ভাংথোরকপহ্দি কয়া মুংশিজরুরে। ঐনা হৎবগুম মানস্থ খরা হৎনিংলি।

হায়রকই— ইমাদি করি ওইনা ঙমদবনো?

— ইবুংঙো ইমাগীদি খাং নাবদগী লাই হেক্তা য়াউই। ১৯৮৭ দগী রারকপনি। ডাঃ য়েংবা ইলেপ লেপতে, অহবু হন্দক্তি খংহেন হেনজিল্লক্ত্না মক্ষমসিদা ওপরেসন তৌনবা থারক্লবনি। জেঃ এনঃ হোসপিটালদস্থ প্রশান্ত কৌবা ইচাগী মরূপ অমনা পুখৎতুনা হাপ্পা অমস্থ লৈরক্লবনি। মানা লময়াল্লমত্রবদি ইমাগী অনাবসি স্থমক য়োক্ত্না লৈরমলগনি। অস্থম্না ঐস্থ অথুপ্পা লৈতবা ওয়ো-য়ো হায়দোকখ্রে। রনবীর ইবুংঙো, ইমাগী রারীদি ভারত, রমায়নমুক শাংই। নিংশিংলুরগা খঙহৌদনা মীৎত হন্না-হন্না ঈরা চেল্লকনি। স্থম্মক তেনশিল্লসিকো। চেঙ রানবা চৎখিবশিংহ্ য়োরক্লে। য়েক্লমগা শেমগস্থ লৈরকই। শেমদ্ খোক্ত্না রনবীরগা ঐখোয় চাম্মিন্নরে। মাস্থ কাকা লাক্লখনি হাযদ্না খোকখ্রে।

মখোয়গী বোস-তু কৈলাশকি কাদা ঙাইহাক অরা পোত্থারুগনি হায়দ্না চংখ্রে। অমুক্ত্দা টিঃ ভিঃ দা করি লাকপনো খঙদে। টিঃ ভিঃ কোন্দুনা পুং ১১ (তরামাথোই) তারফাউবা চাকক্কা অমত্তা থোংদবমখৈ অহুম লৈথোকখ্রে। ঐস্থ হায়ররোইদো খন্দুনা করিমতা হায়ক্লদ্রে। অমুক তুম, অমুক্না বাথ-রুমদা চং, তৌহনা মতম ভায়হনা লৈরে। উচীন-মাচীন্না থোক্লকতুনা চাকতু থোংলরে। হরাই থোংবা, পাকস্থ অমদি ওমলেটকি মথেলনি। হায়রকই — চাক চানবা তৌরসি হোগৎলো। অসি হাযদ্না চাক থাঙ্গৎনবা চৌক্রিদ্ থাং-জিল্লকে তৌই। ঐনা— য়ারে থাংজিনবীরক্লহ্, চাক চাররোয় খুম্মী। নখোয় চারো অমুকস্থ হায়রুই।

রা অনীরক হন্না ঙাংনদে। ঐনা শাউদনা হায়রিনি হায়না খঙত্রা খঙত্রত্রা হায়বগী ভাব অমত্তা ফাওনদে। কৈলাশনা— মাম্মী, খানা খাওনা হায়দনা অমুক থেমলরে। ঐদি চাক লাম্বগী রাখলহনা পংশাউ হেক শাউনিংলুরে। কৈলাশ নখোয় চাথোক্লো, ঐদি চাররোই হায়দোক্লরে। মবাম্নীমক চাক থিরগা কৈলাশকি কাদা থাংলগা টিঃ ভিঃ য়েংনা য়েংনা চাখে। ঐ মুমিংতু ইনথংলক্লিবী নহা অমগুম্না ঈ য়াম্না কাখে। নিংশিংলকখি নোংমা হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা সিষ্টর ব্রিগেটকী মাদর অমেলিয়াগা ঈশিংগী মরমদা শংনররকপহ্নি। করিস্নু লৈতবা রাকম অমদগী অনাবদ নিংঙাই ফজনা তৌখিবনি করিস্নু লৈতগা রাকম্নি হায়বস্নু য়াদে। অমরোমদা বাথ-রুমগী ঈশিং অশাবা হায়বসি বোইলিং পোইন্ট থক য়োনদে অহনা মাদরনা হঙ্গোইখিবনি।

ঐগী অশাউবস্নু অসিমঙায় অনাবদি য়ারিমখৈ পুং ১০ গী মমাংদা চাক চানবা হোৎনগদবনি। খিত্তং ফররকপদা থৌশাবীরক্তবা। ইচা ইন্দিরাদদি ঐনা ঙাংবগী ইত্তীক লৈদো। অহম্না ভাব তারক্রুবসিদদি কমদৌনি, লাম্না লাম্না তোকপশিঙায়দনা।

মখোয়না চাবা লোইরগা কৈলাশতু চংলকই। চংলকই— মাম্মী করিগী চাক চাত্রিবনো? অনাবনা চাত্রবদি কত্তেনচিংবা হায়রৈ। ঐদি ফীক্লপ খুমজিন্দুনা হিপলি। লাম্বনা ইশাশি থক-থক নিকই। কৈলাশনা ঙাংবহৃদা খুম্বফাউবা ঙমত্রে। মোনহ্নস্নু পিনা পুপলুপ লুপলে। মহৌশাদি থেম্বা য়াম্না কনবনি। মখুৎ চল্লবসিদদি নানথোক্লরোই মতাগুম্বনি। ঐনা নোংমা কিরনদা হায়খিবহনি— "নখোয় কাকাদি মপুকচেল অসি মুপীগুম্না য়াম্না থোৎপনি অদুগা করিগুম্বকান্দনা মুংদগী হেম্না কনবস্নু য়াউরকপনি। ঙসিদি মহাক তশেংনা মুংদগী হেম্না কনখে। ঐনা কৈলাশতা শঙ্গোম গিলাস অমা হৈরকউ হায়রহনা হৈহল্লগা থকচীল্লে। অযুক্কী চরাহুমদি শঙ্গোম গিলাসতুমনা লেল্লে। মুংথিল পুং ৪-৩০ চপ চানা ইচা অনীমক থুংলরে।

## ২৬ শুবা পন্দুপ

মখোয় অনীনা হেক হল্লকপগা ঐনা চাক চাদবগী পাউহৃ তায়-জাংনি, য়াম্না পাথংনা চংলক্লুনা হংলে – কৈদোরে চাক চাত্রবদি ?

ঐনা - নখোয়নিহুম চাখোক্লো ঐদি হকচাং ফুংঙাইতদ্না চাত্র-বনি হায়মা খুমজিল্লে। মীশিং অনীদ্না ঐগী ওইদবা পাউথুম অদ্বু কর্ম্বিহু থাজখিদে। ইন্দিরানা হায়রকই— ঐনা হায়বদ্নিনে ! ইঙ্গোয়বেমনা খরা কেৎনে, ঐখোয় কাকাগী মতৌমক্লে চপ হেক মাৈন্ন। ঐনা কাকাগা খংনরমগন্থ হায়ত্রা ঐদি হেক্তা খঙবনে, হোয়দা নোংমা ফাদোক খংনবা হায়বসিস্থ ফুংশিনবা হেনগৎনবগী মচাক অমনি। অসি হায়দ্না ঐবু নোক্লবা কম্না হোৎনরি।

কিরন-না— ফরে ইন্দিরা ! নফিহৃ য়াম্না থুজা হোংদোক্লো অহুগা ইনেম্মগী চাক খিতুং পীজনবা হোৎনরো।

ঐনা— নাথৈহুনা, থানিলগী রা কিরন্দা তম্মী। কিরনহৃ মফি হোংলগা থানিল উমক্লগনি হায়হুনা মখাদা কুমখে। ঙাইহাক লৈরগা কিরন্ন মাং থারন্না রনবীর, থানিল মখোয় অহুম চংলক্লে। মখোয় মশেল Mysore চৎলুবগী ফুংঙাইরবা রান্নী কয়া শানরি। হোটেল Maurya গী নানবগী মরমদস্থ পল্লি। বৃন্দাবন গাদমগী মরমদস্থ থুংশেমগী ঈশিং পেরেশিং মদ্দা হৌরিবা লৈ-শুশিং পুম্নমক্কী রান্নী মথং-মথং ঐদি, ফীরুপ খুমজিন্দুনা মখোয় উহন্দনা তিন য়োংচবা নত্তনা করিদি তৌরুনি।

মচেম্মা ইন্দিরাগা, রনবীরগন্থ কনাগী মচানো, করিমো, হংহুনা রান্নী রাতায় শানবদগী ফজনা খঙনরে। ইন্দিরানা রনবীরদা হায়রখি – "হয়েং ঐখোয়না চংলমদাইদা নোংম-নীনী রাংলিঙৈদা পুম্না চাক চরা

অমা চাখিন্নসি। রনবীরখোয়নস্থ হরাউনা চাসি হায়বা য়ারে। অস্থুন্না তাং ১৭, ১৮ দস্থ লেপতনা মখোয় অনী মুমিং খুদিংগী চংলক্তুনা মতম ভাইবা ওইনা ভাইহাক, ভাইহাক পোথারে।

অকোনবগী মুমিং তাং ১৮ অসিদদি ইবুংঙো থানিলহ মযুম নিংশিংলক্তুনা য়াঙাং অমা তৌরকখি। কিরম্না – সনা খরা লেপ-খিসিদনা হায়হুনা ফাগি ওইনা হোদোকপদা, থাখিলনা ঐগীদি য়ুমদা সনা লৈহৌই লেপলরোই খুমলকই। অমুকস্থ মথন্তা ঈকায়রকপগুম কায়বা য়াবা নত্তেকো হায়হুনা মখা তারকই।

ঐখোয় মীওইবনা অমুক্তং শোয়খিবদা, অশোয়বা তয়ারোম চোংথোক্লকই হায়নবহ য়াম্না চুমথে্‌। ঙসিদি থানিলহ মখোয়গী ইবেম্মা সনাবু তশেংনা নিংশিংলকখিবনি। মহগী প্রমাণ কিরন-না নোক্লহুনা হম্না হম্না ঐখোয়দা খঙহনখ্রবনি।

মথংগী মুমিং তাং ১৯, নভেম্বর অসিদদি, রনবীরগা থানিলগা চাক পীজরসি হায়হুনা মখোয় অছুম ঙা অমত্তংগা, অতৈ খরগা লৈরুনবা শেম শারে। রনবীরদি মুংথিলদগী হোনা চংলকতুনা, ঐখোয়গী পোৎ-চৈ লোইশিনবহ য়াউররি। মখোয়গী কাকাগা কিরনগনা রনবীরস্থ মার্কেটিং চৎলুসি হায়হুনা হোই। হয়েং অয়ুক্তি য়াম্না ঙম্না ডাঃ রহমন উম্নবা চৎকদবনি। প্রজেক্টেসন অমত্তং পীরমলগা তাক-লমসি খম্নরে। মুম্না খল্লবা মতুংদা, হৈ-রাগী পোল্লাং অমত্তং লৈরো হায়না য়ানরে। ঐনা চৎপদি চৎনিং ; মখোয়না তেনবাগুম শঙ্-শঙ্ চৎপহ মতুং ইনবস্থ ঙমদবনিনা হায়খি— "ইচা প্রশান্তগী ফুরিং অমত্তংগা য়াউবীরকউ।" কিরম্না হোয়, হোয় য়াউরকে হায়রমলগা কুমথখে্‌। ঙসিস্থ কা অহুদা ইত্তোমতা থম্বীরমলে।

মখোয়না হেক চৎখিবগা ঈশ্বরনা ঐগীদমক লেনবা য়াদনবা হায়-হুনা কৈলাশ অমুক থাজিনবীরক্লে।

ঐনা কৈলাশকী হংই— কদায় চৎলুব্বিবগো ?

— চিকেত ককপা চৎলুব্বিবনি !

— কবিগী টিকেতনো ?

— মাম্মী, ঐহাক হোস্তেল মুংদাংগী পুং মিপাললদা রম তোংহনা Manglore দা চৎলগমি।

— কৈদৌবনো Manglore দদি, কয়াম কুইনা লৈগদৌরিবা ?

— থবক শুবনি, থা অমুক লৈরগনি।

— চৎলু, চৎলু নপাস্নল কল্লিউদা তানশিল্লু। "পুন্সি হায়বসি থবক্তি।" থবক হেক লৈরিবমথৈ পুন্সি অসি লৈখিগদবগুমই অহুগা থবক্তা হেক লোইবদা পুন্সি অসি লোইরবনি নত্রগা পুন্সিনা হেক লৈরিবমথৈ থবক্তী অরাংপা লৈত্তবনি। অনেম-অরাং, চাউবা পীকপগী রাতনি ঈশ্বরনা পীরকপা প্রকৃতিগী পোথোকশিং ঐথোয়না লেমনা থক মাংহনকদে পৃথীবী ইমানা ঐথোয়দা শিন্থা পীগদবগী ভাইহনা লৈরে।

কৈলাশতু মাগী কাদা পরপ, পরপ চৎখে, অহুগা কোংগ্রেং মচা মচানা ফাংজিল্লগা লেংবা পরেং অশাংবা অহুমথক পুখোরক্লনা পীরয়ে। মাম্মী মসিস্মু পুখো। ভাইহাক লৈরগা য়ুবী মকুল শাবা তুপী অনী অমস্মু অভাংবা শাম্নবা পুখো হায়রহনা পীরয়ে। মাগী কা মচাগুদা লৈরিবা পোৎশিংদগী অপাম্বা পুন্নমক পুখো হায়রকই। আলাউদ্দিনগী লেমপ অমস্মু লৈ, মহমস্মু পুখো, ট্যেপ রেকোর্ডর অহুস্মু টিঃ ভিঃ অহুস্মু পুখো হায়রকই। ঐবা কন্নিবোনে অভাওবা নংনা ভাংলিহ্নবো! য়ুমদা টিঃ ভিঃ ট্যেপ রেকোর্ডর পুন্নমক স্নুনবা লৈহৌই কৈদৌনা পুরুনি।

কৈলাশনা খুমলকই— আদা লৈজবনা লৈজবনি। ঐনা পীজিংবগী রানিদা।

মাগী রাখমহুদা ঐনা খুমখি— কৈলাশ ইকুঙো! অংনাপীমিৎবা উবগিনা হেন্না ঐদি শেলতলে। শুদি পুরোইকো! নুমননবনি। ঐনহুম মঙোনা কখিস্‌ পীরম্মিংঙাই চৈতে খাবহুনা Identity Card তা নপসিখা ফোটো পাষ্ট-পোট সাইজ অহ শেঙ্গলগা কৈলাশকা পী। কৈলাশনা হৱাউনা লৌবগা লোয়নবা ঐবু খাগংল্লি। মাখী মম্মিদগী ছেমা ঐগী অপাম্বা কখিস্‌ লৈতে। নহাক অসি খ্রাইদগী পুকচেল চাউবী মমা অমনি। ঐনা হয়েং Manglore দগী হল্লকগা চংউনা মেকখোক্লগা খেংকনি হায়হুনা মাগী ফাইলদা ছেখিল্লা হাপ-চিনখে। কৈলাশ মফি মরোল্লনচিংবা য়োমশিনবা হৌখে। মাখা Naimital দগী লাকপদা তোংলকপা সাইকল অদুস্ত মখাদগী লৌখংলুরগা মাগী কান্দা পুশিনখে।

ৱনবীরনা হৈন্দা খাঙ্গা পোল্লাদে, কোল্লগা মাং খারদবা মখোয় কৈখেল কুমলক্লে। হেক মৌরকপগা ঐখা তপখিব. কুব্বিংতু নৈররক্রা হায়রবা হংই। নৈরক্লে হায়দবা ঐবু য়েংহল্লি। মমলদি ইয়াম খাবদবা ফজে। প্রশান্তদা শোয়দনা পাকচরগদ্দি হায়হুনা বেখ-তা হাপচিল্লে। ইন্দিরাস্ত মানা লৈনিং লৈনিংবা খরা লৈজররকবদদদি হৱাউ হৱাউবা চাক খোংগংখে। ঐনা— "ওসি অথেংবদা' কৈলাশ' Manglore দা চংখদ্দি" হায়না মখোয় মরীমক্তা তমই। মতমসিদা কৈলাশশু চংলক্তুনা ইন্দিরাদা চাক হাপীকরমু হাঙ্কয়ে।

ইন্দিরানা— হৈমা! করিগীনো, চাক খরা চারগা চংলুদনা। মাগী চাক খওইদবসি তৌরক্লরিনি।

— অতৈগী নত্তেদা, বস তোংবদা মুংঙাইতে তল ওইন চারগা মুংঙাইহুনা তৌবনি— খুমলকই।

মখোয়গী বোনস কৈলাশতা ঐখোয়স্ত্ত হয়েং পুং ১০ ৩০ দা বঙ্গলোর গোহাটি Mail দা Howrah ফাউবা তোংখগনি অমী।

কৈলাশনস্থ ঐখোয় তাং ২০ দা চৎলগনি হায়বসি হায়দগী খংলবনি অহবু খবক্লা য়াদবনা মানা হায়না মাং থায়গদৌরিবনি। — খুমলকই মঙ্গল ওইবীয়ু নখোয়গী জায়নিহ্ন লাক্লবনিনা অমুক হনখিবা তাবনি। মকম অসিগীদমক্তী, অতোপ্পা যাত্রিক অমুক লাক্লগনি।

মখোয়হক্সু মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না অমুক চমনা হন্নখিগনি। ইনৌ নৌবা অমনা অমুক শিল্লয়গনি॥ অস্থুন্না হিংবগী মহাওদা মথল মথলগী মীওই থেংনগনি॥ অহুবুনে মাম্মী অমদি বোস. ইন্দিরা অমদি কিরন সাহেব নখোয়গা মতম খরা তিন্নয়গী মুংঙা-ইবা অহুদি পুন্সিনা হেক লৈরিবমখৈদি নিংশিংহনতা লৈহৌয়গদবনি॥ কৈলাশতু অসি হায়রগা ঐখোয়গী এড্রেস পীরো হায়না তকশিনবা হৌরক্লে। কিরন্না মাগী এড্রেস হায়বদি ইন্দিরা ভিদিও ভিসন য়াইস্কুল, মোইরাংখোম হায়না ইবা কার্ট অমা লৌখোত্তুনা পীরে। মখোমগী কাকানস্থ Ksh Sarat Singh, Singjamei Kshetri Leikai হায়না থাবা কার্ট অমগা পীরে। মানস্থ মশাগী এড্রেস ইবা Enveelope অমা পীরক্লে। Enveelope কি পুথক্তা ইরম্মী—

Keilashchandra Arya

C/o. Mohanlal, Pradhan, Neinital.

কৈলাশকা খোংবু ওইগদবা লেভর অমনা মাবু চৎননবা তৌরসি হায়না হৌবা লাক্লে। কৈলাশনা মাম্মী শোমদা অমুক্তা থোক্লকউ হায়রুবা ঐবু মাগী কাগা ঐখোয়গী কাগা লোম্নবা মরক্তুদা কৌথোক্তুনা লেপক্লে। মানা ঐগী খোঙ অসি শোক্লগা খুরুমলহনা চৎলুখিগে তাক্লকই। ঐহাক হায়কম তৌকম খংখিদে চাইহাক্তংহ! ঐনা মাগী মকোক্তা নানবীহনা নায়েকনুকো হায়রম্মী। কিরন অমদি মাম্মী কাকাবু কৌরহনা কৈলাশপু থিন্দোকপীক্লনবা হায়খি কিরনগা মখোয় কাকাগা থোক্লক্তুনা মথাদা কৈলাশনা পুগদবা খুংগু-খুংলাইমচিংবা পুন্নমক থাংথবীয়ে।

লেপত্রবা মতুগী খোংচত্তা মাগী ঐখোয়গী 'কায়নবগী পুংজা' অহু লাকখি! Hotel Revoli থাকোকপদবা 'পুংকন অহু লৌরক্লে, Bus Station গীদমক Auto না পোৎ-চৈ হাপচিনবা ঠৌরে। কায়-নবগী ঈচেলগী তোর্বান্দা মহাক্না লেপ্লুবা লেংখি। মমীং অমি অকুনা পীরাং মরীক মরীক শিংখি। উনা, উনা কায়নখি, তাইবং মরক্তা মা অমদি ঐখোয়! কুমজা কয়াগী মতুংদগী নিংশিংলমবিগনা মহাক্না ঐখোয়বু, তামলবা মফম অহুগী। ইথক্তা মুরুম মুরুম শোলহৌই —মহাক অসিবু ঐহাক্কী কনানো! হোয়, তাম্না লৈহৌরবী মমাহুবু নিংশিংলক্লুনা ঐবু অহুম্না মমানি খন্দুনা লোয়নবা ওইরম্মু য়াই।

কিরননা মখোয় কাংগী. কৈলাশ থিদোক্লুরগা হনজিলক্লে রনবীরহু সুংথিলগীনি, চাক লামলমলগনি অঙাংনিনা! ইন্দিরানা মৈথৌ কনলী লুপা মখোয় মরীহু হায়া পীজখোকলো, ইবাগীনা কোম্না চারসী হায়হুনা ঐনা শিল্লী। ইন্দিরানসু হোয় অহুনা করবি ইম্পোইমা হায়হুনা মখোয় মরী হায়া পীজরে। হায়রিবৈদা ইন্দিরানা তামোসু রনবীরসু হযেং মনিপুরদা থোকলগা হাউনা চামিনরসি। ঙসিগীদি হাউত্রবসু হাউই, হাউই হায়হুনা চাবীরোকো।

মখোয় অনীমক চপ মাননা অসুক য়ায়া হাউরিসিদি। কনানা হাউতে হায়রিবা। লামলবদি লোইনমক ইহাউদ হেক হাউরনি হায়হুনা ময়াম নোকমিন্নৈ। থানিলহু পুক খিত্তং থক্লুকলহুনা য়া মখা তারকই — ইনেম্মা, কুইরেদা মৈতৈগী চাক ইঙ্গাং চাদবা! ঐনা-চাউ, চাউ ইবুংঙো রনবীর! নংসু হঙ্গোইনু ওক্তবা হেক্তা হায়যু। মচেম্মনা অরাং অপা য়েংহুনা হাপলি। যুগ্ম অনীহুসু কোয়লাং লাংলি। থানিলমা হয়েং মনিপুরদা থোকলগা ঐখোয়না অমুক চাককৌবা হায়বহুনি হায়রকই।

ইন্দিরা ইবানিনা—কয়িগী! কৌত্রবসু য়াইদা খরহুম চাশিনখো হায়হুমা ঙাগা পাকম্নগহু নোংশিল্লি। ফরে ওক্লনি হায়হুনা মখুং থল্লি।

ইনেস্মগা ইন্দিরাগস্থু চানরবা· তৌবীয়ো হায়দ্‌না মখোয় মরীমক হৌগজ্‌না মগুং-মশা হামদোকঙ্গে। মখোয়বু মথাক্কাওবা থিনদোজ্‌রগা মখোয়গী কাকাদ্‌ বুজারিগী দক্লিমানী হায়দ্‌না চেনা শাৱৈ কোন্দুনা ময়োম মচা অনীথক অমুক পূদ্‌না চংলক্লে। ইন্দিরাদ্‌ চাক পুক থনত্রা থনদত্রা থংদে চেনা য়োম্বা ময়োম মচা অনীদ্‌ কিরম্মা চৈরয়নী হায়দ্‌না য়াম্না থুনা পায়শিনখ্রে।

## ২৭শুবা পান্দুপ

লাল বাগ ! লাল বাগ ! বেঙ্গোলর চংলুবা মীশিংনা ৱাল্লীনফমনি। ঐস্তু ঙসিদি লাল বাগ তুদংদি য়েংনিলকখি। হোটেল ৱেস্তোলিদগী পংলাপ লাপনবস্তু নত্তে। ইঙমমক ঙমলগ্নোইত্রনে ঐবু! ইত্তোমতা মণ্ডল মণ্ডল খমজখি।

উলস্থুর পাং, বেলুর অমদি নন্দি চীংদা চংলুগদবা নত্তে! স্তুপনতগী লাল বাগ ফাউবদং চংকদবনি। ঙসিগী ( তাং ২০ ) ন্থুমিদাংদদি ঐখোয় ট্রেন তোংলুৱগদবনি। ঐ লাল বাগ য়েংদবা য়াদে মতম লৈত্রে! অসি খল্লহ্নুনা অয়ুক্কী পুং ৪ তাবদা ঙায়ৱিঙৈনা মখোয়গী কাকাবু হৌদোকই। হায়ক্করি লাল বাগ ফাউবদং ৱাকিং ওইনা চংলুসিদনা? মহাক্না ফুগ হৌগংলগা হৱাউনা হায়ৱকই চংসি হায়ৱিবনিনে ঐদি। ন্থুমিংচুপ্পা কুমলৈনানা নারবা মীগুম্না ইমুংদদা নৈশিন্দুনা লৈর্ৱবদি কমদৌনি হায়না ঙাংবা হৌৱকই।

ইবাম্নীমক হৌগত্তুনা Central room গী মৈ কাপখংলে অহ্নুগা Bath room চংহ্নুনা চীন য়া শেংদোকলে। ইন্দিৱাখোয় ন্থুংঙাইনা তুমলি। তাক্লমদবা য়াদবনিনা, হৌদোক্তুনা তাক্লম্মী Nimhans তা চংনবা লোইশিল্লম্মু ঐখোয় ৱাকিং চংলুখিগে।

কিৱন্দু হৱাউহ্নুনা অওইত্রনে? ঙমগত্রনে ইনেম্মা। হায়ৱহ্নুনা নোক্লকই। ঙম্ব্রা য়েংগে তৌবনি, হায়হ্নুনা ফি অক্লম্বা অমা ইনশিল্লগা মক্তোন্দা পায়বোই, কোনবোই থোক্লক্লে। Ground floor ম্নোৱে, থোংজাউহ্নুদি lock তৌৱি। মেনেজৱস্তু লাক্ত্রি “ঙল্লিবনা”। সহ্নুদি থোং মনাক্তা পোমক্রি মৱক্তুদা কাং ঙ্রুং ঙ্রুং ইল্লহ্নুনা তুমলমই। ঐখোয়না মমিং কৌহ্নুনা হৌদোকই। তাৱহ্নুনা য়াম্না তম্না হক্কাম ৱা ৱা চল্লহ্নুনা হৌগংলগা শো লৌখোক্লুৱে অহ্নুগা হাংদোক্লৱে। ‘ ঐনা

মরম ওইরহনা ময়ায়বক খীরক্রা অঙাং অক্কৃশী তুম্বা অমুক থুগাইবীরে। সহুদো থোং হাংদোক্লমলগা শিরাকান্বা শেগায়বহ চিংখঙ্ না অমুক তুমথহৌরে।

পুংগ্লায় অমৱোম চৎলবা মতুংদা ঐনা কয়াম ৱাংলিব্বগে ? হংই। শমলপন্বা য়েঠ্রগৌরে, ৱারত্রা ? পুক্কিংদন্নি কয়ান্দা হুয়াঙ্গুজখি, মকাদি কোংখিদে মোমোনতমক মনোকচখি। নোং শ্রনক্রুং ঙানক্রুং তৌরকলবদা উরকই — অঙক্ববা চেনবা বস অমা, অনী। য়ুনিফের্ম শেৎপা ড্রাইভর থরনা অঙনবা রেষ্টুরেন্টা, নত্তে রেষ্টুরেন্টগি মপান্দা লেপনা লেপনা চা থক্লি। ড্রাইভরশিংহুনা ঐঙোন্দা মুয়া মুয়া য়েংলকই।

কীভম মতা অহুদা ঐবু অঙাওবীনি থল্লবসু য়াই। থঞ্জমসু, কনাবুসু ঐনা থওইনা থল্লুবা লৈতে মরমদি মতম লৈবখিবিক্কা ঈশ্বরনা ঐবু লমজিংবীরি।

থরা অমুক চৎলগা লাল বাগক্কি গেট উরে। লমলোং মরী কাংবা মকমহুদা বসনা ক্রোশিং তৌহুনতা লৈরে। ঐদি লাম্বোকপা ওক্সী শক্তি লৈত্রে। ঐহাক শম্বীগে লাম্বোকসি কন্না য়ায়া হায়বনি অহুবু ঐহাক য়ায়া কিরে। সহর ময়ায়হুদা ইবাক্সী কনা কুইনা লেপ্লুনা Street light কি অঙাংবা, অশংবা, হক্সামপাল মচুশিংহু য়েংদ্না লৈরে। পাংত্রবী ঐনা য়ামন্দনা থাগ্গা লেপলগা যো পাম্বীগী মতোল অতুম্বা, চোমলপ চোমলপনা হৌরিবদ্ য়েংলগা অদ্মক মুংঙাইতবা হল্লক্রে।

ঐখোয়না হল্লকপদা ইচা অনীনা ঈক্লমায়থজরগা চান থক্লবা তন্নারি তৌবদ্না লৈরমক্রে। হেক য়োরকপগা মখোয় অনীনা চপ মাননা হংলকই ম্রাল বাগ কক্সত্রা ? করেমনা য়ায়া থুনবু লাকইনে। ঐদি থুমত্রে মখোয়গী কাকান্বা ওভুম্না থুম্বীখ্রে। ঐখোয় মম্নিমক খোংচঙ্গী অয়োয়না ওইনা ডাঃ রহক্সান উনবা চংকাদয়গী শেম শাক্লে।

ওয়াংং লৈরকপা উইংগী পোক্লাংহন্নকিরন-না পাররদুনা ঐখোয় ওটো অমমমদা কাখৎতুনা বহুমনগী লৈকমদু তান্না খোইহল্লে। ময়বী অরী-ময়ীদং শামরবা মতুংদা অমুক হল্লে। হন্নকপগী মপীদস্থু ওটো অমমমদা জোয়া ওইনা তোংলক্লগা কায়নরে। ঐখোয়গী কুমগী শোদুদি কিরন্দা য়াউখ্রে। হান্নমা থুংলবস্থু শো য়াউদবমিন্না চংবা য়ারোইদবনা গেটতা ভাইহাক লেপগুনা ভাইরে।

দেবী মন্দীরগী মনাক্তা, লৈপরেং য়োনবীশিংনা লৈপরেং য়োল-লিবদুদা লৈমিংবা বাখল অমা কাউরক্তুনা চংশিল্লুই। হংলুই— ইমা লৈপরেংসি কয়া পীবগে?

— অমদা লুপা অনী অনী পী।

অমত্তং পীখু হায়দুনা লৈরে। থাপ্না উবদদি রজনি-গন্ধ ওইর-বোই নিংলুরে নকশিল্লক্লখদি কুন্দো পরেং ওইরমলে। অসিনী— হাকথেংমন্দ্রিবমখৈ কবিগুরদা কনাগুরনা পোংকি নত্রগা মীনা মীগী মগুণ নত্রগা মশক লেপ্পা ওস্বা নত্তে। মপানখোংপী ফজবত্তনা অমনা অমগী থমোয়বু জয় তৌবা ওমগদবস্থু নত্তে। কুন্দো পরেংদু লৌ-খৎতুনা লাইবক্তা হান্না কত্তুনা মনম নমলে। গন্ধ অমত্তস্থু য়াউরমদ্রে।

মখোয়গী কাকানা মাগী হৌনবী ওাংবা হৌরকই— "লুপা অনীহ পান্মুত্রা"? মনমস্থু য়াউদবসিদা! লুপা অনীহ য়াংলবদি ঐখোয় হৌজিক ইচাশিংগা উয়বা কংলোইদৌরিবনিনে অপংবী। অমুকস্থু নোকফেৎ তৌয়দুম্না মথা তারকই - "অহৈগী তাবুমুংদা লোংখিবা কুন্দো পরেং অকংবা অদদগী মসিমা হেমা কজক্লিত্রা"?

ঐহাক খুমত্রে থল্লকই— উম, পরেং অনী অহ ভলেংনা কর্ষিমুনা মচোই মচোই কেনখ্রগা লংহীদুতা ভাইহৌরমনি। পাউখুম পীবগী মুহত্তা ঐনা — "মীভৌ" তমহনা পয়েং অদুবু মমজিদা কোয়না য়েং-দজিল্লি। অুত্তুংদো য়েংখদা শকচয়মলোই থওই অহবু ল্যানভত্রেবী

লৈরাংশিংসিবুদি মাংহল্লিংদে। করামচ.উবা কনানা লৈরাংশিংবু ভদেক ভদেক হেকপীরগা মাগী চন্নকম পীবীদনা লৈমায়দা থদত্তুনা মাংহনবদি লেপনমক পাপ পুগনি খল্লুনা ঐগী শমজীদা চন্নকম পীবিখিবনি।

কিরনগা ইন্দিরাগদি ঐখোয়না লৈপরেং লৈরিঙৈদা মথক্তা কাখংখ্রবজাংনি উহৌত্রে। লাকমনত্রবদুদা ঐখোয়বু থিবনি হায়হনা খোক্লকই। ঐখোয়নস্তু মথক্তা ওইনা ঙাইক্লরসি খল্লুনা কাখংলকপদা Stair-case তা হেক খেংনররে। হংলকই কদায়দা লৈনরিবনো, কদায় য়ৌক্লরে?

হুমিং অহুগী হুমিদাংদি— চংলমদাইগী পোং য়োমখোক-য়োমশিন্দা থবক য়াম্না চিল্লি। য়নবীয়স্তু চংলক্তুনা পোং য়োম্বা য়াউররি।

ঐনা হংই— ইবুংঙো নখোয় কাকাদি উদেব্রা?

— ইমা, কাকা থানিলহ্ন লাইহৌনা নারে।

— ইহে চংলমদাইসিদা হুংঙাইত্রেদকো। করি করি চাশিল্লুরে? ঐগী হৌনশা অমুক কোথক্লরি।

— করিস্তু চাদে, করোমদগীনো খঙদে হেক্তা নাশিল্লকই, ইমা।

য়নবীরনা ঐঙোন্দা হুংশি-হুংশিনা কৌবা "ইমা" হায়বা বাহৈহ্ন তাবা ফংলরোইদবা পুং অনীমুক্তা মঙাইরে। — য়নবীর ইবুংঙো, লাইরিক কম্না পাউকো, চিঠিস্তু ইরকউ। নংনা মণিপুরদা ছুটি থোক্লরবদি ঐখোয়গী য়ুম খিরকউকো হায়দুনা মচেম্মা ইন্দিরাগা ঐগনা পুকমেন পাউমেল্লি। হোসটেলদা লৈরগা শিজিন্নবা পোং খরস্তু মঙোন্দা পীরমলে। প্লাষ্টিকী বকেট মচাদুমত্তংদি ইচাতোম্বীগী ওইহল্লগে খল্লুনা পীরম্ত্রে। কৈলাশকি মপোং-মচৈ খরা ঐখোয়না শীজিন্নহৌবদুস্তু মশা লৈতবনিনা মেনেজরদা শিন্নরমলে। লংকৈদা মহৈ তমদুনতা লাক্লবা— কিরনবা কা অহুবু তক্ল-তক্ল থমলদুনা ধুপ্লা অমতং থাদোক্লমলগা ঐখোয় মখাদা কুমথরক্লে। য়েল ষ্টেসনদা মল্লুয়

কুইনা ঙাইগদবগী শরুক হায়দ্না য়নবীরখোয়গী রুম নম্বর ৫ হুদা চৎদ্না ঙাইহাক পোথারে। কুইনা কম্বা বেরা কাবনিনা য়নবীরনা — ইমা ঐগী ফমুংসিদা হিপ্প্ হায়দ্না ফমুং শেমজিল্লি।

ঐনা ঙাইহাক্তং হিপথহুনা মতম ঙাইরি। ইন্দিরাগা মাগী কাকাগদি কা মচেৎ অমত্তং চাজনবা— কয়া হোৎনরি। ঐনা থানিলদা ওনশিন্দুনা— ঐনা ইবুংঙো ফকচাং ঙমদ্রে হায়নে, গুলিকা চায়ব্রা ?

— চারে ইনেম্মা — ঙলাইরাইদো ঈশিং অইংবা গিলাস অমত্তং থক্লুরে, অহুদগী হেক্তা তৌথিব্রবনি হায়রকই। মহাক য়াম্না হৈনখিদে মুমিংতু।

পুংফম য়োরক্লদ্না ঐখোয় হনখিবগী খোঙচৎ অদ্গীদমক যাত্রা তৌরক্লে। থানিলস্থু রেল ষ্টেসন ফাউবা থিন্দোকনি হায়দ্না থোরক্লে। মাগীনা তাং ২২ গী ত্রেনদা টিকেট ককশিল্লুবনা খোংবু ওইবা য়াখি-ত্রবনি। ইন্দিরানা— তামো নৈবীহৌরো থিব্রবস্থু য়ারনি, রানবনি হায়খি। মহাক্না য়ামন্দহুনা ঐখোয় রেল ষ্টেসন ফাউবা চৎমিন্নরে। লম্বীদা চানবনি হায়দ্না য়নবীরনা এপল কেঃ জিঃ অমস্থু লৈদ্না হাপলকই।

তপ্না তপ্না কাখৎপিয়ু ইমা হায়দ্না য়নবীরনা ঐবু শমদ্না ঐখোয়গী রিজার্ভেসনগী সিট অনদা পুখৎপীরে। ইশাসি মখোয়গা কায়নরমদাইদ্দা খংশোন শোঙ্ঘয়কই। খোন নিক্লপনা হায়দোকখি— ইমাখোয় চৎলে, না-য়েক্কমুকো ইবুংঙো। ত্রেনহু খরা খরা লেংবা হৌরক্লে! অরোইবা ওইনা খুৎ হাইরদ্না মখোয়বু বিদায় পীরমলে। অমুক্তহু য়েংথোক্লুবদা য়নবীরনা মখুত্তি হাইরগা মমিত্তনা ঈরা হৌরহুনা মচিন্দা নোকমি নোকমি তৌহুনা লৈরম্মী। পুক্লিংদা খল্লুই য়নবীরনা ঐবু কনা মাল্লুরবনো! মিত্তনা উরকই, কৈলাশনা Manglore চৎ-লমদাইদা মমিত্তা পিরাং শিন্থখিবহু।

*

সুমমক মুংঙাইভবগী বাখল অমদা তাউহুমা চংপনা নোংঙাল-লমদাইদা মাদ্রাজগী ষ্টেসন য়োরে। মকম অহুদা কুমথরমমনা Howrah ষ্টেসন তান্না অমুক চংকদৌরিবখি। লম্বীদা চুরাচান্দ-পুরদগীনি হাররু্না অমজাতি অমমু কাখংলকই। T Shirt লৈ মচুদা য়াম্না য়াকপা অমা লিংলি। রিজার্ভেসনগী সিট ওইদুনম্মু নাতে চানখিদবা মওং অমদগী ঐখোয় মরীদি কা অমদা পুন্না কম-মিনবা ফংখিদে।

মাগী কাকানা ঐবু হিপহল্লগা মান্না মিংশেল খাংলি। অহাং অনী স্মরকপদদি, খাররনি অমুক তুমননবা তৌবীয়ু হায়হুনা ঐনা কমলে। তঙায়কদবদগী ঐখোয় অনী সাহিব-বিবি শাহুনা সিট অহুদা হিপনা হিপনা লাকপা তাখি। মুমিং অদুদা গুলাম ওই-খিবদি— Berth মথক্তা হিপ্রুনা য়েংলিবা চুরাচান্দপুরগী ঈচিল-ঈনাউহুনি।

তাং ২১ শী অহেংনি। ট্রেন-না খুঙ্গং খুঙ্গং কাউহুনা য়াংনা য়াংনা চেল্লি। কন্নিগুম্বদা অতোপ্পা ট্রেন অমগা থৈনবা তানগনা য়াম্না লাপ-লিদ্রভগী খামনবা হোংনরি। অমম্বা মমতুদা থাপ্পা য়েংথোকখিবদা, কুক্কেং কাকেং গাল্লিবা তন্দলশিংনা মালেমসিদা অতিয়া অমা শেম্বগুন্না লিংখিজরি। তামলথা লমহাংদনা কৌকেং হাক্তৌশিংনা মুংঙাইনা ঈশৈ শক্লি।

ক্ষমকপগী খোঙচং অসিদদি ঐহাক অমুক হন্না উবা কংলয়োই-লমগুব ট্রেনগী খোংমাউহুদা য়েংহুনতা লৈগে। ঐহাক খুঙ্গংশিং মক্রগা সহরশিংবু মিং পেন্না য়েংহুনা লাকখি। কন্নিগুম্বদনা কিন্থরথা চোক্কী দলান, কন্নিগুম্বদনা লৌতাংশং। কন্নিগুম্বা মকম অমদনা খুঙ্গংগী

অঙাংশিংনা তম্মনবা পাঠশালা : অহুগা ক্রিগুম্বা মফমদনা খুঙ্গংগী মুপীশিংনা মকোক্তা ঈশিং পুহুনা চৎপা পুম্নমক থেংনখি। মখোয় পুম্নমক তুং হন্দুনা চেনখিবগুমস্থ তৌরি।

তাং ২২ গী অয়ুক্কি। ত্রেনহু পুংখায়মুক হেন্না পন্দুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণ তুরেলগী মথক্তা শাবা থোংহ্ লানগদ্রৌরি। ত্রেন অমা লাকপগী সিগনেল ষংহুনা মফম অদ্দা পনলিবনি। কৃষ্ণ তুরেলগী শংবান্নবা ঈশিংগী মথক্তা অমুকস্থ শংবান্নবা অতিয়াদা মমি তাশিন্দুনা ডীপ ব্লু ওইনা উবহুদা থোইনা হেন্না মুংশিহল্লি। ঐনা হল্লকপা উবদা ঈচেল কনবী অসিনা "নিংশ্বিতা" চৎলত্রা নহাকপু! মতম থরতদি ঙাইখো, হায়হনা লাউহোই। মতমনা ঙাইবিয়ু য়াখিদবননি, চৎলু-খিগে হায়হুনা ঙক হাইরম্মী।

তাঞ্জা অমা ফংহনা ঐহাক চীন-য়া শেংনবগীদমক Basin লৈরিবা মফম অহুদা তপনা তপনা চংশিল্লী। অতোপ্পা দাবা অমদগী মুপী অমনা ঐবু উরদ্না চংশিল্লক্লগা মৈতৈরা? হংলকই! মণিপুরী লোল ঙাংলকপদ্দা ঐনা থংয়েং য়েংথোকই। মমায়দা চন্দন মতেক অমস্থ থিল্লি। ঐনা, ইচংথৌনা খুম্মী মাম্নী ঐহাক "মৈতৈমুপীনি।" মখা অমুকস্থ তাক্লরি— সোমদি করি লমদগীনো, কদায়দা চৎলুবনো? স্থম লম কোয়থোক্লবনি। হোজায়দগীনি। মানা অমুক, ঐনা হেন্দীকেপ অমগুম্না লেপ্পা উবদদ্দা হংলকই— অদোমদি করি লমদা চৎলুবনো?

ঐনা, ঐগী মরমদা শমলপনা থরা হায়বা হৌরকপমক্তদা ত্রেন থাগদবগী অমুক লেংলি লেংলি তৌরক্লে। হোজায়গী মুপীহু চৎলগে হায়রমলগা মাগী ফমফমদা চৎখ্রে। ঐগী থবক লোইরহুনা ঐস্থ ইফমদা লাক্লে। অঙাংগী রাবানা হায়রকই— ঐখোয়দি কুইমনপ্র বহুদা থিবা লাক্লে তৌরমলিবনিনে।

ঐনা, মৈতৈ মুপী অমা থেংনদ্না চন্দন মচেৎ অমস্তং ন্নিশিন্না খন্দুনা ঙাইহাক লৈরুরবা! অসি হায়রদ্না হায়গী ফমকমদা ফমথরে।

চৈরক অসিদা জাৱান অমস্তু মপাল থোক্লবদগী চংলকই। অহীংদা ঐনা কম্না তুমলীঠৈদা কাখৎলকপনি হায়, ঐদি উহৌত্রে। ইচানিপা অহলগী লেংগা ওইবদ্না মুংশিদ্না ৱা হংবা হৌরুরে— What is your name? মহাক তাত্রবা করিনো খিত্তং নোক্লগা তোকখ্রে। ঐনা অমুকস্তু Name please হায়রম্মী।

"আশিস" মহাক্লা তেম্না পাউখুম পীরকই।

য়াওনবা খুদিংগী ইন্দিরা চেন্নবদ্দা, মখোয়স্তু ঐগী কন্সিসন খংবজাংনি। অদ্বু পাখং মচাদ্ ঈকায়দ্না তৌত্রা ৱাদি ইঙাং ঙাংলক্কে। তুমিন্না লৈয়ু য়াখিদ্রবা চীন অসি ফোংচিন্নসিন্না অমুক খল্লকই। ঙাংলুরি বেটে আশিস নংদি করি লমদা চংকদৌরিবনো? হন্দকস্তু "জলপাইগুরি" হায়মতমক খুমলকই।

ঙসাইগী Berth মথক্তগী চুরাচান্দপুরগী ঈচীন-ইনাউহুনা ইবান্নীগী মুংঙাইবা য়ৌত্রবা ৱারী অহু তারগ কুম্মৈ ওইনা য়েংদ্না লৈরম্মী। আশিসনা কোফী লাল্লকই। কোফী থকনা থকনা – ঐনা নংবু উখ্রবত্তম তৌরে। নমিং অসিবু— "দেব আশিস কিশ্বরদেব বরমন" হায়বা নত্রনে?

য়াম্না ঙক্লা করম্না খঙবীবগে?

হেক্তা খঙই। ত্রীপুরাদগী নত্রা? মাম্নী ইমা, ঐহাক ত্রীপুরাদগীনি। তশেংনমক জাৱানগী পুক্নি হায়বসিদি অস্তুম্না হেক হেক তৌই। অরেপ্পা মকম অমত্তা লৈতে। শম্না হায়রবদা লোক্তাক মন্নায়দা লৈবা য়ুমগা পাখক্লি। মকম অমদগী মফম অমদা, মিলিটরী ক্লনিদনা।

ঐনা নাথৈহুনা হংই - নংদি মণিপুরদা অমুক্তা য়ৌক্লত্রিত্রা?

— থবক অসিদা চংবদগী অমুক্তা য়ৌরুত্রি। পীক্লিউদদি ক্লাস VII, VIII ফাওবা ইস্কালদা তমলখ্মী। অসি হায়বগা লোয়নবা ঐবু নিংশিংলকপগুম তৌরম্মী।

ও! সোরী— ঐ নিংশিংলক্লে ঐখোয়গী মেডাম হায়দুনা মখুৎ লোয়দুনা প্রণাম হায়রকই। ঐনস্থ "প্রণাম" হায়দুনা মাগী খুরুম্বদু ওরুম্মী। মেডামগী কোক্তগী শমশিংগী মচু অদুনা শাথীনা হোং-লম্বনা শক পাক খঙজক্কদ্রে, বারৌবিগনু।

— মংস্থ ইনখংলকপা মতমগী উয়ীং অদুনা অহোংবা কয়া অমা পুরক্লিবদুদি, মংনা থক উজরমলোই। পুন্সি হায়বসি অসি ঙাক্তনি মীবু স্থম নৌদুনতা লৈরগদ্রা! মমাংউদনা মেডাম হৌজিক্কা "ইমা"। চহী অমী অছুমগী মতুংদদি অবোক কারবকাস্থ য়ারিপোৎনি। অস্থুম্না নোক্লদুনা লম্বীগী অরাবা কাউনমবা হোৎনরি।

মতাংচানা চুরাচান্দপুরগী ঈচীন-ইনাউদুনা চা অমামুক লান-শিল্লকই। ইন্দিরানা কোমলা লৈদুনা ঐগী শরূক থুংলকই। মাগী কাকানস্থ শেম, অঙ্গুর, লফোয় লৈরদুনা হায়রকই— চাক লৌরমুসি য়ৌগদবা পুংমুক্তা ঙায়রে, ভবন্দা চারুরসিকো। কিরন ঐখোয়নিমা অয়াবা উৎলি। ইন্দিরাদু মচীন ইপোম পোম্মী। কয়িগুম্না অমত্তা ঙাংদে, ওইনবগুমস্থ তৌই। ঙসিদি মাগী শাউবগী পাল্লী তারমাল্লে। খঙহৌদ্রে, কয়িদা শোয়খ্রবগে হায়বদু। মসিনা মখোয় কাকা মবান্নীগী তোংঙানবা সংসার অমা ওইরমগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমা ফাউরকই। ঐনা মখোয় কাকাদা ইবেম্মগী কা অমত্তা য়াউবীরকউদনা। খুদক্কুদা — "হাই পান", "মিথা পান", "জর্দ্দা পান" হায়না অচৌবা ত্রে অমদা মথল স্থনা য়ুবী কাঠামচিংবা হাপ্পুম্না লাউর-লাউরদুনা চংলকই। ঐনা মুংঙাইত্ররদুনা, শিগদবা থরায়বু কৈদৌরুগবনো চাজরসনু হায়দুনা মতপ অনীথক লৈদুম্না পীরে। মদুদত্তা ইন্দিরাদু বা ঙাংবা য়ারকই

Magazine যোনবা চংলক্লিগা ভত্তুংগী Magazine অমগা লৈহৌরে অদুগা মথন্তা পাদুনা য়াম্না লেম্না চংলি।

উচ্চিন নাচ্চিন্না পুং ৪ তারমদাইদা ঐখোয় হাবরা ষ্টেসন্দা থুংলে। চাউথ্রবা জঙ্কসন্নি, মীনা কুক কুক ইরে। আশিসকা কিরনগা মখোয় কাকাগনা পোং থাংথবা লাক্লি। ইন্দিরানা এয়ার বেগ অমদি Pakco 'হু কোন্দুনা কুমথখ্রে। রাখলদদি ঐস্থু পোং অমা পুথ-নিংবনি অদুবু ইপাঙ্গলদি লৈতে। অদুম ওইনমক ইচাতোম্বীগী বক্কেট-তু চিথরমগনি হায়না পাখংপা অমগা লোয়নননা পায়রদুনা ত্রেনদগী কুমথরে। হুমাং হন্দোক্লুনা পোংযোমশিং অদুনা মোভা শারগা ভাইহাক ফমলিঙৈদা কিরন্না চা কৌদুনা আশিস অমদি চুরা-চান্দপুরগী ঈচিল-ইনাউ য়াউনা চা অমমম থকমিন্নরে। মখোযদি গাউহাটিরোমদা হাইখ্রগদবনি। বিদাই তৌনহুনা ঐখোয় মণিপুর ভবন্দা চংনবা টেক্সী ফারে। টেক্সী মনুংহুদা ফমলবদস্থু ঐনা Pink মচুগী বক্কেট মচা অহুংুদি য়াম্না নুংশিনা কোনজখি। নুংথা থাদোকপা লৈখিদ্রে। হাবরা থোং লান্না লান্না নুমিদাংদা কলকত্তা সহরগী ফজবহু য়েংলি। ভারতকী মনুংদা থাইদগী মীশিং য়াম্বদা চাউথোকচরিবা মফমনি। কালিপুজাগী চরাংনবা কুম্মৈ অহুবুদি মপুংফানা লোই-শিল্লমলে। অহুবু চৌরীঙ্গী রোদকি গাড়ী চিন্নবদুদি অহুমক তোক্লমগ্রি।

মণিপুর ভবন কলকত্তাদনি। মেমচা দেবী রাইদা হান্না পাউ পীহৌদবন্না মহাক ঐখোয়বু ভাইরমগ্রে। বেঙ্গলী মচা কেরানি অহুনা কুম লৈতে বেদ লৈতে হায়দুনা ঐখোয়বু লৈতনবা হায়রকই। ইমুমদা হনজরকপদা ইমা ইপানা তাম্থোকপীরক্লবগুম ভাইহাক্তি নুংবঙ-নুং-শায়াইদুনা লৈখি হৌজিকপু কল্লায়দা চন্তুনা লৈফম অমুক থিরু-দৌরিবা! অকনবা মখোয়গীদি ইম্না য়াগনি। লুম্বিবদি ঐগী রাম্নি। মণিপুরদগী লাকপা ডাক্তর অমা অনীস্থু নোংঙাবগা কনযরেক্ত অমা য়াউক্লগনি হায়দুনা লৈরম্মী। মখোয়না ঐখোয়গী লৈফমগীদমক

খরা শীনবা য়াউবীগত্রা খনবনি অহুবু ঐগী বাখলগী ওম-তৈনবা ওইরমলে। মৈতৈ মচাগী অসিগুম্বা অমুক, অমুক য়াউরকপসিদনি ময়াম্বা চাক্লরিবসি।

চিরবা মতম অসিদা, ঐগী থৌনা খংলাক লাক্লে। ঐনা হায়খি—ঐহাক Patient অমনি, লায়েংবা চংলুবনি। ফমুং লৈত্রবন্সু কারপেট অমা য়াউজরকই মসিদা পোথাহুনা অহীং অসিমত্তংদি পনখিগে। কেরানি অদ্‌না ঐগী বাঙাংহুদা তৌকম খংত্রদ্‌না লায়েংবা চংলুবগী চে-চাং অমুক্তা য়েংগে হায়রকই। পুথোক্ত্‌না য়েংহল্লগা কার্ষ্ট ফ্লোর রুম নম্বর ৫ দা চংলো হায়রক্লে।

চংলুবা মতমদদি ইকোম কোয়া লৈরম্মী। করিসু— চিনবা-খোংপগী প্রোব্লেম লৈরমদে। তৌবতবু কা অহু মোংপগী ঙমখে লৈরমদে। ফক্লাংদা অঙাংবা মচুনা খোংচিল্লিবা রাহে-বাতাশিং অহুনা করাদা হেম্না মোংহল্লিবা! দারিত্র্য লোবা কাংবুনা য়েংশিনবা রাংপ-দগীনি হায়নিংই। হয়েং মণিপুরদা 'থোকখ্রগা, নাবা হেক কবগা সরকারদা কমপ্লেন তৌরুরগে হায়দ্‌না পুক্লিংদা লেপলে। মকম অহুদা অহীং অদ্‌মদি পল্লমলগা মথংগী হুমিংকী অমুক্তা অহানবা ফ্লাইট-তা ( Calcutta to Imphal Via Silcher ) তোংদ্‌না লাক্লে।

বাংনা পাইখংলবা মতুংদদি, ঐখোয় কোয়োহনবগা খুংশমনা চংপগুম মুংঙাইনা চংলি। প্লেনগী থোংনাউরোম থংবা মতাইহুদা ফমলগা দৃশ্যশিংবু পুক্লিং মুংশিনা য়েংলি। ঐগী "মুংশিববু" মীপুম তিংনা য়েল্লহগুম্না ঈচেল তপ্পী গঙ্গানা ঈয়োং কয়া কয়া কাংদ্‌না চেল্হখি। কোইলাস থাবা শরকশিংবুনা পীক্লবা রিবনগুম্না অথাপ্পদগী উম্বি। অশংবা উনা-বানাশিংগী মরক্তা মুম-কৈ ফুরা-দলাম্না ইরং ইরং লংবা লেপলি। শিলচর য়োদ্‌না পুংখায়মুক পল্লবা মতুংদা অমুক পাইখংলক্লে। হন্দক্তী ইস্কাল শোরদল্লা য়োরগনি খনবদ্রা তৌকম

লম্না খংথিল্লে। তেক্কবা মতম্না অসিদা ইন্দিরানা পাউমেল্লুকই — ইথোয়মা, শেবা সুংঙাইতেককা হায়রক্লবদি নখোয়দা পুন্সিগী চং-জরক্লরোইকো।

— কবিগী ঃ অদুক ফজনা শেবা তৌখিল্লরবু। অমুকন্তু, ঐ মখক মরক্তা লাকনি, থা তকক কান্নিফাউবনি। খুজিনসুন্ন চাউরে, লোইশা ককনরগে। মাল্লু ইমুং অকক্কী শৌনি। সুংঙাইককনা পংহান্ন কানককনবনি ঐ মুমা খংই। অনুক্কা খুমনুই — হোক্ক তোইয়না লাকউকো খুজিনবুদি নলাউশিংনা ককক্তু ককচক্কনিদা। নংস্তুনে খোংবু সুং-ঙাইতেকা হায়রকনুকো হায়দনা ঐনা অমুক খাউমেল্লি।

কায়নবা হাবা শরী থুমমক কায়কক্রমলে। অহুবু হনকী কায়নবা অঙ্মিনা থাইদবগী লুমবা অমা ওইনা ইশাদা ফাওই। ঐগী ওইকা পোং অমা ইশাদগী মাংখিবা মত্রগা তাহৌবগুম্না ইশাসি ইয়াং য়াংই। অদুবু ঐগা মাগা হিন্দেন্দি তিগরমক্ক্ববিনা কাম্বনবা তাবনি। অমুম লাকপরা নোংমদোন খেংনা বাংগে খক্লিবা, কৌত্র চীংদোলগা ভেম-শিংরম্বিবা "ইবুধৌ থাংজিং চীং" লাক্কল্লে। বাঙ্গা অমুক ইরুং লংনা ঐখোয়গী অমতা ঙায়রবী লোক্তাক পাংনা লিংখিরবী মক্কাশিংগী মাংদা থাবা মিংশেলগুম্না ঙানখোরবনি। খুরংগী ফুপীশিংনা অতাউবা ফুমথক্তা তোংদনা ঈবগী জগোয় শাবদি, অমংবা নোংবু উবগা রাহোংনা জগোয় শাবগুম লিংথিল্লি। হিথক্তা তোংদনা খুলগী নৈশাবী পাথংনা, নৌগী তানথাদা হুংশিবা ঈশৈ শকপদি অথাপ্পদা ঙানু-থঙ্গোংনা চাক্তাবগুম, পুক্লিং মকা লামহল্লি।

লোক্তাকপাং লানবা হেক লোইবগা পেনবা অমুম অতম লেম-থরকই। মিন্নিট্র অনীমুক্তং নৈমাকদা কাংখোংনা গ্রং গ্রং চেন্নমলগা লেপখে। মথং মথং পোংচৈশিং অহ অইনবী গাড়ী য়চাহনা পুরে। মাগী কাকানা ঐবু চপ্পোই, থংবোই তৌহনা Waiting Hall কৌরে।

কাকা মোমোনহ্ ইচেম্মা বিলা থারক্লুনা ঐখোয়বু ওকহল্লম্মী। থুক্ল থুদক কুন্দুনা মাগী Gypsy ছদা কাখৎলে।

হল্লকপগী লম্বীদা "তুন্নীহন Airport" তগী বাজার কাওহনা লাকপদা মৈতৈগী ইমা অমনা মথাং খাংজেৎ কয়া লাক্লুনা পোৎলুম অমা পুরহনা হোবে হোবে চৎলম্মা থেংনখি। খংহৌদে! মিংলু নাপোম অমীদা প্রেমগী থায়া শিল্লরকখি। পুক্নিংদদি খনখি—"মচা-শিংগীদমকলা মহাক্লা হোবে হোবে চেল্লিবা"!!

—(*)—


36570

লোইরবা।